[illegible]

# থকতোক্লকপা

# মমিশিং





রাজমনি অয়েকপম

দ কলচরেল ফোরম মণিপুর



রাজমনি অয়েকপম ইং ১৯৬৪ দা ইম্ফালগী শগোলবন্দ তেরা লৌক্রাকপম লৈকাইদা পোকই। অয়েকপম ভৈগ্যচন্দ্র অমসুং অয়েকপম ওংবী লৈমহল দেবী অনীগী মচানুপী অহুম অমসুং মচানুপা অনী পুম্না মচা মঙাগী মনুংদা মহাক্না মরিশুবনি। মহৈগী থাক এল এল বিনি। ইম্ফালদা ফোংবা পাউচে *হুইয়েন লানপাউ*, থাগী চেফোঙ *দি ইষ্টর্ন ফ্রন্টিয়র* অমসুং *ইমেজ* মেগাজিনগী রেগুলর কলমনিষ্ট ওইরি। *মতমগী য়াকাইরোল* অমসুং *ইরৈবাক* পাউচেগী মতম খরা কলম ইরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী সাহিত্য, কলা অমদি ঠিয়েটরদা থবায় য়াওরকই। সংস্থান কয়াদা চেন চোংলি অমদি মরু ওইবা ফম কয়া পায়রি। ৱারীমচাগী লাইরিক অহুম- *নাথৈরুরবা ঈচেল* (২০০৩), *ইথৌগী থাঙ* (২০০৫) অমদি *চুমথাঙগী মচুশিং* (২০০৮, ২০১০) ফোঙখ্রে। ষ্টেজপ্লে অহুম- *য়াচঙবগী বসন্ত, নিংথৌ অমগী মরায়বক, হূ ওল্লবা অমৃত* রূপমহল ঠিয়েটর, রোয়েল ঠিয়েট্রিকেল ক্লব অমদি অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিএশননা শান্নখ্রে। রেদিও প্লে মঙা- *অতিথিনা থুংলবদা, হনুবৈ মপাল, অথৌবা কাজাও, পাইথোকখ্রবা চেক্লানা অমুক হঞ্জিল্লকপদা* অমসুং *শরৎ ঋতু মমৈগী ঈশৈ* আকাশবানী ইম্ফালদা শন্দোকখ্রে। প্রোগেসিভ আর্টিষ্ট লেবোরেটোরিনা মহাক্না ইবা *ড্রীমস ওফ রুমেন* বেলে ওইনা শান্নখ্রে। মহাক্কী ৱারীমচাদগী টেলি প্লে ওইনা নম্বা *নঙগী অতোপ্পী, তা বিজয়* দূরদর্শন কেন্দ্র ইম্ফাল অমসুং আই এস টি ভিদা শন্দোকখ্রে। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা নন টীচিং ষ্টাফ ওইনা থবক তৌরি। ক্রিটিক্স ফোরম মণিপুরগী সেক্রেটরি ওইনা হৌজিক হৌজিক থৌ পুরি। হন্দক পুথোক্লিবা লাইরিক অসিনা অইবগী মরিশুবা লাইরিক্নি।

# থকতোক্লকপা মমিশিং

রাজমনি অয়েকপম



দ কলচরেল ফোরম মণিপুর




**Thaktoklakpa Mamising (The Reflected Images)**
A collection of Manipuri Essays
By: ***Rajmani Ayekpam***
Phone No.: 9856213065, email : arluwang@gmail.com

Published by : ***Ayekpam Ongbi Irungbam Ningol Purnima***
Sagolband Tera Keithel Loukrakpam Leikai, Imphal- 795001,
Manipur, on behalf of ***The Cultural Forum Manipur***, Imphal
August· 2012, ₹120.

**অয়েকপম ওংবী ইরুংবম নিঙোল পুর্নিমা, শগোলবন্দ তেরা লৌক্রাকপম লৈকাই, ইম্ফাল** ৭৯৫০০১ **দা লৈবনা দ কলচরেল ফোরম মণিপুরগীদমক ফোঙজবা,** আগষ্ট ২০১২।



কোপী মশিং: ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল: লুপা ১২০/ (লুপা চাম্মাকুন)

ISBN 13 978-81-920581-8-4

নম্ফম: এল এম প্রিন্টিং রাক্স, ক্বাকৈথেল থিযাম লৈকাই, ইম্ফাল ৭৯৫০০১

---

অইবগী ফোঙত্রবা লাইরিককশিং :
**নাথেরুরবা ঈচেল** (রাধীমচা, ২০০৩)
**ইথোগী থাঙ** (রাধীমচা, ২০০৫)
**চুমথাঙগী মচুশিং** (রাবেং, ২০০৮, ২০১১)
**থকতোক্লকপা মমিশিং** (রাবেং, ২০১২)

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎপা পামজবা মীওইশিংনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মে ১৭, ১৯৫৯ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎতা দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর লিংখৎখি। ঙসি ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্য, কলা অমদি সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা থবকশিংদা অঙম্বা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি। সাহিত্য একাদেমিনা শকখঙবীবগা লোয়ননা মণিপুরী চেফোঙগী মনুংদা খ্বাইদগী লিরবা 'ঋতু' থা অনী অনীগী ওইনা পুথোক্তুনা লাক্লি। ফোরমগী মেম্বরশিংনা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা ইবা লাইরিকশিংদা সহিত্যগী মনা কয়া ফঙবীখ্রে। ফোরম্নসু তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা থোইদোক হেন্দোক্লা শক্লাইরবশিংদা মনা অহুম পীদুনা লাক্লি।

দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা লাইবিক ফোঙবদা পুক্রিং থৌগৎপা ঙম্নবা হায়দুনা পব্লিকেসন্স ব্রাঞ্চ অমসু ইং ২০১০ দগী লিংখৎতুনা লাইরিক ফোঙবা হৌজবে। বাজমনি অয়েকপম ফোরমগী লাইফ মেম্বর ওইবতা নত্তনা পব্লিকেসন্স ব্রাঞ্চকীসু মেম্বর অমনি। অইবগী হন্দক পুথোক্লিবা ৱারেং লাইরিক *'থকতোক্লকপা মমিশিং'* হায়রিবা লাইরিক অসিনা ফোরমগী ২৪ (কুনমবি) শুবা লাইরিক্লি। অইবনা মতুংদসু মণিপুরী সাহিত্যদা অতাংবা লন অমা ওইবিবা ৱারেংগী লাইরিকশিং হেন্না পুথোকপীরকপা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবগা লোয়ননা দ কলচরেল ফোবম, মণিপুরগী মাইকৈদগী লাইরিক অসি সাহিত্যদা থৱায় য়াওবীবা অমসুং অপাবা খুদিংমক্কী মফমদা খুৎশিন্নজরি।

তাং ১-২-২০১২

**ক্ষেত্রি রাজেন**
*জেনরেল সেক্রেটরি*
দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর
ইম্ফাল

# ৱাহৈ অমা'নীদং

ৱারীমচা ইদুনা হৌজরকপা ঐসে, মমাংদা ইঙাও ঙাওনা ৱারেং (এসে) গী লাইরিক অমা ফোঙলুবদুনা ঐবু ৱারেংগী সংসার অমদা অসুম-অসুম পুশিনখিবদৌনা তৌরকই। খবরগী, মেগাজিনগী, সোভেনিয়রগী, সেমিনারগী ৱারেং ইনবগী থৌদাং অসুম-অসুম য়ামখৎলকখি। মরক অসিদা ময়াম্না নুংশিবীদুনা মী উন্নদুনা পাউদম (ইন্টর্ভিয়ু) ইনবগী থৌদাং অমসু হাপচিল্লকই। ফীভম ময়াম অসিনা ঐবু থবক চিনবগী চাং খঙহেন হেনগৎহল্লি। নীংতম্না, কনাগীসু খল্লুদনা ইনবগী তাঙ্গা ফাওবা ফংলক্তে।

অমরোমদা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলসিদা নহারোল অইবশিংনা ৱারেংগী মাইকৈ অশোমদা খুৎ ইথা থান্নরক্তবা অসিনা ঐবু লাংতক্লবা অমসু পোকহল্লি। অমুকসু সাহিত্যগী মাইকৈদগী নত্তবা সোসিয়েল সাইন্স লোমগী কাঙবুনা সাহিত্যগী কাঙবুশিংসি লমদমসিগী সোসিওলোজিসি ইখঙ খঙদে হায়বগী অরানবা ৱাখল মীৎয়েং অমসু লৈ। ফীভম অসিনা সাহিত্যগা সোসিওলোজিগা শমজিন্নবা মখলগী ৱারেংসি ইবা য়ারোইদ্রা হায়বগী ৱাখলসি অমুক পোকহল্লি। অশেংবসু মণিপুরী সাহিত্যগী মশকসি মণিপুরী সোসিওলোজিগী মশেক-মঙালদগী থোরকপদৈদি অইবা মীদুগী থম্মোয়দগী থোরকপা মশেক-মঙালনা হেন্না পাক চাওনা লৈ।

অফবা সাহিত্য হায়বসি ইতিহাসকী অতোপ্পা নাকল অমনি। ইতিহাসকী লমাইশিংদা লাচল্লমদবা কয়া সাহিত্যগী লমাইশিংদা ইরল্লি। সাহিত্যগী মশেক মঙালশিংনা সাইকোলোজিগী অচৌবা লংলা-লংজিল ওইরি। রাজনীতি, মীওইবগী নুংগী মশক অমদি কলাগী মফজ কয়াগী শকয়েং মীংশেল সাহিত্যনা ওইরি। করিমুক হায়গনি ঙসিদি সাহিত্যদা চন্দবা হীরম ইরৈ লৈশল্লক্রে হায়বা য়ারে। অসিগুম্বা ফীভম মতাসিদনি সাহিত্যগা সোসিওলোজিগা শমজিন্নবা ৱারেং ইনবা ৱাখল খল্লকখিবসি।

খবর অমদি মেগাজিনশিংগী ৱারেং ইনবগী চিল্লবা থৌগায় মরকসিদা খল্লকখিবদি মল্টি পর্পজ ওইবা হায়বদি খবর অমসুং মেগাজিনগী ওইনসু শিজিন্নবা য়াবা অদুগা লাইরিক্কী ওইনসু শিজিন্নবা য়াবা খজিক্তং ফবা ৱারেং ইনবা হোৎনবসিনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেং অয়াম্বা থাগী মেগাজিন *'দি ইষ্টর্ন ফ্রন্টিয়র'*, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি ষ্টাফ এসোসিয়েসনগী চেফোঙ *'য়াইকোন'* অমদি নূংতিগী ফোংবা পাউ-চে *'হুইয়েন লানপাউ'* দা হান্নবা ফোংখ্রবা ঙাক্তনি। ফোংখ্রবা ৱারেংশিং অসি লাইরিক ওইনা ফোংনবা হন্না-হন্না অনীরক অহুন্নক রিভাইস তৌবসিসু নুংঙাইবা মখল অমা ওইরকই। ক্রিয়েটিব রাইটিংগীদি রিভাইস তৌবসি অয়াম্বনা ৱাহৈ-ৱাতা খরা শেমদোক-শাদোকপা নত্তনা চাওনা ৱাখল মীৎয়েং শেমদোকপা ইয়া য়াদে। ৱারেং (এসে) দদি ইখ্রবা মতূংদা অহেনবা ৱাখল-লৌশিং কয়া অমুক থেংনরকপদগী, উবকপদগী রিভাইস তৌরকপা মতমদা হান্না লৈরম্বা মশক্তগী ফনা য়াম্না ওনখিবসু য়াওরকই। ঐঙোন্দদি ৱারেং ইবা হায়বসি তোপ-তোপ্পা খূৎই মখল অমা ওইরকই।

অমুকসু লমদমসিদদি লিটরেরী এসে নত্তনা সোসিওলোজিগী মওংদা ইবা এসেসি পংথোক থোবক্তে। মরম অদুনা পোলিটিকেল এঙ্গললোমদগী য়েংবা এসেশিং ইনবা ৱাখল অসি লাকখিবনি। ইরিবশিং অসিনা মপুং ফারে হায়বদি নত্তে। মসিদি শৈহৌনি। ঐগী ৱারেংশিংসি ইরকপা মতমদা ৱাখলগী অমদি লাইরিক্কী মতেং পাঙবীরকখিবা ওজা নূঙলেপ্পম শ্যামকহ্নাই অমদি ইয়াম্বা গোপে কোকঙাংবু অইবগী মাইকৈদগী তশেংনা তৌবিমল খঙবা ফোংদোকচবি। লাইরিক অসিগী টাইপ সেটিং তৌবীখিবা ইনাও অয়েকপম পারি মীতৈবুসু থাগৎচবা ফোংদোকচরি।

লাইরিক অসি কলচরেল ফোরম, মণিপুর পব্লিকেসনগী বেন্নর মখাদা ফোংবা য়াহনবীবতা নত্তনা শেল-থুমগী তেংবাঙ পীবিরকখিবা অসিগীদমক্তসু কলচরেল ফোরমগী থৌ পুবীরিবা খুদিংমকপু অইবগী মাইকৈদগী ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি।

অরোইবদা ঐবু ইনবগী থৌনা হাপ্পীরিবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিং অমদি মরুপ-মপাং খুদিংমকপু থাগৎচবা ফোংদোকচবি।

**– রাজমনি অয়েকপম**

# মনুংদা য়াওরিবশিং

# লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজমঃ আশা অমদি সমস্যা

*I am always sorry when any language is lost, because languages are the pedigree of the nations – Samuel Johnson*

ইন্দিয়াগা য়ুমথংনবদা লৈরিবা বাংলাদেশনা হান্না ইষ্ট পাকিষ্টান হায়দুনা লৈরম্বদগী ইং ১৯৭১ দা পাকিষ্টান্দগী খায়দোরক্তুনা মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা বাংলাদেশ হায়দুনা চোংথোরকখিবা অসিনা লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম হায়বসি থওইদনা থম্বা য়াবা দিসকোর্স অমা ওইদ্রে। পাকিষ্টানগা বাংলাদেশকা ধর্ম্ম চপ মান্নরগসু বাংলা লোন হায়বসিদা মরু ওইবা শাদোং ওইদুনা বাংলাদেশকী নেসনেলিজম শাগৎলকখি। বাংলা লোনগী নেসনেলিজমদি বাংলাদেশনা মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইদ্রিঙৈ ইং ১৯৫২ দা ঢাকা য়ুনিভর্সিটিগী কেম্পসতা লৈবা সাহিদ মিনার মখোঙদা থোকখিবা থৌদোক, বাংলা লোনগীদমক্তা থৱায় কৎখিবা নুমিৎ ফেব্রুৱারী ২১ দগী অদুমক হৌখ্রবনি। ঙসিদি ফেব্রুৱারী ২১ অসি য়ুনেস্কোনসু শক খঙবীদুনা *ইন্টরনেসনেল মাদর লেঙ্গুয়েজ দে* হায়দুনা মালেমগী মফম পুম্নমক্তা পালন তৌরি। ফূরুপ অমা, জাতি অমা হিংবদা লোন্না কয়ামুক মরু ওইবগে হায়বদু মালেম পুম্বনা তপ্না-তপ্না ভাব তারক্লি। অদুবু চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না ফূরুপ অমগা ফূরুপ অমগগী মরক্তা তোৎন-তিন্নবা

লল্লোন-ইতিক্কী থবক কয়া খূৎমাং চাউশিল্লকপা অমদি মী অমগী লৈফম পীবদা হৌজিক-হৌজিক্কী লৈফম অমদি পর্মেনেন্ট এদ্রেস অমা, লৈফম অনী পীবগী চৎনবী অমা কন্না লৈরক্লি। হিংনবগী উপাই থিবদা মহাক্না পোকচরকপা পোক্লফম লমদম থাদোক্তুনা থাপ্লবা মফম, লোন-লি তিন্নদবা, ধর্ম্ম, কলচর মান্নদবা মফম অমদা পূন্সি চুপ্পা লৈখিবা কয়াসু য়াওরি। অমরোমদা অমুকসু মীওই কাঙলুপ অমা হিংনবা উপাই থিবদা মফম অমদা পূল্লপ চত্তুনা খূন্দা লৈতাখিবদগী মফম অদুগী মী ওইখি। মতৌ অসুন্না ইন্দিয়ান মচা কয়া অমেরিকা মচা ওইখি, মণিপূরী মচা কয়াসু কেনাদাগী সিটিজন ওইখি। খূঙ্গং মচা কয়া সহর মচা ওইখি।

মথক্কী ফীভম ময়ামসিদা কনাগুম্বা মীশক অমবু মশক তাকপদা অরুবা অমা ওইরকই। মণিপূরদা চহী কয়া লৈরক্লবা মারৱারী, বঙ্গালী, পঞ্জাবী নৎত্রগনা দেসৱালী মচা অমনা *'ঐ মণিপূরী মচানি'* হায়দুনা মশক তাক্লকপদা ইঙক ঙক্কনি। অমরোমদা *বেঙ্গলগী নবদ্বিপ্তা কুইনা খূন্দা-লৈতাদুনা লৈববা মৈতৈমচা অমনা 'ঐ বেঙ্গল মচানি'* হায়না শক তাক্লকপদা ঙক্লোইদবগী মবম লৈতে। অদুবু মসি ঙকফমদি থোক্তে। মরমদি চথোক-চৎশিনগী উপাই অসি অঙকপা ফংনা চাউখৎলকপা, মী অমনা মফম অমদগী মফম অমদা চথোক-চৎশিন তৌবদা ইরায় লায়বে। হিংবদা নুংঙাইবা মফম থিবদা মফম অমদা পূন্সি চুপ্পা লৈগদবনি হায়বসি থায়নগী চৎনদ্রবা অরিবা ৱা ওইবে। মীওইবগী চথোক-চৎশিনগী থবকসি অসুক্কী মতিক য়াংখৎলকপনা মী অমনা মাগী মমা লৈবাকপু নুংশিজবগী (নেসনেলিজম) মশকসি মমা লোনবু (লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম) কয়ামুক নুংশিজবগে হায়বগী মশক্তুনা লেপ্পগী চৎনবী অমসু কন্না চৎনরক্লি। চাইনিজ মচা অমনা অমেরিকাদা খূন্দা লৈতাদুনা লৈখ্রগসু মশাগী চাইনিজ মরোল অমদি কলচর অদুদি মাঙখিদনবা কন্না হোৎনৈ। অমেরিকাদা কুইনা লৈবদগী ইংলিস লোন হৈনখিবদগী চাইনিজ লোন ঙাংবা ঙমদ্রগদি মহাক অমুক হন্না চাইনিজ মচা ওইদ্রে। মতৌ অসিগুম্না মণিপূরী মচা অমা ইংলেন্দা কুইনা লৈবদগী মাগী মচা-মশুশিংদু মণিপূরী লোন ঙাংবা হৈত্রবদি মখোয়দু মণিপূবী ওইদ্রবনি। মশক মণিপূরী মাল্লবসু মখোয় অদু ইংলিস মচা ওইখ্রবনি। হৌজিক্কী মালেমগী চেন্থরিবা ঈচেল অসিদা ফ্রুপ অমা মশক তাকপদা ফ্রুপ অদুনা ঙাংনরিবা লোন অদু য়াম্না মরু ওইনা লৌনরে।

ঐখোয়গা য়ুমথংনরিবা ম্যানমার (হন্নগী বর্মা) দা শাথিখ্রবা আইন অমা লৈ। মদুদি মখোয়গী লমদা লৈবা অতোপ্পা লমদগী লাক্লগা মখোয় লমগী মী ওইরবা খুদিংমক

ময়ূম-ময়ূমদা মশাগী মনাৎকী মমিং অমা কৌনরবসু মপান্দা ওফিসিয়েল ওইবা বর্মিজ মমিং অমা থোন্দবা য়াদে। লোন ঙাংনবা ফাওবা ময়ূমদা মশাগী লোন ঙাংনরবসু লম্বী লমজাও, মীয়াম তিনবা মফমদদি বর্মিজ লোন ঙাংদবা য়াদে। চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা লমদম অসিদগী ফাদুনা পুখ্রগা ম্যানমারগী মফম কয়াদা খূন্দা লৈতাহনখ্রবা মৈতৈশিংগী মচা মশুশিং হৌজিক ফাওবা ম্যানমারগী মফম কয়াদা হিংদুনা লৈরি। অদুবু মথক্কী চৎনবী, আইন অসি লৈবদগী ম্যানমারদা লৈবা মৈতৈশিং মমালোন মণিপুরী লোন ঙাংবা ঙমশিল্লক্ত্রে। মথক্কী ম্যানমারগী চৎনবী অসিগা হায়ফেৎ মান্ননা চাইনাদসু অতোপ্পা লমদগী হৌরক্লগা চাইনাগী সিটিজন ওইরম্বা খুদিংমক চাইনিজ মমিং অমা থোন্দবা য়াদে।

মী অমা মশক তাকপদা মানা ঙাংলিবা মমালোন অদু মরুওইনা লৌনরকপদগী ঙসিদি মালেমগী অখণ্ড-অহৈ পূম্নমক্কা লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম হায়বসি মরুওইবা দিসকোর্স অমা ওইনা লৌনরক্লি। ঙসি মালেমগী পূন্না লৈমিন্নরম্বা লৈবাক কয়া লোননা মরম ওইদুনা লৈবাক মচা-মচা কয়া থোরকখি। জেক্লোসকোভিয়া হায়দুনা লৈবাক অমখক্তমক লৈরম্বদগী লোনগী, ফুরুপকী মীৎয়েংদগী জেক রিপব্লিক হায়বা অমগা স্লোভাকিয়া হায়বা অমগা লৈবাক অনী থোরকখি। মতৌ অসুম্না য়ুগোসলোভিয়া হায়দুনা পূন্না লৈমিন্নরম্বদগী লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজমগী ব্রাখল মীৎয়েং অসি পাকথোক-চাওথোরক্তুনা ক্রোসিয়া, সর্বিয়া, মোন্টেনেগ্রো, বোসনিয়া, মেসোদোনিয়ানচিংবা লৈবাক কয়া থোরকখি।

কম্মুনিজমগী কল্লবা শক্তিনা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজমগী ইথিলবু নমথদুনা থম্বা ঙমখিদে। মতম অমদা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা মীয়াম্না থক-থক নিক্লা কিনখিবা লৈঙাক্লোই অমা ওইবতা নত্তুনা লিঙ্গুষ্টিক স্কোলার অমা ওইখিবা জোসেফ ষ্টেলিনগী *'ৱান কন্ট্রি ৱান লেঙ্গুয়েজ'* হায়বা ফোর্মুলা অদুনা কল্লবা সোভিয়েট য়ুনিয়নবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমখিদে। মমৈদদি ফোর্মুলা অদুনা সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়নবা মরম অমা ওইখি। তোঙান-তোঙানবা লোন লোনবা ফুরুপ কয়ানা পূনশিল্লগা শেম্বা সোভিয়েট য়ুনিয়নগী খ্বাইদগী চাওবা ফুরুপ অমা ওইরিবা রুসকী লোননা সোভিয়েট য়ুনিয়ন পূম্নমক তেম্নবা হোনরুবা অদুমক্লা সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়রক্লবা মরম অমা ওইখি। পীকচরবসু অর্মেনিয়ানশিংগী লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম রুসিয়ান লোননা নমথদুনা থম্বা ঙমখিদে। মতৌ অসুম্না আরাবিক লোনরোমদা নকশিনবা অজর্বৈজান, টর্কমেনিষ্টান,

উজবেকিষ্টানচিংবগী লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম্না মমৈথংদা পোলিটিকেল ফোর্স ওল্লক্তুনা সোভিয়েট য়ুনিয়নগী ওথোরিটি ওইরিবা রুসিয়ানশিংগা থেংননবা থোরকখি। সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়রবা মতুংদা মখোয়-মখোয়গী ফূরুপশিংগী লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম শাগৎলকপা ঙমখি।

ইন্দিয়াদসু ইন্দিয়ানা বৃটিশকী মখুত্তগী নীংতম্বা ফংলবা মতুং ইকুই কুইদনা লোনগী ঈহৌ কন্না লৈখি। হীন্দিনা জাতিগী লোন ওইনা তেম্নবা হোৎনরুবদা খা থংবা ইন্দিয়াদা দ্রবিদিয়ান লোন, টামিল লোনগী ঈহৌ কন্না লৈখি। লোনগী ঈহৌ অদুদগী পোলিটিকেল ফোর্স ওল্লক্তুনা ঙসি টামিল নাদুদা ডি এম কে, এ আই ডি এম কে গুম্বা অচৌবা পোলিটিকেল পার্টি কয়া থোরকখি। ঙসি ফাওবা ইন্দিয়াগী নেসনেল পার্টি অমত্তনা টামিল নাদুদা ডি এম কে, এ আই ডি এম কে দগী শক্তি মুনবা ঙমদ্রি। পঞ্জাব ষ্টেটতগী হরিয়ানা ষ্টেট শেমলকখিবসু লোননা অচৌবা মরম অমা ওইখি। পঞ্জাবী লোননা ষ্টেটকী অমত্তা ঙাইববা লোন ওইনবা হোৎনরুবদা হীন্দি লোন ঙাংবা কাঙবুশিংনা হৌরক্তুনা হরিয়ানা ষ্টেট শেমখি।

ভারত জাতিগী মপা হায়না খঙনখিবা মহাত্মা গান্ধীনা হৌদোক্লম্বা *থ্রি-টয়ার লেঙ্গুয়েজ ফোর্মুলা* হায়বদি অহানবদা ইন্টরনেসনেল লেঙ্গুয়েজ ইংলিস লোন তম্বা, মথংদা নেসনেল লেঙ্গুয়েজ হীন্দি লোন তম্বা অমদি মমালোন তম্বা হায়বা ফোর্মুলা অসি নিংথিনা ইল্লমদবা তারবদি ঙসি ঐখোয়না উরিবা অপূনবা ইন্দিয়াগী মশক অসি উরমদবসু য়াই। হীন্দি লোননা নেসনেল লেঙ্গুয়েজনি হায়দুনা পূম্নমক তেম্নবা হোৎনরম্লবদি য়ুগোসলোভিয়া কায়বগুম ইন্দিয়া পূম্নমক মচেৎ মচেৎ তানা কায়রম্বসু য়াই।

মণিপূরীশিংগী নেসনেলিজম মণিপূরী লোন্দগী শাগৎপা হৌখ্রবনি। লমদম অসিদা শু-নোম্বা, ওফিসকী থবক তৌবদা মণিপূরী লোন অসি খঙদবা য়াদ্রবনি। মপান্দগী লাকপা অতোপ্পা ফূরুপকী মীশিংনা মণিপূরগী ওফিস অমদা থবক তৌবা মতমদা মাই পাক্নে হায়রগদি মণিপূরী লোন তঙাইফদনা খঙদবা য়াদ্রি। চীংগী ইচিল-ইনাও অমনা লমদম অসিদা হিংনবা লল্লোন-ইতিক তৌগে, শু-নোমগে হায়রবসু মণিপূরী লোন হৈতবা য়াদ্রি। ইম্ফালগী খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদা তোঙান-তোঙানবা ফূরুপকী মীশিংনা লাল্লোন-ইতিক তৌনরি, শু-নোম্নরি। মখোয় খূদিংমক কনানসু হায়নরুবা তৌদনা মণিপূরী লোন্দা পাউ ফাউদোক-ফাউজিন তৌনৈ। পঞ্জাবী দুকান্দার

অমনা মৈতৈ মচা অমদগী হেন্না নিংথিনা মণিপূরী লোন ঙাংলকপদা কনানসু অঙকপা পোক্লদ্রে। মারব্বারী দুকান্দার অমগা চীংমী অমগা মণিপূরী লোন্দা ঙাংনদুনা পোৎ লৈথোক লৈশিন তৌবদা ঙক্লা য়েংনদ্রে।

অদুবু চেকশিনগদবা অমদি চাউখৎলে, অচৌবা ফূরুপ ওইরে, অয়াম্বা মীশিংনা মখোয়গী লোন অদু পাক-শন্না শিজিন্নরে হায়রগসু অতোপ্পা ফূরুপ মচাশিংদা মখোয়গী লোন্দু শিজিন্নগদবনি, তমগদবনি হায়বগী অকনবা খোঙথাং অমত্তং লৌখৎলুবদা মদুনা ফৈরেংননা চৎখিদুনা ফূরুপ মশেল নুংশিনদনবা মরম ওইরকপা য়াবগী অকিবদুনি। লোন অমনা চাউখৎপা, খূদোংচাবা ফংবা হেল্লিমখৈ লোন অদু অতৈ ফূরুপশিংগী মীশিংনা তম্লিংবা, হৈনিংবা হেনগৎলক্কনি। ইংলিস লোন হৈবনা অহেনবা জ্ঞান, লৌশিং অমদি খুদোংচাবা কয়া ফংবনা কনানসু হায়নরুবা তৌদনা ঙসিদি মালেমগী মীশিংনা ইংলিস লোন হৈনবা হোৎনরি। মণিপূরী জগোয়বু পামজবা মপানগী, অতৈ ফূরুপকী মীশিংনা মণিপূরী জগোয়বু নিংথিনা মমূৎ তানা হৈবা ঙম্নবা মণিপূরী লোন ঙাংবা, ইবা পাবা ঙম্নবা কন্না হোৎনৈ। মসি মণিপূরী জগোয়না থাক ৱাংনা লৈরুবননি। চীংমীশিংনা মতমসিগী রাজনীতিগী ইথিল চঙদুনা মণিপূবী লোন তম্মু য়াদ্রবসু মণিপূরী ফিল্মগী দিক্সতি লৈদুনি য়েংনরি।

মালেমগী চেহুরিবা রাজনীতিগী ঈচেলসিদা লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম হায়বসি চেকশিন্না হেন্দল তৌগদবা ৱাফমদি ওইরি। খজিত্তং হৈ-শিংনা হেন্দল তৌহৌদবদা লৈবাক কায়বা য়াবা, ফূরুপ মশেল নুংশিনদবগী হূ পান্নী থাবা ওইনা থোক্কদৌরিবনি। হৈ-শিংনা হেন্দল তৌহৌরে ঐখোয় মশেল নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী শান্তিগী পান্নী হৌগদৌরিবনি। লিঙ্গুষ্টিক নেসনেলিজম হায়বসি ইংলিস লোন্দা হায়রগা Handle with care হায়বদুগুম্বনি।



# মণিপূরী লোনগী মরায়বক

*England and America are two countries seperated by a common language – George Bernard Shaw*

ঙসিদি মণিপূরী লোন লমদমসিগী মীয়ামগী হোৎনজমলনা ইন্দিয়াগী অতৈ চাউখৎখ্রবা লোনশিংগা চপ মান্নবা ফিদা ফংদুনা ইং ১৯৯২ গী ওগষ্ট ২০ দগী সংবিধানগী ৮ শুবা সেদ্যুল মনুং চনবা লোন অমা ওইবা ঙম্লে। মসিদসু নত্তনা সাহিত্য একাদেমি, নিউ দিল্লীনা শকখঙবীদুনা লোন অসিগী অইবা কয়াবু এৱার্দ, মনা-মথূম মতম-মতমগী পীবিদুনা পূক্নিং থৌগৎপীরি। নেসনেল বুক ট্রষ্ট, ইন্দিয়া (এন বি টি ই) অমদি সেন্ত্রেল ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিয়ান লেঙ্গুয়েজ (সি আই আই এল) নচিংবা নেসনেল লেবেলগী সংস্থান কয়ানা লোন অসিগী অইবশিংগী লাইরিক ফোঙবীদুনা অমদি লাইরিক লৈবীদুনা লমদমসিগী অইবশিংবু পূক্নিং থৌগৎপীরি। মসিদসু নত্তনা মণিপূর গভর্নমেন্টনা লমদমসিগী অইবশিংবু ইকাই খূম্নবা উৎপিদুনা *'মণিপূর ষ্টেট লিটেররি এৱার্দ'* ইং ২০০৮ দগী পীবা হৌখ্রে।

লোন অসি মণিপূরী য়ুনিভর্সিটি অমসুং অসাম য়ুনিভর্সিটি, সিলচরদা পি এইচ দিগী থাক ফাওবা তম্বা, নৈনবা য়াবা অৱাংবা থাক্কী সবজেক্ট অমা ওইরি। পূম্নমক অসিগী

মথক্তা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী থবক চঙনবগী পরিক্ষা কম্বাইন্দ সিভিল সার্ভিসেস একজামিনেসন্দা মণিপূরী লোন অসি ওপস্নেল পেপর ওইনা থাবা য়ারে। লমদম অসিগী মতিক-মগুণ লৈরবা নহা কয়া সিভিল সার্ভিসেস একজামিনেসন্দা মমালোন মণিপূরী সবজেক্ট অসি ওপস্নেল পেপর ওইনা পরিক্ষা থাবদা মাই পাক্তুনা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী দিপার্টমেন্ট কয়াদা অচৌ-অচৌবা ওফিসার ওইনখ্রে। পূম্নমক অসি মমালোন মণিপূরী লোন অসিবু নুংশিজরুবদগী ফংলকখিবা ঙাক্তনি।

অদুবু মতাং অসিদা শোয়দনা খন্নদবা য়াদবা ৱাফম অমদি মণিপূরী লোনবু শোয়দনা তম্বীগদবা, খঙহন্নবগী মরুওইবা তাঙ্কক অমা ওইরিবা হায় স্কুলগী তাঙ্কক অসিদা স্কুলগী ওথোরিটি কাঙবুশিংনা লোন অসিবু থওইরক্তবা অমদি ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মাইকৈদগী পূক্লিং চংলক্তবা অসিনি। লমদম অসিদা মহৈরোয়শিংগী মমা-মপা অমদি মহৈরোয়শিংনা মিং চনবা ফংনবা পরপ-পরপ চেনশিন্নরিবসি মিশনগী ইংলিস মেদিয়ম স্কুলশিং অসিনি। অদুবু হায়রিবা স্কুলশিং অসিদা মখাগী ক্লাসশিংদা মণিপূরী লোন অসি তম্বীদবা য়াদবদৌনা তম্বীরগসু ক্লাস খরা য়ামখৎলক্লগদি মণিপূরী লোন তম্বীবগী থবকসি পূক্লিং থৌগৎত্রে। ক্লাস নাইন অমসুং টেন্দা মেজর ইন্দিয়ান লেঙ্গুয়েজ (এম আই এল) অসি মণিপূরী লোন লৌদনবা মদুগী মহুৎ অল্টর্নেটিব ইংলিস লৌনবা স্কুলগী ওথোরিটি কাঙবুনা থওইনা হোৎনবা স্কুলশিংসু লৈরে। মসিগী চপ চাবা খুদম হায়ববু, স্কুল মমিং পঞ্জদ্রগসু ইম্ফাল ময়োন্দা লৈরিবা হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট একজামিনেসন্দা পোজিসন লেপ্পা ছাত্র-ছাত্রী কয়া পূথোক্লে হায়রিবা মিশন ইংলিস স্কুল অমদি লন্নাই ইংলিস স্কুলশিং অসিগী ছাত্র, ছাত্রী কয়ানা মণিপূরী সবজেক্ট অসি মেজর ইন্দিয়ান লেঙ্গুয়েজ (এম আই এল) ওইনা লৌদুনা পরিক্ষা থাবগে হায়বদুনা ময়েক শেংনা উৎলি। মিশন স্কুল খরদি মণিপূরী সবজেক্ট হায়বসি ক্লাস নাইন অমসুং টেন্দদি শুকহাংবু হাংদ্রে।

মণিপুরী লোনবু মেজর ইন্দিয়ান লেঙ্গুয়েজ ওইনা ছাত্র/ছাত্রীশিংনা লৌনরক্তবগী ফীভমসি য়ৌরকখিবদা মমাংদা মণিপুরী সবজেক্টকী ওজা ওইরম্বা অহল-লমনশিংগী দোষ খরা লৈখিদবদি নত্তে। মতম খরগী মমাংদা মণিপূরী সবজেক্ট হায়বসি নম্বর য়াম্না ফংদবা সবজেক্ট অমা ওইরম্মী। মতমদুগী ওজাশিংদুনা মণিপূরী সবজেক্ট হায়বসি অরুবা সবজেক্টনি হায়দুনা ছাত্রশিংদা উহল্লম্মী। বনান নিংথিনা হৈতে, মনূংদা ফোঙদোক্লিবা

ৱাহৈগী আর্থ নিংথিনা খঙদে হায়বগী শিত্রদা ছাত্রশিংবু নম্বর লিক্লা পীরম্মী। ফীভম অসিদা ছাত্র কয়ানা নম্বর য়াম্না ফংনবগী আশাদা মণিপূরী সবজেক্টকী মহুৎতা অল্টর্নেটিব ইংলিস ওইনা লৌনখি। অদুবু কায়নথংদা অশোইবা অসি খঙনরক্কুনা মণিপূরী সবজেক্ট লৌবা ছাত্রশিংদা নম্বর খরা মরাং কায়না পীবা হৌরকখি। অদুবু ফীভম শোকচিনবনা হেনখি।

ইম্ফাল ময়োন্দা লৈবা ইংলিস স্কুল খরদি স্কুলগী অহাংবা মতমদা ছাত্র-ছাত্রীশিং ৱারী ৱাতাই শান্নবা ফাওবা মণিপূরী লোননা ৱারী শান্নরবদি ওজানা ফৃই হায়দুনা ইংলিস লোননা শান্নবা কয়া থেংনরি। স্কুলশিং অসিদা মণিপূরী সবজেক্ট তন্নিবদুসু স্কুলদুদা মণিপূরী সবজেক্ট তমদ্রে হায়রগদি সিভিল সোসাইটিশিংনা মীৎয়েং চঙলক্কুনা স্কুল থিংজিল্লে কায়না তৌরক্কদ্রা হায়দুনা হায়ফেৎ-হায়ফেৎ তৌবজাৎনি, মণিপূরী লোনবু অদুক নুংশিরুবগী ৱাদি নৎত্রে। হায়ন-হায়নবু সরকারগী স্কুলশিং অমদি খুঙ্গংগী লমদা লৈবা স্কুলশিংদনা মণিপূরী সবজেক্ট তন্নীবগী চাং অসি খরা ৱাংলি।

স্কুলশিংদা এম আই এল গী সবজেক্ট লৌবা মতমদা মণিপূরী সবজেক্টকী মহুৎতা অল্টর্নেটিব ইংলিস লৌবা য়াই হায়বসিনা মিশন স্কুলশিং অমদি লন্নাই স্কুলশিংদা মণিপূরী সবজেক্ট লৌবগী চাং অসি হন্থনবা মরম অমা ওইহল্লি। করিগুম্বা স্কুল খবদদি মণিপূরী সবজেক্ট অসি স্কুলগী পোলিসি অমা ওইনা শুক্লৌবু লৌহন্দবগী থৌশিল ফাওবা চথে। ইংলিস লোন ফজনা ইবা, ঙাংবা হায়বসিনা স্কুলশিং অসিগী অমত্তা ঙাইরবা পান্দম ওইনা চথবা থেংনরি। মখোয়দা মণিপূরী সবজেক্ট অসি হৈবা নৎত্রগা হৈতবা হায়বসি করিসু থোইদোক্তে।

ঙসি মালেম পুম্নমনা হৈবা পান্নিবা ইংলিস লোন অসি ইবা, ঙাংবা হৈবা অদুখক্তা নত্তে, লোন অসি হৈবনা অহেনবা জ্ঞান-লৌশিং ফংবা ঙম্বা অদুবুনি। অদুবু লাইবক থিবদি ঐখোয় স্বাইদা ইংলিস লোন হৈরুবনা অহেনবা জ্ঞান-লৌশিং ফংবা ঙম্বদৈদি লোন অসি তেনৌৱা মরোলদৌনা ব্রং-ব্রং খবা ঙাংবদুনা হেন্না লেম্লবগুম্ম তৌরি। ইংলিস লোন খঙলগা ইংলিসকী কলচর খঙদ্রগসু ঐখোয়না অৱাংবা জ্ঞান-লৌশিং কয়া ফংবা ঙম্মী।

ইং ১৯৭৯ দগী মণিপূর ওফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ এক্ট লৈদুনা লোন অসি ওফিসিয়েল ওইবা থবক-থৌরমশিংদা শিজিন্নবা য়ারে হায়রগসু মণিপূরী লোন অসি ওফিসিয়েল ওইবা থবকশিংদা শিজিন্নবগী মহুৎ লমদমসিগী নহা অহল পুম্নমক্না লোন

অসিদগী তপ্না-তপ্না লাপথোরক্লি। ষ্টেটসিগী অখণ্ড-অহৈ, স্কোলার, ডাক্তর, এঞ্জিনিয়র, টেক্নোক্রেট অয়াম্বা সবজেক্টতুগী ওইবা টেক্নিকেল ওইবা টর্মশিংদু ইংলিস লোননা শিজিন্নরগসু ৱা ঙাংবা, লেকচর পীবা মতমদা মশাগী মমালোন মণিপূরী লোন নিংথিজনা শিজিন্নদুনা ঙাংবা হৈত্রি। এ আই আর, দূরদর্শনগুম্বা ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়াদা লাইরিক লাইশু কা-হেন্না হৈজদবা খূঙ্গংগী মীশিংদা মরুওইনা কান্নগদবা প্রোগ্রামশিং ফাওবদা এক্সপর্টশিংনা ৱা ঙাংবদা ইংলিস লোন কা-হেন্না শিজিন্নদুনা মহাক্লা পীনিংলিবা জ্ঞান-লৌশিংদু মফম চানা য়ৌবা ঙমদে।

মণিপূরী লোন ফজনা ইবা, ঙাংবা ঙম্বা হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা অকে-অমৌগী পোৎকুম অতাংবা পোৎশক অমা ওইরে। লোন অসি ফজনা ইবা, ঙাংবা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বসি নুঙগী যুগতা হনজিনসি হায়বগুম্বা খন্নরে। মণিপূর ষ্টেটসিগী শক্তমসি মণিপূরী হায়বা লোনসিনা কন্দুনা থল্লি হায়বসি কনাসু নিংশিংনদবগুম তৌরে।

ষ্টেট অসিগী ছাত্র, ছাত্রী অয়াম্বা মিশন অমদি লন্নাই ইংলিস স্কুলদা তম্বনা অয়াম্বনি। চীংগী লমগীদি ধাম অমদা চৎখ্রে। মখোয়দি মশাগী লোন, কলচর মাঙবদা থোইদোক্লা লুনা খল্লুদ্রে। মখোয়গীদি লোন অমদি কলচরদগীদি ধর্ম্মনা হেন্না লুনা লৌখ্রে। মখোয়দা লোন অমদি কলচর মাঙশিল্লকপগী ৱাফমসি তম্পাক্কী মীশিংনা ৱাবীবদুদি *'দোল্লাই তোংবীনা ৱাইকুপ পূবীগীদমক ৱাবীবা'* হায়বদুগা চপ মান্নখ্রে। হৌজিক ঐখোযনা খন্নগদৌবসি ষ্টেট অসিগী খ্বাইদগী চাওবা ফ্রুপ অমা ওইরিবা তম্পাক লমদা লৈরিবা মৈতৈশিংগী মরক্তা মণিপূরী লোন অমসুং মণিপূরী সংস্কৃতি খঙজিল্লক্তবগী মমি অমা চাওনা তারক্লিবা অসিনি।

ষ্টেট অসিগী স্কুলশিংদা মণিপূরী লোনগী সবজেক্ট অসি নিংথিনা তম্বীরক্তবদগী কলেজগী থাক্তা মণিপূরী সবজেক্ট লৌবীনবা ছাত্রশিং তাংশিল্লক্লি। ফীভম অসিনা মখা তানা অসুম্মক চত্থরক্লগদি মতম খরা লৈরগদি মণিপূরগী কলেজশিং অমদি মণিপূর য়ুনিভর্সিটিদা মণিপূরী সবজেক্ট তম্বীনবা ছাত্রশিং লৈরক্লরোই।

ঐখোয়গী স্কুলশিংদা মণিপূরী লোন নিংথিনা তম্বীদবা হায়বসিদা চাওনা তারিবা মমি অমদি ঐখোয়গী অঙাংশিংদা মমালোনবু নিংথিনা খঙহন্দবা অমদি মশাগী নাৎ অমদি সংস্কৃতি নিংথিনা খঙহন্দনবা চংশিনবা অচৌবা, অকিবা খোঙথাং অমনি। ইংলিস লোন হৈবনা খুদোংচাবা কয়া লৈরগসু মশাগী মমালোন নিংথিনা হৈহন্দবা নৎত্রগা মশাগী মনাৎ অমদি সংস্কৃতিবু খঙহন্দবা হায়বসিনা ফ্রুপ অদুগী মশাগী শক্তম

মাঙহনখিনবা হোৎনবগা চপ মান্নে। মশাগী নাৎ অমসুং সংস্কৃতিবু অনৌবা মীরোলনা খণ্ডজিল্লক্কবা হায়বসি ফূরুপ অদু ঙসি নৎত্রবসু লাক্কদৌরিবা চহীশিংদা তপ্পা-তপ্পা অশিবা ফূরুপ ওইহল্লক্কদৌরিবনি। লোন হায়বসি লাইরিক-লাইশু হৈবা কয়ানা থাদোক্কুনা চৎশ্লগা, ইমুং-মনুং, লমজাউ-সরক্তা ঙাংনবখক্লা চাউখৎপা লোন অমা ওইবা ঙমদে।

ঙসিদি মণিপুরীশিংগী শক্তমসি মণিপূরী লোন খক্তনা ওইরক্লবা মতম্নি। ধর্ম্মনা, কলচরনা মণিপূরীশিংগী শক্তম ওইবা য়ারক্ত্রে। ধর্ম্ম, কলচর মশিং য়ান্নক্লবা মতমসিদদি করিনা ঐখোয়গী শক্তম ওইগদগে হায়বদু লেপ্পদা লুশিল্লকই। ঐখোয়না থোইদোক্লা হোৎনরুদ্রবসু লমদমসিদা মীতোপ অমনা থবক তৌদুনা, শু -নোমদুনা হিংগে হায়রগদি মণিপূরী লোন অসি তঙাইফদনা হৈনবা হোৎনৈ। চীংদগী তমদা নৎত্রগনা তমদগী চীংদা লল্লোন-ইতিক তৌগে হায়রবদি মণিপূরী লোন হৈতবা য়াদ্রি। মপান লমগী ওফিসার অমনা লমদম অসিদা থবক নিংথিনা তৌগে হায়রগদি মণিপূরী লোন অসি নিংথিনা হৈতবা য়াদে। মপান লমগী মণিপূরীশিংনা লায়েংবা য়াম্না চৎনবা মপানগী অনা-লাইয়েংশঙশিংদা মণিপূবী নর্সশিং থম্বগী চৎনবী ফাওবা উরি। মণিপূরী লোনগী ভিদিও ফিল্মশিং চীংগী মনুং হঞ্জিনবা মফমশিংদা উৎপা কয়া থেংনরি। মসি মণিপূরী লোনগী মশা-মরেং ফন্দোরকপগী মশক অমনি। মসিদা নাৎ অমসুং সংস্কৃতি পাকথোক চাওথোরকপগী ৱাদি য়াওদ্রি।

অচৌবা ষ্টেট খরদদি হায় স্কুলগী থাক্তদি লায়রদনা গ্রেজুয়েসনগী লেভেলদা ষ্টেট অদুদা অতৈ লমদগী লাক্লগা মহৈ তম্বা মতমদা মখোয়গী লোন্দু এম আই এল ওইনা তমদ্রফাওবদা লমদুগী লোন, সাহিত্য, সংস্কৃতি অমদি ইতিহাসকী মরমদা সবজেক্ট অমা ইংলিস লোন্দা তমদবা য়াদ্রি। মসিনা মপানগী ছাত্র অমদা মখোয়গী লোন্দু হৈখিদ্রবা ফাওবদা লমদুগী সাহিত্য, সংস্কৃতি অমদি ইতিহাস খজিক্তং ওইরবসু খঙহনখিবা ঙম্মী। ঐখোয়গীদি কদায় ? মীরমগী লুব-লুরবা সাহিত্য, ইতিহাস, ভূগোলগী মরমদা খঙলগসু মমালোন, মরমদমগী খঙগদবা সাহিত্য, সংস্কৃতি অমদি খঙফম থোক্লবা কয়াদি মণিপূরী সবজেক্ট নিংথিনা তমদবগী পোলিসি অসিনা তপ্পা-তপ্পা মমালোনবু মখোয়দগী লাপথোকহল্লক্লি। মশাগী লোন অমসুং সংস্কৃতিবু নিংথিনা মশক খঙদবা মীশক অমনা মমালৈবাক, মরমদম মণিপূরবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা হায়বদুদি চীন্না চুম্না হায়বগী ৱানি থম্মোয় মনুং য়ৌনা নুংশিবা হায়বদুদি ওইররোই।

ঐখোয়গী স্কুলশিংদা মরুওইনা মিশন অমদি লন্নাই ইংলিস মেদিয়ম স্কুলশিংসিদা পাক শন্না মণিপূরী সবজেক্টপূ পোলিসি অমা ওইনা তম্বীদবগী থৌওং অসি সরকার অমদি লমদমসিগী সিভিল সোসাইটিশিংনা অকনবা মীৎয়েং চংদুনা থিংনবা হোৎনহৌদ্রগদি মণিপূরী লোনগী মরায়বকসি তশেংনা খাঙেনফমদা য়ৌবগা চপ মান্নরবনি। ঙসিগী নহারোল হয়েংগী জাতিগী যুম্বীনি হায়নরিবনি। ঙসিগী ঐখোয়গী নহারোল, অঙাংশিংনা ইংলিস লোন হৈনবা হোৎনবদা মমালোন মণিপূরী লোন অমদি সংস্কৃতি নিংথিনা খঙজিল্লক্তবা হায়বসিদা লমদমসিগী তুংগী ফীভম করি ওইনিংঙাই ওই ? ঐখোয়গী লোন অমসুং সংস্কৃতি হায়বসি মপানগী মীনা লাক্লগা চাউখৎহনগদবা নত্তে। ঐখোয় ইশানা হোৎনরগতা ওইগদবনি। ঐখোয়গী লোন অমসুং সংস্কৃতি চাউখৎলবা মতমদা ঐখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্যবু মীনা তমগে, নৈনগে হায়দুনা লাক্কদৌরিবনি।

ঐখোয়গা শক-চূ মান্নবা নোংপোক্কী চাইনিজ, কোরিয়ান, জপানিজশিংদগী ঐখোয়না তমগদবা কয়া লৈরি। চাইনিজ, কোরিয়ান অমদি জপানিজশিংনা মালেমগী মফম অমদা লৈরবসু মখোয়গী শক্তম মাওহন্দনা লৈবা ঙম্মী। চান-থক্লবগী মতাংদসু চাইনিজ ফূদ হায়বসি ঙসিদি চাইনিজ খক্তগী ওইদ্রে, তপ্না-তপ্না মালেমগী খ্বাইদগী পাম্নবা ফুদ আইটেম অমা ওইরক্লি। মেদ ইন চাইনা, কোরিয়া, জপান হায়বসি মীয়াম্না পাম্নবা ক্বালিটি ব্রান্দ অমা ওইরবনি। চাইনা, কোবিয়া অমদি জপান্দা ইংলিস লোনগী ইনোৎনা লৈবাকশিংদুদা করিসু তৌবা ঙমদ্রি। অদুবু লৈবাকশিং অসিনা নোংম-নোংমগী চাউখৎলক্তুনা মালেমগী চাউখৎলবা লৈবাকশিংগী মরক্তা য়াওবা ঙম্লক্লি। লৈবাক অমনা চাউখৎলকপা হায়বসিদা মপানগী চাউখৎখ্রবা লোন অমগী মপান তাংলগা অদুগা অমরোমদা লম অদুদা লৈরিবা মীশিংগী ব্রাখল খনবগী, ভাব তাবগী চাং ব্রাংখৎলক্তনা চাউখৎলবা লোন অমা ইবা ঙাংবা ঙম্লগা হেক্তা চাউখৎলক্কদবা নত্তে।

ঐখোয়গী লোন্দা ব্রাখল-লৌশিং, জ্ঞান পূম্নমক ফংবা য়াবা লাইরিকশিং লৈরবতদা ঐখোয়গী লোন অসি চাউখৎলক্কদবনি। চাউখৎলবা ইংলিস লোন নিংথিনা হৈরগা মণিপূরী লোনগী পূক্কে চোন্নবা থবক খরদং তৌরমদ্রগদি ঙসিগী মীরোলবু তুংগী মীরোলনা থিনা ঙাংনহৌরগনি। স্বর্গদগীসু পোক্লফম ইমা নঙনা হেল্লি হায়বা ব্রাফম লৈরিবনি।

—◆—

# পেত্রিওটিজম অমসুং নেরো নেসনেলিজমগী লংদাই

*If I should die, think only this of me: that there's some corner of a foreign field that is for ever England – Rupert Brooke*

ইংরাজি ৱাহৈ *'পেত্রিওটিজম'* (Patriotism) অমদি *'নেরো নেসনেলিজম'* (Nero Nationalism) অনীগী নুংগী ওইবা ৱাহন্থোকশিং অসি নৈনবগী তঙাইফদবা অমা হৌজিক্কী মতমদা লৈবক্লে। মরমদি হৌজিক্কী মতমদা ফূরুপ মচা-মচাশিংনা মনীং-মখা তম্বগী অমদি ফংফম থোকপা হক কয়া তানবগী খোঙজং চত্থনরকপা অসিনা ৱাহৈ অনীসিগী ঙমখৈদু কদায়ৱাইদগী ওইগদগে হায়বদু খঙদবা য়াদবা অরুবা অমা ওইরক্লি। কাঙলুপ নৎত্রগা ফূরুপ অমদা পেত্রিওটিজম হায়বদি মরৈবাক নুংশিবগী মশক্তু উত্থোক্লবসু অতোপ্পা কাঙলুপ নৎত্রগা ফূরুপ অমদনা নেরো নেসনেলিজম হায়বদি মশাগী কাঙলুপ নৎত্রগা ফূরুপ অদুখক্তবু কা-হেন্না নুংশিবা অদুগা অতৈ ফূরুপশিংবুনা নুংশিবা ঙমদবগী মশক ওইনা উবসু য়াই। মরম অদুনা ঐখোয়না খঙগদবসি পেত্রিওটিজম অমসুং নেরো নেসনেলিজমগী মরক্তা অপাবা লংবার অমখক্তনা খায়দোকই হাযবসিনি। করিগুম্বদা পেত্রিওটিজম্মি হায়বা য়ারম্বা মরৈবাক নুংশিবগী মশক্তু খজিক্তং মৈরৌ হেক হেঞ্জিনখিবদা নেরো নেসনেলিজমগী ফৎত্রবা, অথিবা মশক ওনখিগদৌরিবনি।

পেত্রিওটিজম (মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা) হায়বসি মশাগী কাঙলুপ নৎত্রগা ফূরুপ অদুখক্তা নত্তুনা মালেমগী অখণ্ড-অহৈ, অপং-অশিং খাক্তনা মীপূম খুদিংমক্লা ইকাই খূম্নে। মীওইবা অমদা লৈবা গুণশিংগী মনুংদা পেত্রিওটিজমগী গুণ অসিসু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা থম্নে। মালেমগী মফম পূম্নমক্তা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা, মদুগীদমক্তা থৱায় কৎখিবা কয়াবু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা, লাত্তুনা থম্নে। অদুগা অমরোমদা নেরো নেসনেলিজম (মরৈবাক মজাতি অদুখক্তবু কা হেন্না নুংশিজবা) না লীচিং ওইরগা থৱায় ফাওবা কৎপা ঙমখিবদগী মরৈবাক -মজাতিনা ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা থম্লগসু অতৈ কাঙলুপ নৎত্রগা ফূরুপশিংগী মফমদনা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা, ফেনাটিক ওইবা থৌওংনি হায়দুনা কি-তুকৎচনা লৌনৈ। নেরো নেসনেলিজম হায়বসি মশাগী ফূরুপ নৎত্রগা কাঙলুপ্তুদনা পেত্রিওটিজম্নি অদুগা অতৈদনা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা, চাউখত্তবা মখলগী থৌওং অমনি।

পেত্রিওটিজম হায়বসি ফূরুপ খুদিংমক্কী মাংলোমদা চঙশিন্নবা, মপাঙ্গল কনখৎনবা অমদি অহিংবা ফূরুপ অমা ওইনবা অফবা মন্ত্র অমনি। মরৈবাক-মজাতিবু নুংশিবগী থবক-থৌওং কয়ানা ফূরুপ অমা মশাগী শক্তম মাঙদনা, মপাঙ্গল কন্না অহিংবা ফূরুপ অমা ওইনা মতম চুপ্পগী ওইনা হিংদুনা লৈহল্লি। অমরোমদা নেরো নেসনেলিজম্না মীওইবশিংগী মরক্তা নুংশিনদবগী হূ পান্থী হৌহল্লি। মশাগী ফূরুপ অদুবু কা-হেন্না নুংশিজবগী থৌওং অসিনা অতৈ ফূরুপশিংবু নুংশিবা পোকহন্দে, মান্ননা য়েংবা ঙমদে। মসিদগী ফূরুপ অমগা ফূকপ অমগা নুংশিনদবগী থৌদোক ৱাথোকশিং, লান, জেনোসাইদনচিংবগী ফীভম ফাওবা যৌহনবা ঙম্মী। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা হিটলরনা জর্মন মজাতিবু কা-হেন্না নুংশিজখিবা, জর্মনশিংনা অতৈ জাতিশিংদগী হেল্লি খনখিবনা মালেমগী ফূকপ অতৈগা লান শোক্লখি। অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা জিয়ু মিলিয়ন কয়া হাৎখি। জিয়ুশিংদা নত্তুনা অতৈ জাতি কয়াসু মশিং খঙদনা হাৎখি। মরম অসিদগী জর্মন জাতিগী নেসনেল হিরো ওইরম্বা হিটলর মমৈথংদদি মালেম পূম্নমক্লা খ্বাইদগী কি-তুকৎচনরবা হীংচাবা অমা ওইনা উনখি। হিটলরগী মরৈবাক-মজাতিশিংবু নুংশিজবগী থৌওংদু কনানসু অফবনি অৱাংবনি হায়দুনা শীংথানখিদে। অদুবু হৌজিক ফাওবা জর্মন্দা হিটলরগী থৌওংদুবু পামজবা, নুংশিজবা, হকচিন্না থাজবা নিও নাজিগী মীওই খরসু অদুমক লৈহৌরি।

ফূরুপ অমদনা হিরো ওইবা অদুগা ফূরুপ অমদনা ভিলেন ওইবগী থৌওংসি পেত্রিওটিজম অমসুং নেরো নেসনেলিজমগী ঙমখৈ অসিদনি। গল্ফ ৱারগী মতমদা

ইরাক্কী প্রসিদেন্ট ওইরম্বা সদাম হুসেন মতমদুদা গল্ফ লৈবাকশিংদা নত্তনা মুসলিম লৈবাক অয়াম্বগী হিরো ওইখি। *'সদাম, দ দার্লিং ওফ দ দেজর্ট'* হায়না থাবা টি শর্ট কয়া মুসলিম নহারোলশিংনা লিৎনখি। অঙাং কয়াগী মমিং সদাম থোন্নখি। অদুক য়াম্না মতিক-মগুণ লৈখ্রবা নুপাদু ইরাক ৱারদা মাইথিবদগী বীচার তৌদুনা হাৎখি। সদামবু য়াবা মীওই কয়াগী মাইকৈদগী য়েংলগদি সদাম মরৈবাক-মজাতিবু নুংশিজবা পেত্রিওইট অমনি। অদুগা অমরোমদা কুৱেট অমসুং সদামগী থৌওংদুবু য়ানিংদবা কয়াগী মাইকৈদগী য়েংলগদি সদাম্না মরৈবাক-মজাতিবু নুংশিজখিবা অদু নেরো নেসনেলিজমগী মশক্কি।

হৌজিক-হৌজিক মালেমগী মফম-কয়াদা সুসাইদ বোম্বরনচিংবা থোরক্কুনা টেরোরিজমগী থবক থৌওং কয়া চথবা উরক্লিবসি টেরোরিজমগী থবক থৌওং চথরিবা মখোয়গী মাইকৈদগী য়েংলগদি মখোয় মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা, পেত্রিওটিজমগী থৌওংনি। মদুনবু ফ্রুপ্তুগী নহা কয়ানা মখোয়গী ফূরুপ্তুগী, ধর্ম্মদুগীদমক মথৱাই ফাওবা থাদোকপা ঙম্লিবনি। নৎত্রগদি থৌওং অসি খরা তৌরম্লগা মখা চথবা ঙম্লোই। অদুবু মখোযগী থবক-থৌওংশিংদু নেরো নেসনেলিজমলোমদা নকশিনখিবনা মালেমগী অতৈ মীওইশিংনা মখোয়গী মরৈবাক মজাতি নুংশিবগী মশক অদুবু ইকাই খুম্নবা উত্তে। পেত্রিওটিজমগী থবক-থৌওংশিংদা অতৈ কাঙলুপশিংবু নুংশিদবা, য়েক্লবদৌনা উ হায়বদি লৈতে। মরম অসিনা মখল-মখা কয়াগী ধর্ম্ম, চৎনবী লৈবা লৈবাকশিংদা ধর্ম্ম খুদিংমকপু চপ মান্ননা য়েংবা সেক্যুলরিজমগী ৱাফম অসি থোরক্লিবসিনি। ইন্দিয়াগুম্বা মল্টি ইথিনিক কম্মুনিটি লৈবা লৈবাক অমনা ঙসি ফাওবা অকনবা লৈবাক অমা ওইনা লেপ্পুনা লৈবা ঙম্লিবসি সেক্যুলরিজমগী ৱাখল্লোন অসিননি।

লমদমসিদা মৈতৈশিংগা নাগাশিংগা মূক্লবা মানবগী মওং অমা উবা ফংলিবসি পেত্রিওটিজম অমসুং নেবো নেসনেলিজমগী খেন্নবা অদুগী মওংদুনি। মতাং অসিদা নাগা ফুরুপশিংগী মনীং-মখা তম্বগী ঈহৌদগী গ্রেটর নাগালেন্দগী বাওন্দরি চাওথোকপগী মাইকৈদা চংলক্লিবসি ঐখোয়না নৈনবা য়াই। কনাগুম্বা ফুরুপ অমগী মনীং-মখা তম্বগী ঈহৌ হায়বসি মালেমগী ফূরুপ খুদিংমক্না শৌগৎলক্কনি, সোলিদরিটি উৎলক্কনি। মরম অদুনা লাপথ্রবা ইষ্ট তিমোরদা মনীং-মখা তম্বগী অকনবা ঈহৌ চংশিল্লকপদা লমদমসিগী মীয়াম্না সোলিদরিটি উৎখ্রিবদুনি। নাগা ফূরুপকী মনীং-মখা

তম্বগী ঈহৌদা মালেমগী অতৈ ফুরুপশিংদা নত্তনা মচিন-মনাও ওইরিবা মৈতৈশিংনা হেন্নবু থব্রায় য়াওনা শৌগৎলি। অদুবু মমৈথংদা নাগা ফুরুপশিংগী মনীং-মখা তম্বগী থবক-থৌওংশিংদুনা য়ুম্লোন্নরিবা অতৈ ফুরুপশিং হায়বদি মৈতৈ, কুকি, অসামীজগুম্বা ফুরুপশিংদা খৎনবা হৌবা ওইনা থোক্লবদি মদু নাগা ফুরুপশিংদা পেত্রিওটিজম ওইনা উজরগসু কুকি, মৈতৈ অমদি অসামীজ ফুরুপশিংদদি নেরো নেসনেলিজমগী মশক ওইরে।

নেরো নেসনেলিজম হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা রাজনীতিগী অফবা খুৎলাই ওইনসু শিজিন্নরে। অপূনবা ওইনা শক্তি লৈনা লৈরম্বা লৈবাক কয়াদা নেরো নেসনেলিজমগী মশকপূ অশেংবা পেত্রিওটিজমগী মশক ওইনা উহন্দুনা লৈবাক অদুবু মচেৎ-মচেৎ তানা থুগায়বদা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নে। লৈবাক অমদা ফুরুপ কয়া মতম শাংনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্বদু নেরো নেসনেলিজমগী খোইচাক থাদুনা ফুরুপশিং অদুগী মরক্তা মাগী-মাগী ফুরুপশিং অদুখক্তমক খনবা হৌরকই। মদুবু মখোয়না অশেংবা মরৈবাক নুংশিবা, পেত্রিওটিজমগী থবক্তি হায়না খনবা হৌরকই। অচৌবা শক্তি অমনা খাল্লবা নৎত্রগা মখোয় মশেল জ্ঞান তান্নরক্ত্রিফাওবদি নেরো নেসনেলিজমগী হূগী ময়াইদুনা ফুরুপ মশেল নুংশিনদনা, খৎন-চৈনদুনা লৈহৌই।

সোসিয়েল সাইন্টিষ্টশিংনা তোয়না পন্নরিবা বলকনাইজেসন হায়বা টর্ম অসিগী অতোপ্পা মমিং অমদি নেরো নেসনেলিজম্নি। য়ুরোপ মহাদেশতা শক্তি লৈনা লৈরম্বা য়ুগোসলোভিয়াদগী মচেৎ-মচেৎ কায়রক্তুনা ক্রোসিয়া, সর্বিয়া, মোন্টেনেগ্রো, মেসোদোনিয়া, বোসনিয়ানচিংবা অপিক-অপিকপা লৈবাক মচা কয়া থোরকখিবা অদুগা চাওখ্রবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দগী রুসিয়া, উক্রেন, লাটভিয়া, অর্মেনিয়া, কাজাকিষ্টান, উজবেকিষ্টান, টর্কমেনিষ্টানচিংবা লৈবাক কয়া থোরকখিবসি পেত্রিওটিজমগী মশক্তগী নেরো নেসনেলিজমগী মশক্লা হেনখিবননি। সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা মপূং ওইবা ফুরুপ অমা ওইরিবা রুসিয়ানশিংনা অতৈ ফুরুপশিংবু নমথদুনা থম্বীরে হায়বা ব্রাখল্লোনসিনা নেরো নেসনেলিজমগী মশকপূ অশেংবা পেত্রিওটিজমগী মশক ওইনা উহনখি। মরম অসিমক্লা মতম অমদা মপাঙ্গল কন্না, শক্তি লৈনা হাইনা হুম্না পাল্লম্বা সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়নবগী মরম অমা ওইখি।

নুংশিনদবা লৈবাক অনীনা মখোয়-মখোয়গী নুংশিনদবা লৈবাক্তুদা থওইনা (লৈবাক্তুদা লৈরিবা অপিকপা ফুরুপ মচাশিংদা) ইনশিন্দুনা নেরো নেসনেলিজমগী

মশকপূ পেত্রিওটিজমগী মশক ওইনা উহন্দুনা লৈবাক অদু থওইনা থুগায়নবা হোৎনবসু য়াওই। লৈবাক অমদা লৈরিবা অপিকপা ফুরুপশিংদা মশা-মশাগী ফুরুপশিংবু নুংশিবগী ৱাখল পোকহনবসি ফজখ্রবা ৱাখল্লোন অমনি। অদুবু পেত্রিওটিজম অমসুং নেরো নেসনেলিজম অনীগী মরক্তা লৈরিবা পারবা কাখল অসি খঙহৌদদুনা পেত্রিওটিজমগী মশক্তগী নেরো নেসনেলিজমগী মশক্তা ওনখিবা তারবদি মদুগী ফলদি অকিবগী মশক্কি। মথক্কী ফীভম অসিমক ওইখিবা তারবদি কাঙলুপকী, ফুরুপ মশেলগী লান কুইনা চত্থদুনা লৈহৌগনি। লৈবাক, সমাজ কয়া মচেৎ-মচেৎ তারক্লবগী চাওরবা মরম অমা শোয়দনা ওইরক্কনি।

নেরো নেসনেলিজমগী মশক অসি কুইশিল্লক্লগা তমথিরবা জেনোসাইদ হায়বদি কাঙলুপ অমবু তূম্নবা হাত্তুনা মাঙহন্নবা হোৎনবগী মশক ওল্লক্কদ্রা হায়বগী অকিবসিনি মীয়ামদা লৈরিবসি। মালেমগী ইতিহাস্তা ফুরুপ অমনা অতোপ্পা ফুরুপ অমবু তূম্নবা হাত্তুনা ফুরুপ অমবু মূথৎনবা হোৎনবা থেনখাং কয়ারক লৈখ্রে। অদুবু লাইবক ফবনা কাঙলুপ নৎত্রগা ফুরুপ অমনা মতমগী অহোংবা কয়াদা চাশিন্ননা হিংবা ঙমদদুনা মশা মতোমতা মুৎচখিবা নত্তনা জেনোসাইদকী থৌওং কয়ানা কাঙলুপ নৎত্রগা ফুরুপ অমবু হেক্তমক মাঙহনখিবদি ঙমদ্রি। ষ্টেট অসিদা মমাংগী কুনশুবা চহীচাগী মরিফুতবাগী অঙনবা শরুক্তা থোকখিবা নাগা-কুকিগী মরক্তা লৈখিবা কাঙলুপকী লান অদুদা জেনোসাইদকী ফীভমদা লাক্লে তৌবগী অকিবা অমা লমদমসিগী মীযাম্না উবা ফংখ্রে। নাগাশিংগী পেত্রিওটিজমদু কুকিশিংদদি নেবো নেসনেলিজম্নি। অদুগা অমরোমদা কুকিশিংগী পেত্রিওটিজমদু নাগাশিংদদি নেরো নেসনেলিজম্নি। মথক্কী অসিগা চপ মান্ননা নাগাশিংনা চঙশিল্লিবা নাগালিমগী দাবী অসি মখোযদা পেত্রিওটিজম ওইজরবসু মৈতৈশিংদদি নেরো নেসনেলিজম্নি।

মণিপূরগী চীংমী কাঙলুপশিংগী মরক্তা অপিক-অপিকপা ফুরুপশিংনা মশা-মশাগী ওইবা লালহৌলুপ কয়া শেমগৎনরক্লিবসি পেত্রিওটিজমদা নকশিনব্রা নৎত্রগা নেরো নেসনেলিজমলোমদা নকশিনব্রা হাযবদু নৈন্নিংঙাই ওই। নৎত্রগদি মসিনা অপূনবা মণিপূর অমা শাগৎলকপদা খুরৌ অমা ওইরকপসু য়াই।



# কারবার অমসুং নেসনেলিজম

*Nothing is illegal if one hundred well-placed business men decide to do it. – Andrew Young*

চাউখৎপা অমসুং ইনাক কৈবাক খুনবগী থাক অসি লৈবাক অদুগী লল্লোন-ইতিক অমদি কারবারগী থাক অসি কয়া য়াম্না চাউখৎলবগে হায়বসিদগী খঙবা ঙম্মরে। লৈবাক অমনা পোত্থোক-চাথোক কয়া মরাং কায়দ্রফাওবা লল্লোন-ইতিক, কারবার নিংথিনা হৈরবা অমদি খোঙহায় চাবা মফমদা লৈরবদি লৈবাক অদু ইনাক-কৈরাক খুনবা, ৱাত্ত-পাদবা হায়বদু ওইবা ঙম্মী। ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিদা সিঙ্গাপোর অমদি হোঙ কোঙনা মশাগী পোত্থোক-চাথোক মরাং কায়দ্রবসু ইনাক-খুনবা, পৈশা পায়বা লৈবাক অমা ওইনা লৈবা ঙল্লিবসি কারবার হৈবা অমদি খোঙহায় চাবা মফমশিংদা লৈরম্বনি। ইন্দিয়াদসু দিল্লীনা লৈবাক্কী কোনুং ওইজরগসু মুম্বাই সিটিনা ইনাক খুনবা অমদি মরুওইবা সিটি অমা ওইবা ঙল্লিবসি লল্লোন-ইতিক অমসুং কারবারগী মরুওইবা সিটি অমা ওইবননি। ইন্দিয়াগী লল্লোন-ইতিক অমদি কারবারগী থবকসি চাম্মদা হুম্ফুতরাদি মুম্বাই সিটিদগী তৌই। ইন্দিয়াগী ওইনা গভর্নমেন্টতা কারক্লিবা রেভিন্যুগী চাম্মদা হুম্ফুতরাদি মুম্বাই সিটিদগীনি।

ঙসি ইন্দিয়াগী ফূরুপশিংগী মরক্তগী ইন্দিয়া অমসুং মালেমগী মফম কয়াদা খূন্দাদুনা কারবার হৈবদা মমিং চৎলিবা মারব্বারী হায়বা ফূরুপ অসিগী হৌরকফমসি রাজস্থানগী মেৱার কৌবা মফমদগীনি। রাজস্থান, পোখোক-চাথোক নিংথিনা লৈতবা, লমগঙ (মরুভূমি) নি। অদুবু মারব্বারীশিংগী পোকপদগী য়াওজরকপা কারবার তৌবা হৈবগী মগুণ অমদি হোৎনবা কনবনা ঙসি মারব্বারীশিংনা ইন্দিয়াগী অমদি মালেমগী মফম কয়াদা খূন্দা-লৈতাদুনা, কারবার চাওনা তৌদুনা ইনাক-খুনবা, পৈশা পায়বা ফূরুপ অমা ওইনা হিংবা ঙম্লি। ইন্দিয়াগী লম্লোন-ইতিক অমদি অচৌবা কারবারগী থবক অয়াম্বসি মারব্বারীশিংনা তৌই হায়বা য়াই।

অমরোমদা ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিনা চাউখৎপা হেল্লক্লিবমখৈ মরমদম, মমা লৈবাকপূ নুংশিজবগী মশক নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন অসিসু নোংম-নোংমগী কনখৎপা হেনগৎলক্লি। মশাগী মজাতিবু নুংশিজবা, নেসনেলিজমগী মৈরি অসিনা কনখৎলক্তুনা মালেমগী মফম কয়াদা নীংতম্বগী লান মচা-মচা কয়া হৌরি। অদুগা অমুকসু চাওরবা লৈবাক কয়া, ষ্টেট কয়া নেসনেলিজম্না মরম ওইদুনা মচেৎ-মচেৎ তারক্তুনা তোঙান-তোঙানবা ফূরুপশিংগী হেন্না মশক থোকপা লৈবাক অমদি ষ্টেট কয়া থোরক্লি।

হান্না সোভিয়েট য়ুনিয়ন হায়দুনা চাওনা লৈরম্বদগী রুসিয়া, উক্রেন, লাটভিয়া, টাজাকিস্থান, উজবেকিস্থান, অর্মেনিয়ানচিংবা লৈবাক মথং-মথং থোরকখিবসি রাজনীতিগী ওইবা মরম ময়াম অমা লৈরগসু মরুওইবা মরম অমদি মতম কুইনা নমশিন্দুনা থমদুনা লাকখিবা নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন্দু মপান থোক্লা পাকথোক-চাওথোরকখিবননি। হান্না সোভিয়েট য়ুনিয়ন হায়রগা অতোপ্পশিংনা রুস নেসনেলিজম খক্তবু উরম্বদু সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়রবা মতুংদদি অতোপ্পা ফূরুপশিংগী নেসনেলিজমসু ময়েক শেংনা থোরকপা ঙমখি। য়ুগোসলাভিয়া কায়বগী মতাংদসু নেসনেলিজমগী ৱাফমসি মরুওইবা মরম অমা ওইখি। মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা চপ মান্ননা লৈমিন্নরম্বা জেকোসলোভাকিয়াদগী রিফরেন্দম অমা তৌদুনা জেক রিপব্লিক অমসুং স্লোভাকিয়া হায়না লৈবাক অনী থোরকখিবসি মাগী-মাগী ফূরুপকী নেসনেলিজম অদুনা হেন্না কনখিবননি।

ইন্দিয়াদসু ষ্টেট কয়া মথং-মথং শেম্লবা মতুংদা হৌজিক অমুক অনৌবা ষ্টেটশিং শেম্বগী ৱাফম অমসু কনখৎলক্লি। মতম খরগী মমাংদা অন্ধ্রা প্রদেশতগী তেলঙ্গনা ষ্টেট শেম্বগী ৱাফম্না ইন্দিয়া পুম্নমক থক-থক নিক্লখি। মহারাষ্ট্রদগী বিদর্ভা, ৱেষ্ট বেঙ্গলদগী

গোর্খালেন্দ, অসামদগী বোদোলেন্দ, নাগালেন্দদগী ফ্রন্টিয়র নাগালেন্দ শেম্নবগী ব্রাফম কয়া লাকখিবসি রাজনীতিগী ওইবা ব্রাফম কয়া লৈখ্রগসু মরুওইবা মরম অমদি মাগী-মাগী ফুরুপকী নেসনেলিজম অদু কনখৎলকপননি।

ফুরুপ মচা খরদি হিংনবা হোৎনবদা অচৌবা ধর্ম্ম লৌরুদুনা মশাগী নাৎ অমদি শক্তম মাঙলক্লগসু অয়াম্বা ফুরুপশিংনদি মশা-মশাগী নাৎ-শক্তম কন্দুনা, মাঙহন্দনা থম্বগা লোয়ননা মাগী-মাগী ফুরুপকী নেসনেলিজম শাগৎপা হায়বসিনা মরুওইবা ব্রাফম অমা ওইরক্লি। নেসনেলিজম হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা ফুরুপ অমবু হিংদুনা অমদি মপাঙ্গল কন্না লৈনবগী খ্বাইদগী ফরবা মন্ত্র হায়বদু ওইরে।

ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী মরুওইনা লৌনরিবা ব্রাফম অনী *'কারবার'* অমসুং *'নেসনেলিজম'* অসি পূন্না চৎমিন্নবা য়াবা ব্রাফম অমদি ওইদ্রি। কারবার হায়বসিদদি জাৎ-বিজাৎ, মরুপ-মপাং, য়েক্লবা করিসু লৈতে। দরকার ওইরিবদি লল্লোন-ইতিক তৌদুনা পৈশা খ্বাইদগী য়াম্না তানবা ঙম্বদুনি। লল্লোন-ইতিক তৌবা হায়বসিদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবসু মীনা পামগদবা পোৎ-চৈ য়োনবা হায়বসিনি। মফম অমদা ফংদবা, অতাংবা পোৎতু অতোপ্পা, অহোংবা মফমদগী পূরক্তুনা য়োল্লবা নৎত্রগা ক্বালিটি লৈবা, অফবা পোৎ-চৈশিং পূরক্তুনা মফম অমদা য়োল্লবা অসিনি। মরম অদুনা লল্লোন-ইতিক, কারবারগী থবক অসি লাই হাক্তক্তগী তৌদুনা লাকই। শেন্দোং ফংগনি হায়রবদি শিবা-নাবা কিদনা হুরান পোৎয়োন, ব্লেক মার্কেটকী থবক তৌবা ফাওবদা কিনরক্তে।

পৈশা পায়দুনা, ইনাক-কৈরাক খুন্দুনা নুংঙাইনা লৈবা হায়বসি মীওইবা হায়বা জীবসিগী মরুওইবা লাইনীংনি। মালেমগী পৈশা পায়বা, ইনাক-খুনবা লৈবাক অমদি লন্নাই মীওইশিং অসি লল্লোন ইতিক, কারবার হৈবা ঙাক্তনি। কারবার হৈত্রবদি হৌজিক্কী মতমদা পৈশা পায়বা, ইনাক খুনবা হায়বদু ওইবা শুকঙম ঙম্লরোই। মরম অদুনা কারবার করম্না মাই পাক্লা তৌগদগে হায়বসি তম্নবা মালেমগী মফম কয়াদা মেনেজমেন্ট ইনষ্টিট্যুট কয়া লিংখৎনরে। ময়াদা মৈ ব্রং-ব্রং হৌরবা অফবা ছাত্রশিংনা মেনেজমেন্ট ইনষ্টিট্যুটশিংদা তমদুনা কারবারগী লান য়াওনবা হোৎনরি। কারবার চাওথোক্লবা হোৎনবদা লৈরিবা মফমদুদা অহৈবা মী লৈত্রবদি অতোপ্পা লমদগী পৈশা য়াম্না পীদুনা অহৈবা মী কৌথোক্তুনা শিজিন্নরি। মজাতিগী মী নুংশি হায়দুনসু কারবারদুদা খুৎলোইরোইদবা ওইরবদি মপান্দগী মী নেক্তুনা তৌহনবা তাবনি। কারবারদদি মরুপ

লৈতে, য়েক্লুবা লৈতে, অহৈবদুনি দরকার ওইরিবসি। লল্লোন-ইতিক, কারবারগী থবকসি চাউখৎলকপগা মীশিংগী ইনাক-খুনবগী থাক ৱাংখৎলকপগা লোয়নননা নেসনেলিজমগী ৱাহঙ্ঘোকসি নৌহৌননা য়েংখৎপা মথৌ তারক্লি।

শেল তানবা য়াবা, ইনাক খুনবা মফমশিংদা মীশিংনা চেনশিন্নরি। মমা লৈবাক, মরমদম থাদোক্লুনা পৈশা য়াম্না ফংগদবা মফমশিংদা চত্তুনা খূন্দা লৈতানরি। অনৌবা মরৈবাক অমমুক নৌনা শাগৎনরি। ইনাক খুনবা অমেরিকাদা ইন্দিয়া মচা কয়া ইন্দিয়া থাদোক্লুনা মফমদুদা খূন্দা-লৈতাদুনা মফমদুগী সিটিজন ওইরি। মখোয়না মফমদুদা লল্লোন-ইতিক তৌদুনা, কারবার তৌদুনা ইনাক খুনবা, পৈশা পায়বা মীওই ওইনরি। মখুৎ-মশা হৈবা জপানিজ মচা মালেমগী মফম কয়াদা পৈশা য়াম্না পীদুনা কৌরগা মখোয়দগী অহেনবা জ্ঞান, লৌশিং তম্লরি। য়ুরোপ, অমেবিকাগী কম্পনি, ফার্ম কয়াদা এসিয়া অমসুং অফ্রিকাদগী অহোংবা লেবর লৌদুনা শিজিন্নরি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা মল্টি নেসনেল কম্পনি কয়াগী কারবার চাওথোকপা ওম্লবা অতোপ্পা লমগী মীওই কয়া মখোয়গী কম্পনিদা থবক তৌহল্লি। ইন্দিয়া মচা লাক্ষ কয়া অতোপ্পা লমগী কম্পনিগী থবক তৌদুনা হিংনরি। ফীভম অসিদা নেসনেলিজমগা হিংবগা কনানা হেন্না লুপ্নগে হংবদা খুম্নদা অরুবা ওইরকই।

হৌজিক্কী মতমদা নেসনেলিজমগী মশকসি মালেমগী শান্ন-খোংনবগী থৌরমশিংদা উবা ফংই। মালেমগী শান্নবুঙশিংদগী মনা-মথুম ফংলক্লুনা লৈবাক্কী, লমগী ইজ্জৎ পূরকপশিংবু শেল-থুম চাওনা পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎনরি। গভর্নমেন্টনসু মনা-মথুম ফংবা ওম্লবা অঙম্বা পাঙ্গল, পৈশা পূথোক্লুনা হোৎনরি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা শেল চাওনা পীদুনা মীরমগী অহৈবা কোচ কৌথোক্লগা মরমদমগী শান্নরোইশিংবু তম্বীহল্লি। মীরমগী কোচ অদুগী মফমদদি য়েংগদৌরিবসি নেসনেলিজমদা নত্তে। মঙোন্দা দরকার ওইরিবদি মাবু নেক্লিবা লৈবাক্লুনা মঙোন্দা পৈশা কয়া য়াম্না পীবা ওম্বা মদুগী মহুৎ মহাক্লা মখোয়দা মহৈ পীরম্বা অসিনি। মসিসু অমরোমদদি লৈবা-য়োনবগী কারবার অদুগুম্বনি। মসিদনা লৈবা-য়োনবগী পোৎশকসি মহৈনা ওইবগী ৱানি। মতাং অসিদা নিংশিংবদা নুংঙাইবা ৱাফম অমদি নেসনেল গেমস ময়াদা মণিপূরগী শান্নরোই ময়াম অমা অতোপ্পা স্টেটতা চৎলগা অতোপ্পা স্টেটতুগী মহুৎ শিন্দুনা শান্নরুই। নেসনেল গেমস লোইরগা মখোয়না ফংলকপা মেদলদুগী মতুং ইন্না পৈশাগী ইন্সেন্টিব ময়াম অমা পূদুনা হল্লকই।

গভর্নমেন্টনা ফনা থিংলবা ফাওবা লম অমদা অতাংবা পোৎশক্তু প্রজা-মীয়াম্নবু পাম্লবদি অরোনবা কারবার (ব্লেক মার্কেট) তৌদুনা লল্লোন-ইতিক, কারবার অদুম চত্থনৈ। কম্যুনিষ্ট সাসন লৈরিঙৈদা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা অমেরিকান ফিল্মশিং উৎপগী অথিংবা লৈরবসু সোভিয়েট য়ুনিয়নগী মতমদুগী প্রজাশিংনা ব্লেক মার্কেটতগী অমেরিকান ফিল্মশিং লৈদুনা লোন্না-লোন্না য়েংনৈ। য়েংনিংদবা, চানিংদবা পোৎ অমা নমদুনা য়েংহনবা, ইল্লুবা য়াবা নত্তে। লমদমসিগী চীংমী ত্রাইবেল ইচিল-ইনাওশিংনা রাজনীতিগী ইথিল চংদুনা মণিপূরী লোন তম্মু হায়বদা য়ানিংদ্রবসু মণিপূরী ভিদিও ফিল্মগী দিস্ক কেসেটশিং লৈদুনা মণিপূরী ফিল্ম য়েংনরি। চাইনাগা ইন্দিয়াগা রাজনীতিগী মীৎয়েংদা নুংশিনদ্রবসু অরোনবা কৈথেলদদি চাইনাগী অহোং-অচাওশিংনা ইন্দিয়াগী কৈথেলশিং খুদম চনশিল্লক্লি।

ঙসিগী মালেমগী চাউখৎপগী ঈচেলসিদা কারবার অমসুং নেসনেলিজম হায়বা ৱাফম অনীসি য়াম্না মরুওইনা লৌনরগসু ৱাফম অনীসি অমগা-অমাগা নকশিন্না চৎমিন্নবা য়াবা অমদি ওইদ্রি। লাক্কদৌরিবা মতমগী ঈচেলসিদা কারবারনা নেসনেলিজম চেঙ্খদুনা পৃগদৌরিব্রা নৎত্রগা নেসনেলিজম্না কারবারবু থিংদুনা থমগদৌরিব্রা হায়বসি য়েংখিবা তারি।



# নেসনেলিজমদা মার্ক্সিজমগী ৱাফম খরা

*Communism is Soviet power plus the electrification of the whole Country – Lenin*

মতমসিগী মালেম পৃথিবী শিন-থুংনা শিংলিবা নেসনেলিজমগী নুংশিং অসিনা লৈবাক কয়াগী, লম কয়াগী রাজনীতিগী, শেল-থুমগী অমসুং সমাজগী অফ-ফত্তগী ৱাফম কয়াদা মনুং য়ৌনা চংশিন্দুনা শোকহনখ্রবনি। অমরোমদা তোল্ল-তারবা, লায়রবা লৌমী-শিঙ্গী কয়াগী অমত্তা ঙাইরবা চংজফর্মনি হায়না লৌনরিবা মার্ক্সিজমগী ৱাখল্লোন্না অচৌবা ব্লোক অমা ওইনা লৈবম্বদগী মথং মথং কায়থরক্কুনা ক্যুবাগুম্বা, অৱাং কোরিয়াগুম্বা নত্তনা অতৈ লৈবাক লৈরক্কবা, অদুগা মার্ক্সিজমদা য়ুম্ফম ওইবা কম্যুনিষ্টকী গভর্নমেন্ট লৈজরগসু চাইনা অমসুং ভিয়েটনাম্না নোংম-নোংমগী দিমোক্রেসিরোমদা নকশিনখিবা অসিনা মার্ক্সিজমদা ৱাহং কয়া থোবকহল্লি।

নেসনেলিজমগী *'নেসন'* অদুখক্তমক য়েংলগা শাগংলকপা অকনবা ফোর্স অদুগা মার্ক্সিজমগী ফ্রুরুপকী করিগী ৱাফম খন্নদনা শাগংলক্লিবা *'প্রোলেটরিয়েট দিক্টেটর্শিপ'* কী ৱাফম অসিগা পকশিন্নদুনা য়েংবদা শমজিন্নবা ইয়া য়াদবা ৱাফম অমা ওইনা উই। অদুবু পাক চাওরবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন শেন্বদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা

মীয়াম্না মমিংতা তাবদা থক থক নিক্লা কিনখিবা মতম অমগী সোভিয়েট য়ুনিয়নগী প্রসিদেন্ট ওইরম্বা লৈখিদ্রবা জোসেফ ষ্টেলিন্না মানা পীখিবা লেকচর ময়ামদু খোমজিল্লগা *'মার্ক্সিজম অমসুং নেসনেলিজম'* হায়না মীংথোনবা লাইরিক্তুগী অহৌবা পেরেগ্রাফতুদা অসুম্না পল্লি- *'মাগী মাগী জাতিগী ৱাফম খন্নদনা প্রজাশিংনা তুংগী অফবা, চাউখৎপা সমাজ অমগীদমক লাছেংনদুনা মাংলোমদা চংশিল্লিবমখৈ মীয়ামগী ওইবা ৱাফম অসিনা মাং থাদুনা লাকই। অদুগা করিগুম্বদা মীয়ামগী পূক্লিংদা চীংনবা ফাওনরক্লবা মতমদুদা মখোয় মশেল লাপথোক্লরকই। জাতি, লৈবাক্কী ওইবা ৱাফমবু তুংওইনরগা মখোয় মশা মশাগীতা খনবা হৌরকই'*।

ইশম শম্না হায়রবদা *'নেসন'* হায়রিবা ৱাহৈ অসিমক্তগী *'নেসনেলিজম'* গী ৱাফম অসি শাগৎলকই। নেসনেলিজম হায়বসি ইথিনিক অমদি পোলিটিকেল বাউন্দরি লৈবা আইন্না য়ারবা রাজনীতিগী থিওরি অমনি। অমরোমদা মার্ক্সিজমগী ৱাখল্লোন্দু মপূং ফানবা শাগৎলকপদা থোরক্লিবা *'প্রোলেটেরিয়েট দিক্টেটর্শিপ'* লৈবা কম্যুনিষ্টকী সরকার লৈবা লৈবাক অমা ওইরকপদসু ইহান হানবদা অকক্লবা নেসন অমগী বাউন্দরি মনুংদা শাগৎলকই। খজিক্তং মপূং মরৈ ফারক্লবা মতমদা ৱাখল্লোন মান্নবা মরুপ মপাং ওইবা লৈবাক ময়াম অমা চৎমিন্নবা মথৌ তারকই। লোয়ননা মখোয়গা ৱাখল্লোন মান্নবা ঈহৌ ময়াম অমসু শৌগৎপা তারকই। খুদম ওইনা রুসিয়াগী কল্লবা কম্যুনিষ্ট সরকার অদুগী মওং মতৌ লৌদুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা কম্যুনিষ্টকী সরকার লৈহল্লকপদা অচৌবা মতেং ওইখি। কল্লবা *'য়ুরোপিয়ান ইকোনোমিক কন্ট্রি'* (ই ই সি) গী মায়োক্তা নোংপোক য়ুরোপকী ৱাখল্লোন মান্নবা লৈবাক ময়াম অমা পূল্লগা *'ৱারসো পেক্ট কন্ট্রি'* হায়বা অমা শেম্না ঙমখি। খরা পীকশল্লক্লগা পাক চাওরবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন ফাওবা *'রুস নেসনেলিজম'* দা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎখিবনি হায়বদা লাল্লরোই। কম্যুনিষ্ট চৎপা লৈবাক খুদিংমক্কী মোদেল কন্ট্রি ওইরিবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা ফাওবা নেসনেলিজমগী স্পিরিট অসি নেমথহনবা ঙমখিদে। কম্যুনিষ্ট সরকার লৈজরগসু সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা য়াওরিবা য়ুক্রেন, অর্মেনিয়া, উজবেকিষ্টান, লিথুআ, বেলোরুসিয়া অসিনচিংবা ফূরুপ কয়া অসিগী নেসনেলিজমগী স্পিরিট অদুবুদি মপাছোংদা হাইফেৎ মাল্লগসু প্রজাশিংগী থম্মোয়দা ফাওরিবা অদুবুদি মুখৎপা ঙমখিদে।

মথক্কী ৱাফম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবা অমদি ফনা ফবা, মপাঙ্গল কনবা আইদোলোজি লৈজরগসু নেসনেলিজমগী স্পিরিট অসি প্রজাশিংগী থম্মোয়দগী

মুখৎপা অসিবুদি ৱানা থোকই। নেসনেলিজমগী ৱাফম অসিবু মশানা মশাবু প্রোগ্রেসিপনি হায়না খঞ্জবা কাঙবুনা *'নেরো নেসনেলিজম'* হায়না হায়বসু য়াই। অদুবু য়াম্না প্রাকটিকেল ওইবা মওংদদি নেসনেলিজমগী ৱাফমসি লায়না খন্দোকপা য়াদ্রি। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা, খ্বাইদগী প্রোগ্রেসিপ ওইবা লৈবাক অমনি হায়না খন্নরিবা য়ু এস এ দা ফাওবা মশা মশাগী নেসনগীদমক হেন্না খনবা তোঙ্ক্রি। য়ুরোপকী কুচ্ চৌবা, ৱাং চাওবা কাঙবুনা মশিং হেন্না খূন্দাবা য়ু এস এ দা এসিয়ারোমদগী লাকপা মমল হোংবা লেবর কয়া চঙশিল্লকপা থিংনবা আইন কয়া শেমদুনা থম্মী।

মখল অমগী সরকার হেক্তমক লৈরগসু মাগী মাগী নেসনগী ৱাফম্না অতৈ ৱাফম পূম্নমক্তগী মাং থাদুনা লাকই হায়বসিমদি তশেংনা চুম্লে। মরম অদুনা হৌজিক মতমগী হোংলক্লিবা মওং মতৌসিদা *'নেসন অমা'* হায়বসি কমদৌনা আর্থ হনগদগে হায়বদু খঙবগী মথৌ তারক্লি।

মমিং চৎলবা জুরিষ্ট সালমোন্দ গী মতুং ইন্না *'ষ্টেট অমা হায়বসি অপূনবা মী কাঙলুপ অমনি, মসিগীদমক পান্দম খরা লৈগনি। মসি লৈবাক মনুং অমসুং মপানগী সেক্যুরিটিগীদমক ওইবসু য়াই।'* অদুবু মথক্কী সালমোন্দগী মীৎয়েংসিদগী খরা পাকথোকপা মওংদা ওপেনহৈম না অসুম্না অমুক য়েংই - ষ্টেট অমা হায়বসি অসিগুম্না মতম খক্তদা ওইথোকই, মদুদি ষ্টেট অদুগী প্রজাশিংনা খ্বাইদগী ৱাংবা সরকারগী ওথোরিটি অমগী মখাদা লৈরবা কান্দা অমসুং মদুগী ওর্দরশিংদু ইন্দুনা চৎলবা মতমদদা। আইদিয়েল ষ্টেট অমগী আর্থদু হৌজিক্কী মতমদদি চৎনবা য়াদ্রে। অদুবু মসি ষ্টেট অমগী দরকার ওইবা ইলিমেন্ট অমা ওইদুনা অদুম লৈখিগনি। অমুকসু ইং ১৯৩৩ গী মমিং চৎলবা *'মোন্টেভিদিও কনভেন্সন'* গী আর্টিকল নম্বর ১ গী মতুং ইন্না - ষ্টেট অমা হায়বসি ইন্টরনেসনেল লোগী মীৎয়েংদদি প্রজা মখল অমনি। প্রজা মখল অসিদা তঙাইফদনা গুণ মরিদি য়াওদবা য়াদে। গুণ মরি অদুদি ১) তং-তানা মহৌশাদগী লৈজরক্লবা প্রজাশিং ২) অকক্লবা ঙমখৈ (বাউন্দরি) ৩) সরকার অমসুং ৪) অতোপ্পা ষ্টেটশিংগা মরী থম্নবা য়াবগী শক্তি লৈবা।

ৱেবষ্টর দিক্সনারিগী মতুং ইন্না *'নেসন'* হায়বসি তং-তাবা, মহৌশাদগী লৈজরক্লবা মীওই কাঙলুপ অমনা টেরিটোরি অমগী মনুংদা লৈজবা শেল-থুমগী ফীভম, তোঙানবা কলচরগী মশক অমা লৈজবা অমসুং লৈরিবা মীওইশিংগী অপূনবা লোন অমা লৈজবা পূম্নমকশিং অসি পূন্না ফংবা ফীভম অদুবু নেসন অমা কৌই। কুপশিন্না

য়েংবদা ষ্টেট অমগা নেসন অমগা খেন্নবা খজিক লৈজরগসু পূন্না চাউরাক্লা য়েংবদদি ইমান মান্নবদৌনা তৌরে।

সোসিয়েল সাইন্টিষ্টশিংগী মত মতুং ইন্না *'নেসন'* অমা হায়বসি *'রেসিয়েল'* নৎত্রগা *'ট্রাইবেল'* শিং নত্তে। মসিদি মহৌশানা লৈজবা মীওই কাঙলুপ অদুবুনি। য়েৎননিংঙাই ওইরিবা মরৈদি সাইপ্রস অমসুং অলেকজেন্দ্রিয়াগুম্বদি নেসন অমা কৌবা য়াদে। পূৱারীদা পূন্না লৈমিন্নরক্লগসু লান অমুক মাইথিবা অমুক মাই পাকপদা পূনশিন্নবা য়াবা অকোম্বা মরীদা শাগৎখিবা মীওইবা কাঙলুপ মশেল অদুনি। পূৱারীগী তাঙ্কক কয়া পূন্না লৈমিন্নরক্লগসু সমাজ অদুগী য়ূম্ফম চেত্তবা মওংগী মরী অদুদি লৈরোইদবনি। মশাগী লৌরি য়ূম্ফম অদুদা চহী কয়া তং তানা, চাউখৎপা মওংদা লৈরকপা মীওই কাঙলুপ ওইগদবনি। ফীভম অসিনা পোলিটিকেল কম্যুনিটিগা নেসনেল কম্যুনিটি খেন্নবসুময়েক শেংনা খঙহল্লি। নেসনেল কম্যুনিটিদদি *'কমন লেঙ্গুয়েজ'* অমা য়াওদ্রগদি শাগৎপা ৱানা থোকই, পোলিটিকেল কম্যুনিটিদদি কমন লেঙ্গুয়েজ য়াওদ্রগসু য়াই।

কাঙলুপ অমনা পাক শন্না লোন্নরিবা লোন হায়বসি নেসন অমগী তঙাই ফদ্রবা মচাক অমনি। অদুবু নেসন অমদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক চপ মান্নবা লোন অমা ঙাংগদবনি হায়বগী তঙাই ফদবদুদি লৈতে। অষ্ট্রিয়াদা জেক লোন ঙাংবা জেক মচাশিং লৈ, পোলিশ লোন ঙাংবা পোলিশ মচাশিং কয়া রুসিয়া মনুংদা লৈ। অমরোমদা অমেরিকানশিং, বৃটিশ মচাশিং চপ মান্নবা লোন ইংলিস ঙাংই অদুবু মখোয় মখোয়গী তোঙানবা নেসন অমমম লৈজে।

জাতি অমগী ঙমখৈ হায়বসি নেসন অমগী চংদবা য়াদ্রবা মচাক অমনি। নেসন অমা হায়বসি লিশাং শিংনা অমসুং নীতি নিয়ম নাইনা প্রজাশিং তোংনা তিন্নদুনা লৈরকপদগীসু ওইরকই। ইংলিসমেনশিং অমেরিকানশিং অহানবদদি চপ মান্ননা মফম অমদা লৈরম্মী অদুবু মীওই কাঙলুপ অমনা অমেরিকাদা চৎখিদুনা খুন্দা-লৈতাদুনা অমেরিকানশিং ওইরুই। অনৌবা নেসন অমা শেল্লকই। ফীভম অসিদগী নেসন অমা ওইরক্লবগীদমক মহৌশাগী ওইবা ঙমখৈ (বাউন্দরি) লৈবা দরকার ওই। মদু *'পোলিটিকেল বাউন্দরি'* ওইবসু য়াই নৎত্রগনা মদু *'ইথনিক বাউন্দরি'* ওইবসু য়াই।

মথক্কী ফীভমশিং অসিদা নৎত্রবসু কাঙলুপ অমগা অমগগী মরক্তসু শেল থুমগী মরীনসু (ইকোনোমিক বোন্দ) নেসন অমা ফাজিন্দুনা থম্বসু য়াই। নৎত্রগনা অকনবা

লৈঙাক পথাপ (ষ্ট্রোং পোলিটিকেল ৱিল) নসু নেসন অমা ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বসু য়াই (মসিদি কুইনা চৎকন্দবা মওংনি)। খুদম ওইনা ফূরুপ কয়ানা পূল্লগা শাবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন।

কাঙলুপ অমগী *'সাইকোলোজিকেল মেক-অপ'* অদুনা কাঙলুপ অদুগী কলচরগী মশক ওইনা থোরকই। নেসন অমদা লৈরিবা কাঙলুপশিং অদুনা মখোয়গী নূংদা মখোয়না লৈরিবা নেসন অদুগী নেসনেলিষ্ট ফিলিং ফাওনা হিংবা ঙম্লবা কান্দা মপূং ফাবা নেসন অমা ওইবা ঙম্লকই। ইংলেন্দ, অমেরিকা অমসুং আইরলেন্দ চপ মান্নবা লোন ঙাংই অদুবু তোঙান তোঙানবা মখোয়গী নেসন অমমম লৈজে। মখোয়দা চপ মান্নবা লোন ঙাংজরগসু চপ মান্নবা সাইকোলোজিকেল মেক-অপ অদুদি লৈতে। মদু মখোয়না তোঙান তোঙানবা ফীভমদা চহী কয়া লৈনরকপদগী ওইবসু য়াই।

মথক্কী ফীভম ময়াম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবা অমদি নেসন অমা হায়বসি মহৌশানা লৈজরকপা মীওই কাঙলুপশিং, তং তাবা লোন অমা লৈজবা, ঙমখৈ (বাউন্দরি), শেল-থুমগী মরী অমসুং সাইকোলোজিকেল মেক-অপ অসিনচিংবা শুনা তিল্লবা ফীভমদুনি হায়না লৌবা য়াই। হায়রিবা ফীভমশিং অসিগী চাউখৎচনবা হোৎনবগী ৱাখল্লোন নৎত্রগনা পোলিটিকেল ৱিল অদুবু ঐখোয়না নেসনেলিজম হায়না কৌবা য়াই। মসিদা মওং অমগী রাজনীতি গী নিয়ম নীতি লৈবা য়াই। অদুবু মসিনা *'নেরো নেসনেলিজম'* অমসুং অকনবগা-অশোনবগা মূক্রদুনা য়ৈখায়-থীনগায়বগী মওং অদুবুদি খঙনদে। মসিদি চাউখৎলবা হৌজিক মতমগী জাতি অমবু মাংদা পূখৎনবা অকনবা ফোর্স অমা ওইনা লৌনরক্লবনি।

মার্ক্সিজমগী মতাংদা য়াম্না শন্দোক্না নৈনরুদ্রগসু ৱাহৈ অনীখক্না মার্ক্সিজমগী ফিলোসোফিসি ফনা য়াম্না মহুৎ শিনবা য়ারব্রা নীংই। ৱাহৈ অনীদুদি *'প্রোলেটরিয়েট দিক্টেটর্শিপ'*। মার্ক্সিজমদা য়াওরিবা কম্যুনিষ্ট সরকারগী মতাংদদি মালেমগী অখণ্ড অহৈ কয়ানা লিশিংলক হন্না নৈনখ্রবনি, মসিদা মখা তানা নৈনরুবগী মথৌ তাদ্রে। মতাং অসিদা ঐখোয়না খন্নবা য়াবা ৱাফম অমনা ঙসি মালেমগী মফম পূম্নমক্তা মপাঙ্গল কন্না হৌগৎলক্লিবা নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন অসি মার্ক্সিজমগী ঙমখৈ মনুংদা করম্না য়েংবগে হায়বদুনি।

পৃথিবীগী কম্যুনিষ্ট চৎপা লৈবাক অতৈনা পরা তমফম ওইরম্বা অষ্ট্রিয়াগী অফাওবা সোসিয়েল সাইন্টিষ্ট বাউরনা অষ্ট্রিয়াদা সাসন পায়রম্বা অষ্ট্রিয়ান সোসিয়েল

দিমোক্রেট পার্টিগী মতাংদা অসুম্না ফোংদোকই - *'জাতি পূম্নমক্কী শিন্মীশিংনা কাওলুপ মখল মখা য়াম্না লৈবা ষ্টেট অমবু শক্তি পায়দুনা লৈবা, ইনাক খুনবা কাওবুশিংগী মায়োক্তা নেসনেল ওটোনোমিগী ৱাফমসি থাংগৎলকই'*। মহাক্না নেসনেল ওটোনোমিগী ৱাফম্না *'সেল্ফ দিটরমিনেসন'* গী ৱাফমসি কোকহনবা ওমগনি থাজে। মথক্কী ৱাফম অসিদা মহাক্না মখা তানা অসুম্না ফোংদোকই - *'প্রোলেটরিয়েট নেসনশিংগী* কনষ্টিট্যুসন *শেম্বা মতমদা জাতিশিংগী নেসনেল ওটোনোমি, সেল্ফ দিটরমিনেস্নগী ৱাফমশিং অসি তণ্ডাইফদে।'*

মথক্কী ৱাফম অসিদগী খন্নবা য়াবা অমদি **ক)** ফূরুপ মচা মচা কয়া লৈবা নেসন অমগী ৱাফমসি নেসনেল ওটোনোমিগী ৱাফম্না শন্তাইনবা ওমগনি অদুবু অমরোমদা সেল্ফ দিটরমিনেসনগী ৱাফম্না মসিগী ইন্টিগ্রিটিসি অমুক থুগায়গনি। **খ)** সেল্ফ দিটরমিনেসনগী ৱাফম্না নেসন অমগী সোভেরেন্টিগী ৱাফমবু শৌগৎকনি অদুগা নেসনেল ওটোনোমিগী ৱাফম্না নেসন অদুদা লৈরিবা জাতিশিং অদুগী কলচরেল রাইটশিং ফংহনবদা শৌগৎকনি। কম্যুনিষ্ট চৎপা লৈবাক পূম্নমক্না থাজরিবা ৱাফম অমদি জাতি ফূরুপ কয়া লৈবা কম্যুনিষ্টকী নিয়ম নীতি ইন্দুনা চৎপা লৈবাক অমদা নেসনেলিজমগী ৱাফমসি নেসনেল ওটোনোমিনা শন্তাইনবা ওমগনি।

মার্ক্সিজমগী নিয়ম নীতিবু থাজদুনা কম্যুনিষ্ট সরকার অমমম লৈজরম্বা নোংপোক য়ুরোপ লৈবাকশিংদা মথক্তা পনখ্রিবা নেসনেল ওটোনোমিগী ৱাফমসি কমদৌনা চত্থবগে হায়বদু য়েংশিনবসু তণ্ডাইফদে। খুদম ওইনা জেক, পোলিশ অমসুং জর্মনশিং, অষ্ট্রিয়াগী মফম কয়াদা চাইনা-চাইনা খুন্দাই। মখোয় ময়াম অসিগী ৱাফমদু নেসনেল ওটোনোমিনা কোনশিল্লি অদুবু য়ুরোপকী মফমদা শন্দোক্তুনা তারিবা জিয়ু মচাশিংগী ৱাফম পূখৎলকপদি য়ানিংদবদৌনা মরম অমা নৎত্রগা অমা পীশিন্দুনা খূমজিন্দুনা থম্নবা হোৎনৈ। মখোয়না জেক, পোলিশ, জর্মনশিংদি *'য়ুরোপিয়ান ফেমিলি'* ওইনা লৌই অদুগা জিয়ু মচাশিংদি য়ুরোপিয়ান ফেমিলিগী মনুংদা কোনশিন্নিংদে, অতোপ্পা মীতোপ ওইনা লৌই। মসিগা চপ মান্ননা পৃথিবীগী লৈবাক পূম্নমক্না কম্যুনিষ্ট লৈবাক হায়রগা মখোয়বু শীংথানরিবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা য়াওবা মরু ওইবা জাতিশিং মরু ওইনা রুস, য়ুক্রেনিয়ন, তজাক, অর্মেনেনিয়ান, উজবেক, কজাক অমসুং বেলোরুসিয়ানশিংগী ৱাফম লাকপদা ষ্টেট ইশু ওইনা লৌনৈ অদুগা নেসনেল ওটোনোমিগী ৱাফমসু মখোয়দা মপূং ফানা চৎনৈ। অদুবু সোভিয়েট য়ুনিয়নগী

মফম কয়াদা চাইনা চাইনা শন্দোক্তুনা লৈস্ত্রিবা মশিং য়াল্লবা জিয়ু কয়াগী ব্রাফমদি নেসনেল ওটোনোমিগী মনুংদা ইচন চন্দবদৌনা তৌই। নুঙাইহিবদি মার্ক্সিজমগী ব্রাখল্লোনবু মালেমসিদা পূথোকখিবা নিপাদু জর্মন জিয়ু মচানি হায়বসি হেক-হেক কাউথোকই।

ঐখোয়না ঐখোয়গী পীক্লবা লমদম অসিবু জাতি অতৈ কয়াগী মাং থাদুনা চেনবা ঙম্লবা নেসনেলিজমগী ব্রাখল্লোনসি ঐখোয়গী হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা মপূং ফানা খঙহনবা অমা চংই। জপানিজ, ইংলিস-নেসনেলিজমদা পৃথিবীদা মমিং চৎলি মখোয়বু কনানসু *'নেরো নেসনেলিষ্ট'* হায়না হায়নদে।



# মতমগী অহোঙবা মরক্তা নেসনেলিজম

*A country is a piece of land surrounded on all sides by boundaries, usually unnatural – Joseph Heller*

দিক্সনারিগী আর্থগী মীৎয়েংদা য়েংলগদি নেসনেলিজমগী আর্থসি ইচম চম্না *'মরৈবাকপূ নুংশিবা অমসুং মদুগীদমক থবক তৌবা'* হায়না লৌবসু য়াই। অদুবু মতম মতমগী হোংলক্লিবা রাজনীতি গী অনৌবা শক্লোন কয়াসিগা লোয়ননা নেসনেলিজমগী নুংগী ওইবা ব্রাখল্লোনসু মতমগা চূনবা মওংদা হোংবা তারকই অদুবু মসিমক্লা নেসনেলিজমগী ফন্দামেন্টেল কন্সেপ্ট অদুদা হোঙহনবদি নত্তে। নেসনেলিজমগী ব্রাখল্লোনসি লৈবাক অমবু, জাতি অমবু মাংলোমদা চিংখৎলকপা ঙম্বা অকনবা ফোর্স অমা ওইনা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা লৌনরক্লবা মতমনি। অদুবু কীনিংঙাই ওইরিবা ব্রাফম অমখক্তি নেসনেলিজমগী ব্রাফমসি খজিক্তং শোয়খিবদা *'নেরো নেসনেলিজম'* গী অকিবা ফংনা মাঙ-তাক্লিংঙাই ওইরবা লম্বীদু নক্লা লৈবদুনি। নেসনেলিজমগী ব্রাখল্লোনসি মসি ঐখোয়না মতমগা চুনরবা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইনা শেমগৎলবা *'নেসন'* নৎত্রগা *'ষ্টেট'* অমগী চংদ্রবা য়াদ্রবা মচল অমনি হায়না লৌবা য়াই।

নেসনেলিজমগী ব্রাফমসি হেক খন্নবা হৌরকপগা *'নেসন অমা'* নৎত্রগা *'ষ্টেট অমা'* গী ব্রাফমসি মশা মতোমতা থোকচরকই। মীওইবা অমনা তঙাই ফদনা মীৎ,

নাকোং অমসুং খোঙ-খূৎ হকচাংগী শরুকশিং দরকার ওইবগুম মীওইবা জাতি অমনা মশাগী *'নেসন'* নৎত্রগা *'ষ্টেট'* অমা লৈবা হায়বসি দরকার ওই। ষ্টেট অমা কমদৌনা ওইরকই হায়বদুদি শন্দোক্লা পল্লুদ্রবসু মীপূম খুদিংনা খণ্ডনরবা ৱাফমনি। অদুবু মতাং স্বাইদা হংবা য়ারিবা ৱাহং অমদি ঙসিগী পৃথিবী অসিদা মশাগী তোঙানবা ষ্টেট লৈজদবা ফুরুপ কয়ামরুম লৈরি। হায়রিবা *'ষ্টেটলেস কম্যুনিটি'* শিং অসিদদি নেসনেলিজমগী ৱাফমসি লৈতবা জাৎলা? মথক্কী ৱাহং অসিগী পাউখুম পীবা অরাইবা নৎত্রি। অদুবু ঐখোয়না খুদম অনী-অহুমদং লৌখৎতুনা নৈনবা চুম্মী। ঙসি ঙসিমক অৱাং-নোংপোক ভারত্তা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইনা লৈরিবা *'চকমা'* অমসুং *'হাজোং'* মশাগী ষ্টেট লৈজদবা ফুরুপশিংনি। অমুকসু ইন্দিয়ান কনষ্টিট্যুসনগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চনবা লোন অমা ওইরিবা সিন্ধী ফুরুপ ভারত্তা মশাগী ষ্টেট লৈজদবা ফুরুপনি। হায়রিবা ফুরুপশিং অসি মশাগী তোঙানবা ষ্টেট লৈজদ্রবসু তশেং তশেংনা মশাগী ফুরুপ অদুবু নুংশিজবা অমসুং য়োকখৎনিংবগী ফীভম ঐখোয়না ময়েক শেংনা উবা ফংই। মসি নত্তবা ভারত্তা ষ্টেটলেস কম্যুনিটি কয়ামরুম লৈরি। পৃথিবীগী অতৈ জাতিশিংনা চাউখৎপা হায়বসি মখোয়দগী হৌরকপনি হায়না য়ানরিবা য়ুরোপকী লৈবাকশিংদসু ষ্টেট লৈজদবা ফুরুপশিংগী ৱাফম কয়া ঐখোয়না থেংনরি। *'কেমিসো'* হায়বা ফ্রেঞ্চ নুপা অমনা নেপোলিয়ান পেরিওদকী মতমদা জর্মনিগী সিমানা মনুংদা ফ্রেঞ্চ লোন লোনবা কাঙলুপ অমদা ফাওবা নেসনেলিজমগী ৱাখলদু মাগী মমিং চৎলবা নোভেল *'এ মেন উইথদাউট সেদো'* হায়বদুদা ময়েক শেংনা ফোংদোকখি। জর্জ সান্ট্রানা *'ঐখোয়গী জাতিগী ৱাফম হায়বসি ঐখোয়না ঐখোয়গী নুপীগা লৈনবা মরীদুগুম্বদুনি'* হায়দুনা হেন্না নকশিন্নবদু ফোংদোকই। এন্থ্রোপোলোজিষ্ট অমসুং লিঙ্গুষ্টশিংগী মত মতুং ইন্না পৃথিবীদা তোঙান তোঙানবা ফুরুপ ৮,০০০ রোম লৈ হায়না থাজনৈ। অদুবু হায়রিবা মশিং অসিগা চান্নদনা শকখঙলবা নেসন নৎত্রগা ষ্টেট ২০০ মুক্তং লৈ। খরমুক পাকথোকপা মীৎয়েংদা য়েংলগা বৃটিশ আইরলেন্দা আইরিস নেসনেলিজম, ইংলিস নেসনেলিজম, স্কোটিস নেসনেলিজম হায়দুনা তোঙান তোঙান্না লৈজে। অদুবু অমুক পূনশিল্লরুগা বৃটিশ নেসনেলিজম হায়দুনা অমমুক থোরকই। হায়রিবা ৱাফম অসিগা মরী লৈননা খা থংবা রুসিয়ানশিংগা অৱাং থংবা রুসিয়ানশিংগা কলচরনচিংবদা খরা খেন্নবা লৈজরগসু অপূনবদা *'রুস নেসনেলিজম'* হায়দুনা মপাঙ্গল কন্না লৈ। মথক্তা পনখ্রিবা ফীভম অসিমক ভারত্তসু লৈ হায়না লৌবা য়াই। টামিল, মালায়ালম, কনাড়ি, পঞ্জাবী,

কাশ্মীরি, বঙ্গালী, অসামী, মণিপুরী হায়বা তোঙান-তোঙানবা ফুরুপ কয়ামরুম লৈজরগসু অপূনবা মীৎয়েংদা *'ইন্দিয়ান নেসনেলিজম'* হায়বা অমা তোপ-তোপ্পা লৈজে।

নেসনেলিজমগা মরী লৈননা ফুরুপ অমনা কমদৌনা চাউখৎলকপগে হায়বদু শমলপ্পা পলহৌবা চুম্মী। সোসিয়েল সাইন্টিষ্টশিংগী মত মতুং ইন্না সমাজ অমনা চাউখৎলকপগী মওংসি তাঙ্কক অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি (১) প্রি-এগ্রেরিয়ান পেরিওদ (২) এগ্রেরিয়ান পেরিওদ অমসুং (৩) ইন্দষ্ট্রিয়েল পেরিওদ। অহানবগী প্রি-এগ্রেরিয়ান পেরিওদ অসিগী মনুংদদি মীওইবনা সুপ্নগী লৈশেমলকপগী লমলক্কী শাশিংগা নকশিন্নবা মওংগী পুন্সি অমদা লেল্লি। মসিদা চীঞ্জাক থীবা অমসুং মহৌশাগী ওইবা অন্না-অনাদগী নানথোক্লবা হোৎনবনা মরুওইবা মথৌ ওই। কলচর অমসুং ইন্টলেকচুয়েল নোলেজ চাউখৎলকপগী মওং থোইদোক্লা লৈতে। অনীশুবগী এগ্রেরিয়ান পেরিওদ অসিগী মনুংদনি ফুরুপ অমগী মরুওইবা মচাক ময়াম অমা শাগৎলক্লিবসি। লমলক্কী শা-উচেক্কুন্না কোইচৎ চত্তুনা লৈরম্বদগী তং-তাবা মওংদা লৌউ-শিংউ তৌদুনা ফজনা ওর্গানাইজ তৌরবা ফুরুপ অমগী মওং মতৌ শেমগৎলকই। পেরিওদ অসিগী মনুংদনি ফুরুপ অমা শেমগৎলকপদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা মতাংসি। মসিদা তুংদা ওইরক্কদৌবা ফুরুপ অমগী মওং মতৌ পুম্নমক শেম্বা হৌই। ফীভম অসিসু শরুক অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি (১) মপুং ওইনা লৌউ-শিংউগী থবক তৌদুনা চীঞ্জাক পুথোকপগী থবক থৌদাং লৌবা মশিং য়াম্না কাঙবু অমা অতোপ্পা অমনা (২) লৈবাক ঙাকপা অমসুং কলচরগী থবক তৌবা মশিং য়ামদবা কাঙবু অমা। অনী অসিনা অমগা অমগা মূক্লবা থোক্তনা, অফবা মরী লৈনরবতদা লৈবাক অদুনা, ফুরুপ অদুনা চাউখৎলকপা ঙম্মী। ফীভম অমসুং হৈ-শিংবগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা শিনফম খায়দোক্লরকপনা মরম ওইদুনা সমাজ অদুগী তুংদা ওইরক্কদবা মওং মতৌশিংদু শেম্বা হৌই। খুদম ওইনা ভারত্তা লৈরিবা সমাজগী অনেম-অন্নাংগী লৈরোল অসি মতমদুদা শিনফমগী মতুং ইন্না খায়দোকখিবা সমাজদুগী ফলননি হায়বা য়াই। মতমদুদা শিনফমগী মতুং ইন্না খায়দোকখিবা তারগসু মমৈথংদা শোক্ল-শম্নবা য়াদবগী কীনিংঙাই ওইরবা সমাজগী শেমদোকপা য়াদ্রবা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইরকখি। রাজনীতি গী মশক, কলচর, লোন, সাহিত্য, সাইন্স, ফিলোসোফি পুম্নমক তাঙ্কক অসিদগী মপুং ওইনা হৌরকখি। নেসনেলিজমগী

ৱাখল্লোনসু মতাং স্বাইদগী শাগৎপা হৌরে। অহুমশুবগী ইন্দষ্ট্রিয়েল পেরিওদ অসিদদি য়াম্না কণ্ডাবেঁটিব ওইবা মীৎয়েংদু থাদোক্লরগা নৌনা ইন্দষ্ট্রিদা শাবা পোৎ চৈ য়োনবগী থবক্তা মপূং ওইনা খন্নরক্তুনা মোর্দন সোসাইটি অমগী চপ চাবা মশক্তু তারক্লবা ফীভমদা চংশিল্লকই। মতাং স্বাইদনি নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোনসি ইচম চম্না লৌবা য়ারক্ত্রিবসি। পোৎ য়োনবা, শেল থুম খোমজিনবা হায়বসিনা মরু ওইবা থৌদাং ওইরকপনা সমাজগী ৱাখল্লোনদসু অচৌবা অহোংঙবা কয়া লাকই। অহোংঙবা অদুগা চাশিন্নদুনা হিংবা য়ানবা নেসনেলজিমগী ৱাখল্লোনসু মতমগা চূনবা মওংদা শেমদোকপা তারকই।

নেসনেলিজম হায়বসি ইচম চম্না রাজনীতি গী ওইবা নিয়ম নীতিগী কয়াৎ অমা ওইনা লৌবসু য়াই অদুবু মসিনা রাজনীতি অমসুং নেসন অদুগী শরুক খুদিংমকপূ তেক্তা কায়দনা থম্বা ঙম্বা অমদি ওইগদবনি। মতাং স্বাইদা পনবা য়াবা অমনা *'নেসনেলিষ্ট সেন্টিমেন্ট'* হায়বসি করিনো খঙবগী তঙাইফদবসু লৈ। মসিনা নিয়ম নীতি থুগায়বগী অশাউবগী মওং নৎত্রগা নিযম নীতিদু থুগায়বা ঙম্বদুদগী কারকপা অপেনবগী মওংদু তাকই। অদুবু নেসনেলিজমগী ৱাফমদদি কা-হেন্না অশাউবা ফোংদোকপা ওইদ্রবসু য়াই। ফীভম অসিদা নেসনেলিজমগা নেসনেলিষ্ট সেন্টিমেন্টকা মওং খরা খেন্ননা উই। অদুবু *'নেসনেলিষ্ট মুভমেন্ট'* হায়রগদি অসিগুম্বা মখলগী সেন্টিমেন্ট অসিদগী শাগৎলকপা ফীভমদুবু খঙহল্লি।

অমবোমদা নেসনেলিজম হায়বসি আইন্না য়ারবা বাজনীতি গী থীওরি অমনি হায়না লৌবসু য়াই। মসিদা *'ইথিনিক বাউন্দরি'* অমদি লৈগনি অদুবু মসিনা *'পোলিটিকেল বাউন্দরি'* গদি খক য়েৎশিন্নরোইদর্বনি। নেসনেলিজমগী মতাংদা য়াম্না তোয়না লান্না উনবা অমনা নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন হায়বসি নেসনদুগী নৎত্রগা ষ্টেটতুগী লৈজরম্বা, তুমদুনা লৈবা অরিবা চংনবী অমদি মতিক মগুন্দুবু হৌদোক্তুনা মীৎকপ থোকহনবনি। হায়রিবা ফীভম অসিমক পৃথিবীগী মফম কয়াদা নেসনেলিজমগী ৱাফম হায়রগা অসিগুম্না লৌনবা য়াম্না য়াওবি। তশেংর্বদি মসিমক্তি নত্তে, মসিদি অনৌবা মখলগী য়াম্না সাইন্টিফিক ওইরবা পোলিটিকেল থীওরি অমনি। মসিগী য়ূম্ফমদি ষ্টেট মনুংদগী শাগৎলকপা ওইগনি। মসিগী নিয়ম নীতি, মশা-মরেং পূম্নমক লাইরিক লাইশু নিংথিনা খঙলবা চৎনবী অমগী মখাদা চাউখৎলকপা ওইগদবনি। অদুগা ঙাক শেনবীবগী থবকসু ষ্টেট মশানা তৌবীগদবনি। ষ্টেট নৎত্রগা নেসন অদুবু মাংলোমদা চিংখৎপা ঙম্বা মরুওইবা ফোর্স অমসু ওইগনি।

ভারত্তা মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা লৈবাক অসিদা মনীং-মখা তম্বা অপিকপা ষ্টেট কয়া লৈরম্মী। অদুবু বৃটিশনা পানখ্রবা মতুংদগীদি মপূং ওইনা রিলিজন অমসুং কলচরদা শাগৎলগা, অদুগা জিওগ্রাফিকেল লোকেসন্না অমুকসু মতেং পাংদুনা *'কম্মন এনিমি'* ওইরিবা বৃটিশশিংবু তানথোক্লবা হোৎনবদা *'ইন্দিয়ান নেসনেলিষ্ট মুভমেন্ট'* শাগৎপদা য়াম্না লায়না থোকখি। লোন তোঙাঞ্জরবসু ভারত মচা পূন্না অমত্তা ওইবা মওংদা বৃটিশশিংগা থেংনখি। অদুবু ভারতনা নীং-খা তন্নবা মতুংগী ফীভমদি রিজনেল ওইবা ফিলিংদা কা-হেন্না থৱায় য়াওশিনখিদুনা *'নেসনদুগী ওইবা নেসনেলিষ্ট ফিলিং'* দগী অসুম লাপথোক্লরকপগী মওং অমা উবা ফংলক্লি। সোসিয়েল, পোলিটিকেল অমসুং ইকোনোমিগী মাইকৈদা থোং মান্নদবা লৈবনা অসিগুম্বা নেরো নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন অসি থোরক্লবা অচৌবা মরম অমসু ওইহল্লি।

অঙনবা মতমদা মণিপূরগী চীং অমসুং তমদা অপিক অপিকপা ফূরুপ মচা কয়ামরুম মনীংতম্বা ষ্টেট অমমগুম লৈনরম্মী। লাইবক ফবনা মপানগী অচৌবা শক্তিশিংগা মায়োক্লবগী খুদোংথীবদু নংখিদবনা অপিকপা ফূরুপশিং অসি মনীং মখা তম্না লৈজবদা থোইদোক্লা অপনবা, অথিংবা লৈরমদে। অদুবু তম্পাক্কী মৈতৈ নিংথৌগা চীংমীশিংগা লাছেংনবা নৎত্রগনা মখোয় মশেল লাছেংনবা নত্তনা থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবা থৌদোক লৈখিদে। *'চহি তরেৎ খুন্তাকপা (১৮১৮-১৮২৬)'* মতুংদগীদি মচোই মচোই অপিকপা ফোর্স ওইনা লৈরমবদু পূনশিন্দুনা অচৌবা শক্তি লৈবা ফোর্স অমা শেমদবা য়াদবগী তঙাই ফদবদু লাকখি। লাইবক থীবদি মৈতৈগী নিংথৌ মচা মশেল খৎনবগী ৱাথোক অমসুং চীংদা নাগা-কুকি য়েংথিনবগী মলোম্না ষ্টেট অসিগী ওইবা নেসনেলিজমগী ওইবা পোৎশক অমদি শাগৎপা ইঙম ঙমদনা লাক্লি। অমুক্কা লাইবক থীরিবদি ষ্টেটসিগী অপূনবা মীৎয়েংদা নেসনেলিজম শাগৎপগী মহুৎ নেরো নেসনেলিজমগী শাদোংদা তোংলগা অপিক অপিকপা *'হোমলেন্দ তানবগী ৱা'* ফোংনা-ফোংনা থৌনা ফনা হায়বা ঙম্নরকপা অসিনি। ফীভম অসি গভর্নমেন্টনা মরু ফংনা মুথৎনবা হোৎনবগী মহুৎ মখোয়বু থেল্লগা থম্বগী মওং অমদা চথরকপদগী অপিকপা হোমলেন্দ তানবগী মওংসি নোংম-নোংমগী চাওখৎলকই।

হৌজিক্কী মতমদা নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোনসি য়াম্না মরু ওইনা খন্নরগসু ঐখোয়না চেকশিনগদবদি মশা মশাগী কাঙলুপতগী হেন্না উবা ঙমদবা নেরো নেসনেলিজমগী ৱাফমসিনি। পূন্না, অমত্তা ওইনা, শান্তি ওইনা হিংমিন্নবগী ৱাখল্লোন

শাগৎপগী মহুৎ পূব্রারীগী ব্রাফম কয়া হন্না হন্না পূথোক্কুনা মীওইবগী তুমদুনা লৈরিবা তমথিবা মচিং-মশোন্দু মীৎকপ থোকহন্দুনা অমগা অমগা ফুগায়নহন্দুনা অনীমক মাঙমিন্নবা অঙ্কগী ফল তাবা রাজনীতি গী মশক, অমদা অসুমক চংশিল্লকপা ঐখোয়না উরি। মণিপূর মচা অমা ওইনা পোক্লগা ষ্টেট অসিবু অতোপ্পা *'এলিয়েন ষ্টেট'* অমগুম উবা, মশা মশাগী কাঙলুপ অদুদগী হেন্না উবা ঙমদবা, পূন্না হিংমিন্নগদবনি হায়বা ব্রাফমসি কাউথোকপগুম তৌখ্রবা নেরো নেসনেলিজমগী ব্রাখল্লোন অসিমদি কৈদৌঙৈদসু পূক্লিং থৌগৎলোইদবনি।



# অইবা অমদি রাজনীতি

*Man is by nature a political animal – Aristotle*

লমদমসিগী মশক নাইবা অইবা অমনা হায় *‘অইবা ঐখোয়দি রাজনীতি য়াওরোইদবনি। অইবশিংদি রাজনীতিদগী লাপ্পা লৈগদবনি। ঐখোয় অইবশিংদি থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অসিগী সাইলেন্ট ওবজার্বর ওইগদবনি।’* মহাক্কী ৱাফম অসি খরমখৈ চুল্লগসু কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা খরা ইদুনা মীয়াম মমাংদা পৃথোরক্লিবসি মশা খঙনবসু ওইরবসু নৎত্রগা মশা খঙদববু ওইরবসু মহাক্কী পোলিটিকেল ইনক্লিনেসন অমদি লৈরবনি। অইবা অমনা সমাজদুগী থৌদোক-ৱাথোকশিং উরুরগা নৎত্রগনা থম্মোয়দা ফাওরকপা মমিশিংদু ইদুনা ফোংদোক্লকপদা অইবা মশাদুগী অপাম-পামদগী অনিংবা মমি খজিক্তংদি শোয়দনা য়াওগনি। মসিগী অনিংবসি য়াওদ্রবদি কনাগুম্বা অমত্তা অইবা ওইরগে হায়দুনা চোংথোরক্লোই। অইবা অমা ওইবসি মমা পূক্লুংদগী পীথোরকপা গুণ খরদি য়াওদুনা লাক্লগদবনি।

মীওইবা অমনা মশানা পামজরবসু, পামজদ্রবসু হেক পোক্লকপদগী রাজনীতিগী পরিকোর মনুংদা অদুমক হিংলকই। পোলিটিকেল এক্টিভিষ্ট ওইনা চেন-চোংদুনা শরুক

য়ারুদ্রগসু মীওই মশাদুনা লৈরিবা সমাজ অদুগী রাজনীতিগী ফীভম অদুদগী নাষ্থোক্তুনা চৎপা য়াদে। লৈরিবা রাজনীতিগী ফীভমদুনা ফরে, লৈবাক অদুদা লৈরিবা প্রজা-মীয়াম পূম্নমক নুংঙাইনা হিংলে। অমরোমদা লৈবাক অদুদা লৈরিবা রাজনীতিগী ফীভম্মা ফৎত্রে লৈবাক অদুদা লৈরিবা মীশিংগী পূন্সি নুংঙাইনা, ঈংনা চীক্লা হিংবা পূন্সি হায়বদুদি ওইররোই। সাহিত্য হায়বসি সমাজগী মীংশেলনি হায়নরিবনি। মরম অদুনা অইবা অদুনা মশাগী সমাজগী ফীভমশিংদু নাথেদুনা মরী লৈনদবা ৱাফম করিসু ইরক্লোই। হোয়, তৌবগীদি পাল্লিবা লৈঙাক্লোনদুগী ৱাখল-মীৎয়েংদুগী মতুং ইন্না খরা ময়েক শেংনা নৎত্রগা নাকোইননা ফোংদোকপগী খেন্নবা মশক্তি লৈগনি। অইবা অমগী খূৎইদা অইবা মীদুগী অকোইবদা লৈরিবা রাজনীতিগী ফীভমদুনা চাওনা ইথিল পী।

ইন্দিয়াগী পূৱারীদা ময়াই চনবা যুগতা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যদা অচৌবা ঈহৌ অমা লৈখি। ঈহৌ অসিনা মতম কুইনা মুসলিমশিংনা নমথদুনা লাকখিবা হীন্দু ধর্ম্ম নৌহৌননা হিংগৎপা ঙমখি। মতাং অসিদা নব বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মমিং চৎলবা কবি *জয়দেব*, *চণ্ডীদাস*, *বিদ্যাপতি*, *তুলসীদাস*, *নরোওমদাস*, *বৃন্দাবনদাস*, *কবীরদাস* অমদি *সুরদাস* নচিংবা থোক্লকখি। মপাষ্থোংদা য়েংবদা মথক্কী কবিশিং অসি ভক্তি রসতা লুপচবা কবিশিং ওইনা উরগসু খজিক্তং মুন্না য়েংশিল্লগদি মথক্কী কবিশিং অসি মতমদুগী রাজনীতিগী ফীভমশিং অদুনা থোক্তবা য়াদদুনা থোরকখিবনি। ইন্দিয়াগী পূৱারীদা ময়াই থংবা যুগকী মতমদা লৈখিবা নব-বৈষ্ণবকী ঈহৌদু লৈরমদ্রবদি ঙসি ইন্দিয়াগী হীন্দুশিংগী ফীভম অসিমক য়ৌরমদবসু য়াই। অদুবু অঙনবা মতমদা ইন্দিয়াগী নিংথৌ খবনা অইবা, কবিশিংবু মনা-মথুম, সনা-পৈশা পীদুনা নিংথৌদুনা পাম্বা মাইকৈদা ইহনবসু য়াওখি। অঙম-অথৌ, নিংথৌনা পাম্বা মাইকৈদা ইহনবা ওইরগসু অফবা সাহিত্যগী মচাক ওইবা কয়াসু য়াওখি।

নোংচুপলোমগী অইবশিংদদি ঙস্তানা বাজনীতিগী মশক্তা যূম্ফম ওইরগা ইবা হৌবক্লে। নৈনবা, ফিলোসোফি, সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিগী ৱাফমসি য়াম্না ঙন্না নোংচুলোমগী লৈবাকশিংদা লৈরকপনা অইবশিংনা লৈবাক্কী, সমাজগী ৱাফমশিংদা ৱাহং হংবা, মদুবু য়ানিংবা, য়ানিংদবা কয়া ফোংদোক্তুনা ইবা হৌরক্লে। ফিলোসোফিগী নৈন-ৱারেং কয়া থোবকপনা প্রজা মীয়ামবু জ্ঞান তাবগী চাং ৱাংখৎহনখি। মসিদগী থৌনা ফবা, সমাজগী থৌদোক-ৱাথোকশিং কয়া থেঙ্গায়নবা ঙম্বা অইবা কয়া

থোরকখি। অইবা খরদি মখোয়গী অইবশিংদুনা মতমদুগী চৎনবী, অথিংবা কয়া শিংনরক্নদুনা অৱাফমদা তাখিবা কয়াসু লৈখি।

নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অঙনবা মতমগী খুৎইশিংদা থেংনরিবা মশক অমদি মতমদুগী চৎনবী, নিয়ম নীতি অমদি লৈবাক নিংথৌগী অকনবা মীৎয়েংদগী নাহোক্লবা মতমদুগী সমাজগী মশক-মতৌ কয়াদু লোন্না-থুপ্না, মিথ অমদি ফুঙ্গা ৱারীগী মতেং লৌদুনা হৈনা শিংনা ফোংদোক্লম্বা অসিনি। খুৎই মখল অসি অথেংবদা রবিন্দ্রনাথ টেগোরগী পোখোকশিং ফাওবদসু উবা ফংই। রবিন্দ্রনাথ টেগোরগী সাহিত্যগী পোখোকশিংদা মতমদুগী নীংতম্লিংবগী ইথৌ লাংলিবা ভারত মচাশিংগী থম্মোয়গী ইহুলদু মিথ অমদি অরিবা ফুঙ্গা ৱারীগী মতেংনা ময়েক শেংনা ফোংদোকপা ঙমখি। মতমদুগী বৃটিশ সরকারনসু মাগী মওংদু খঙলবসু করিসু তৌবা ঙমখিদে। লমদম অসিগী পুয়াশিংদা য়াওরিবা ৱারী-ৱাখোঙ অয়াম্বসু প্রমান্না-পাম্বৈনা, মিথ ওইনা নৎত্রগা ফুঙ্গা ৱারী ওইনা ফোংদোকপা কয়া থেংনরি। লোন্না থুপ্না, প্রমান্না পাম্বৈনা ফোংদোকপগী মওং অসিদগী হেঞ্জিল্লক্তুনা পুয়াদা অইবশিংগী মমিং ফাওবা হাপ্নদে। মসি ফাওবা রাজনীতিগী মাইকৈদগী য়েংলগদি ৱাহম্বোক অমা থোকপা য়ারি।

১৯ শুবা চহী চাদা চার্লস দার্বিন্না মাগী ফাওরবা থিওরি 'Theory of natural selection' পুথোবকখিবদগী মালেমগী ৱাখল খনবা অমদি অইবশিংদা চাওনা অহোঙবা লাকহনখি। অইবশিংনা ফোংনা লৈবাক্কী, সমাজগী থৌদোক-ৱাথোকশিংদা য়াওশিল্লকখি। মখোয়গী অইবশিংনা পোলিটিকেল এক্টিভিষ্টশিংগুম্না শাফু লৈনা লৈবাক্কী, সমাজগী থৌদোকশিংদা যাওশিল্লকখি। নোর্ৱেগী মমিং চৎলবা লীলা ইবা হেনরিক ইবসেনগী মমিং চৎলবা লীলা *'এ দোলস হাউস'* না য়ুরোপ পুম্বা থক-থক নিকহনখি। মসিনা মরম ওইদুনা য়ুরোপ্তা অহানবা ওইনা নুপীশিংনা ভোট পীবা য়ানবগী অচৌবা লম্বী অমা য়াংখি। ইংলিসকী মমিং চৎলবা লীলা ইবা জর্জ বনার্দ সোগী লীলা কয়ানা মতমদুগী সমাজগী অশোয়বা কযা সবাক ফাক্তুনা উৎখি। মখোয় অসিদা নত্তনা মতমদুগী য়ুরোপকী অইবশিংনা মতমদুগী য়ুরোপকী সমাজগী ঈশিং-নুংশিৎ কযা উৎতুনা ইনখি।

ইন্দিয়াদসু মতমদুগী সমাজগী অচৌবা পল অমা ওইরিবা শোক্ল-শম্নবা যাদবগী ৱাফমশিংবু ফোংনা শিংনদুনা মুলক রাজ আনন্দগী 'Untouchable' নচিংবা শক্তি লৈরবা লাইরিকশিং থোবকখি। বুকর প্রাইজ ফংখিবা 'God of the Small Things'

ইখিবী অরুনধতি রোয়দি চুম্না মমিং চৎলবা অইবা অমা ওইবৈ মথক্তা নরমাদা তুরেল মথক্তা শাবা দামগী মায়োক্তা ইনভাইরনমেন্টেলিষ্ট এক্টিভিষ্ট অমা ওইনা খোল্লাউ লাউরদুনা থোরক্লে। মদুগীদমক্তা জেল চংবসু ওন্লে। মতাং অসিদা অইবশিংনা পোলিটিকেল এক্টিভিষ্টশিংগুম্না রাজনীতিগী পরিকোর মনুংদা ফনা য়াম্না চংশিল্লক্লে। মতাং অসিদা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দা মতমদুদা লৈখিবা কম্যুনিষ্ট লৈঙাকপূ য়ানিংদবা ফোংদোক্তুনা ইবা ওন্বা থৌনা ফবা অইবা *বোরিস পাষ্টর নাইক্কী* মমিং চৎলবা নোভেল প্রাইজ ফংবা লাইরিক *'ডাক্তর জিবাগো'* নচিংবা থোরকখি। ইন্দিয়ান বৃটিশ অইবা *সলমান রুসদি* অমদি বাংলাদেশকী অইবী *তালিসমা নাসরীন* গী থৌনা-লিংজেল ওসিগী মালেমগী মীয়াম্না কবম্না কাওথোক্কনি। অইবা অমগী খ্বাইদগী ফবা পোখোকশিংদি মাগী মতমগী সমাজগী মশকশিংদু ফজনা উথোক্তুনা ইবনি। অইবা অমনা মশানা অমুক্তসু থেংনদ্রিবা থৌদোক নৎত্রগা ৱাখল্লোন অমবু ফোংদোক্তুনা ইবসি ওইথোক্তবনি। অমরোমদা অইবা অমগী অপাম্বা, অনিংববু মতম পূম্বদা নমশিন্দুনা থম্বা হায়বসিসু ওইথোক্তবনি।

হৌজিক্কী মতমদদি অইবা অদুনা থাজরিবা রাজনীতিগী ৱাখল্লোন অদুবু শৌগত্তুনা ইবগী মথক্তা ফোংনা রাজনীতি পার্টি অদুগী ৱাখল্লোন অমদি ৱারী-ৱাখোঙ য়াওবা পম্ফলেট টাইপকী অইবশিংসু থোরক্লে। অদুবু খৃৎই অসি রাজনীতি পার্টি অদুগী ৱাখল্লোনদুবু থাজবা মীওইশিং অমসুং নৈনবা মীওইশিং খক্তনা থৱায় য়াওনা পানৈ। মীয়াম পাক-শন্না পাবা সাহিত্যগী মচাক অমদি ওইদে। অইবা অমগী পোখোকশিংদা মাগী পোলিটিকেল লিনিং অদু ইহো-হোনা উৎনদে। মদুম তৌরগদি অফবা পোখোক্লি হায়দুনা শীংথানদে। অইবা অদুনা থেংনরকপা, উরকপা ৱাখল লৌশিং ময়ামদুনা য়ূম্ফম ওইনা শাগৎলগা মাগী রাজনীতিগী ৱাখল্লোন্দুনা মতুং ওইরপ্পা থম্বসি চৎনৈ। রাজনীতিগী ৱাখল্লোন্না অইবগী মমাং থাদুনদি চৎনদে।

মালেম পৃথিবীগী মশক অসি রাজনীতিগী মশক্না লেপ্লী। সাইন্সনা ফনা চাউখৎলবসু মীওইবা সমাজগী মতেং পাংবা নত্তনা মাইকৈ তাক্তুনা চৎপদি ওমদে। অচৌ-অচৌবা লান, সমস্যা কয়া রাজনীতিগী পাম্বৈনা লোয়শিনখি। ওসিগী মালেমগী অচৌবা সমস্যা ওইরিবা *গ্লোবেল ৱার্মিং, টেরোরিজম, লেন্দ মাইন* অমদি *ইনভাইরনমেন্টেল পোলুসন* কয়াসি থেংনবা ওম্নবা মালেমগী শক্তি লৈবা, অচৌ-অচৌবা কনভেন্সন কয়া পাওথোক্লি। ফীভম ময়ামসি পাওথোকপা ওম্নবা রাজনীতিগী

অকনবা উইল অমা চংই। মতাং স্বাইদদি সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি হায়বসি মীওইবা সমাজগী কান্নরবা পোৎশক অমা ওইরগসু সেকেন্দরি ওইনা লাক্লে। মালেম পৃথিবীবু তেক্ত-কায়দনা লৈবা হায়বসিদা রাজনীতিনা খুভম চেৎনা লৈবা চংই। মালেম পৃথিবী অসিবু মীৎকুপ্তা মাঙহন-তাকহনবা ঙম্বা নিউক্লিয়র বোম সাইন্টিষ্টশিংনা শারগসু মসিবু শিজিন্নবগী শো অদুদি রাজনীতিৱালাশিংগী মখুত্তা লৈ।

অমেরিকানা শেল য়াম থাদদুনা পাকিষ্টানদা টেরোরিজম থেংনরিবসি পাকিষ্টানগী নিউক্লিয়র বোমগী শোদু টেরোরিষ্টশিংগী মখুত্তা তাখিদনবনি। কনাগুম্বা অমনা মহাক মশা রাজনীতি য়াওজনিংদে হায়রগসু মহাক মশানা লৈরিবা জগাদুগী রাজনীতিগী ঈশিং-নুংশিৎকী ৱাংমদা লৈবদি য়াদে। মানা হিংলিবা পূন্সিগী খুৎহিংদু মফমদুগী রাজনীতিগী মশক্তুগদি মরী লৈনৈ। ঐখোয়গী লৈরিবা সমাজদুগী রাজনীতিগী মশক্তুনা ঐখোয়গী পূন্সিগী থাক অমদি ৱাখল খূৎখন ফাওবা লেপ্পী। রাজনীতি হায়বসিনা সমাজগী মশক-মওং পূম্নমক দিজাইন তৌই। ঐখোয়গী মশক-মওং অমমুক হোংগে হায়রগদি রাজনীতিগী অচৌবা ফোর্স অমা চংই।

লৈবাক্কী, সমাজগী শকয়েং-মীংশেলনি হায়নরিবা অইবগী পোথোকশিংদা মাগী-মাগী মতমদুগী রাজনীতিগী ঈশিং-নুংশিৎকী মশক্তুদি ইরোয়তা লোয়নদুনা চৎকনি। অইবা অমগী পোখোক্তু মসিদগী নাম্বোক্তুনা চৎখ্রগদি অইবগী পোখোক্তু সমাজদুগী শকযেং মীংশেল ওইবা অফবা পোথোক অমা হায়বদুদি ওইবা ঙম্লরোই। মীওইবা সমাজনা চাউখৎলক্লিবমখৈ অইবা অমসুং রাজনীতি হায়বসি থানবা যাদবা মরী অমা ওইদুনা লৈখিগনি।



# কলা অমদি রাজনীতি

*Artists are the antennae of the race, but bullet-headed many will never learn to trust their great artists. – Ezra Pound*

কলা হায়রগা খরা ঙল্লিঙৈ মতমদা জগোয, ঈশৈ, যেকপা-শাবা অমদি লীলা-দ্রামা খক্তবু খঙনবন্নদু হৌজিক্তি ফিল্ম হায়বসিমস্ হাপচিনবা য়ারে। খরা ঙল্লিঙৈ মতমদা কলা হায়বসি মীদল ক্লাস কাঙবুশিংগী অরা-পোথা কুম্ভে ওইনা খন্নরম্বা ৱাখল্লোন্দু মতমসিগদি চান্নদ্রে। হোয়, তৌবগীদি কলাবু মীদল ক্লাস কাঙবুশিংগী অৱা-পোথা কুম্ভে ওইনা লৌনরম্বগী ৱাখল্লোনসিদা অচুম্বা খবর্দি লৈ। ঙল্লিঙৈ মতমদদি কলা হায়বগা মপূং ওইনা খঙনরিবা জগোয, ঈশৈ অমদি লীলানচিংবসি লৈবাক্কী যাইতোং-খমতোংবা, অঙম-অথৌ অমদি নিংথৌ কোনুংগা শম্নবশিংনা তৌরম্মী। মীচম প্রজাশিংদি য়াইতোং-খমতোংবা, অঙম-অথৌশিংনা তৌবদুদা য়াওজবনি, মদুদা নুংঙাইজবনি। করিগুম্বা মরল-মথুম খজিক্তং পায়বশিংনা কুম্ভে তৌনিংলবসু নিংথৌ কোনুংগী অয়াবা ফংলবা মতুংদা কুম্ভে তৌজবনি। মীচম প্রজাশিংদি মনীং-মখা তম্না কুম্ভে য়েংদুনা নুংঙাইজবা হায়বদুদি ওন্থোক্না তাংখ্রবা খুদোংচাবা অমনি।

১৯ শুবা চহী চাদা মার্ক্সিজম ফিলোসোফি লাকখিবদগী মীওইবগী ৱাখল্লোন্দা

অহোংবা কয়া লাকখিবগা লোয়ননা কলাগী ৱাখল্লোন্দসু অহোংবা কয়া লাকখ্রে। কলাসু মাগী ফজরোল (এস্থেটিক্স) গী মাইকৈ অদুখক্তা য়েংবা নত্তবা রাজনীতিগী মাইকৈদগী য়েংবা ৱাখল্লোন অমসু থোরক্লে। হান্না Art for art sake হায়বা ৱাখল্লোন্দু থাদোক্লরক্তুনা Art for society sake হায়বা ৱাখল্লোন অমসু চাওনা থোরক্লে। কলাগী পোথোক অমনা মাগী ফজবোল অদুঙাক্তা য়েংবনা পেনবা ঙমদবা অমসু থোরক্লে। মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা থবক খরা তৌরমদ্রগদি কলাগী পোথোক অদু মমল ইরে লৈতবগুম খনবা ৱাখল্লোন অমসু লৈরক্লে। কলা হায়বসি মীদল ক্লাস কাঙবুশিংগী অৱা-পোথা কুক্মে ওইনা খনবা ৱাখল্লোন অদুখক্তনা কলাগী ৱাহঙ্খোকসি মপৃং ফাদ্রে। কলা হায়বসি মীওইবা সমাজবু অরান খুভম পীনবা লম্বী অমসু ওইগদবনি হাযবা ৱাখল্লোনসিদা থাজবা মীশিংসু মশিং যামখৎলক্লি। অদুবু কলাগী পোথোক অমনা মীওইবা সমাজদা হকথেংননা কান্নবা পীবা ঙমদ্রগসু উরিবা, তারিবা মীশক অদুদা নুংঙাইবা খজিক্তংবু পীবা ঙম্লবদি কলাগী পোথোক অদুগী মগুণ চপ চানা লৈবে হায়বা ৱাখল্লোন্দা থাজবা মীশকশিংসু অদুমক পাক চাওনা লৈরি।

২০ শুবা চহী চা যৌবকপদদি কলা অমসুং রাজনীতি হায়বসি নৈনরোলগী অচৌবা সবজেক্ট অমা ওইনা চোংথোবক্লে। ঠিয়েটবগী অচৌবা পর্সেলিটি ওইরিবা পিস্কাটোব, ব্রেক অমদি অগস্টোবোলনচিংবনা ঠিয়েটরবু মীদল ক্লাস কাঙবুগী অৱা-পোথা কুক্মে ওইনা লৌবগী মহুৎ মীওইবা মশাবু ফাজিন পূনাশিল্লিবা কয়া অদুদগী নাম্বোকনবা, অবান খুভম ফংনবা পাম্বে ওইনা শিজিন্নরক্লে। ঠিয়েটরদা লৈবাক্কী, সমাজগী ফত্তবা চৎনবী কয়াবু ফোংনা শিংনদুনা সোসিয়েল এক্টিভিষ্ট অমগুম চঙশিল্লক্লে। মপাঙ্গল কল্লবা লীলা কয়ানা সমাজগী ফত্তবা চৎনবী কযাবু ফোংনা শিংনদুনা অহোঙবা অমা পূবক্লবা মাইকৈদা চঙশিল্লকখ্রে। নোবৱেগী মমিং চৎলবা লীলা ইবা *হেনরিক ইবসেন* গী মমিং চৎলবা লীলা *'এ দোলস হাউস'* না য়ুরোপকী সমাজদা অচৌবা চবাংনবা অমা থোকহনবতা নত্তনা মমৈথংর্দাদ মদুনা কনখৎলক্তুনা মীওইবগী পূৱারীদা নুপীশিংনা অহানবা ওইনা ইলেক্সন্দা ভোট পীবগী লম্বী ফাওবা য়াংখি। কম্যুনিষ্ট লৈবাক ওইরম্বা সোভিয়েট য়ুনিযন অমদি হৌজিক-হৌজিক কম্যুনিষ্ট লৈবাক ওইরিবা চাইনাদদি ঠিয়েটরবু অৱা-পোথা কুক্মে ওইবগী মথক্তা মার্ক্সিজম ফিলোসোফি শন্দোক্লবা খুৎলাই অমা ওইনা শিজিন্নবা ঙমখি। ঠিয়েটর খক্তা

নত্তনা কলাগী অতৈ ফোর্মশিং জগোয়, ঈশৈ অমদি ফিল্মনচিংবসু সাসন পায়রিবা কম্যুনিষ্টকী ৱাখল্লোন শন্দোক্লবা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নখি।

ঠিয়েটরগী পূৱারীদা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরিবা ইন্দিয়ান নাট্যশাস্ত্র অসি ফজরোল (এস্থেটিক্স) গী মাইকৈদা য়েংদনা রাজনীতিগী মাইকৈদা য়েংলগদি অতোপ্পা ৱাহন্থোক অমা থোরকপা য়ারিবনি। ইন্দিয়াগী মুণি-ঋষি কয়ানা মীয়ামগী অৱা-পোত্থা ওইনা য়েংনরিবা জগোয়, ঈশৈ অমদি লীলাশিং অসি মখোয়না পান্বা মাইকৈদুদা পূরক্লবা নাট্যশাস্ত্রা অসি ইরম্বা য়াবগী চিংনবা ৱাখল্লোন ফাওবা হৌজিক্তি থোক্লরক্লবনি। ইন্দিযাগী কলাগী খোঙচৎতা অনৌবা মফোংদোক কয়া থোরক্লুনা অনৌবা মফজ অমদি অনৌবা নৈনরোল কয়া থোরকপা ঙমখিদবসি ফজত্নবা নাট্যশাস্ত্রগী থৌরী অসিনা চেৎনা পূনখিবননি হায়না থাজবা অনৌবা মীরোল কয়াসু থোরক্তবা নত্তে। নাট্যশাস্ত্রগী অকনবা নিয়ম-নীতিগী ৱাংমদা কলাগী মনীংতম্না মফোংদোক অমা থোরকপা হায়বসি তশেংনা অরুবা অমা ওইখি।

মণিপূরদসু কলাগা রাজনীতিগা লৈনবা মরীসি মমাংদা মপাঙ্গল কন্না লৈরমদ্রগসু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদদি ময়েক শেংনা, মপাঙ্গল কন্না থোরকপা হৌরে। অখণ্ড-অহৈশিংনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতম্বু মণিপূরী কলচরগী *'গোল্ডন এজ'* নি হায়দুনা শীংথাই। নিংথৌ অসিগী মতমদা পূথোবকখিবা নট সংকীর্ত্তন, জগোয় রাস, লাইরিক হায়বা-থীবা, ৱারী লীবনচিংবা কলা মখলশিং অসিনা মণিপূরী কলাগী অচৌবা মউ ওইদুনা ঙসি ফাওবা লৈরি। কলাশিং অসিগী মতেংনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লমদমসিগী লৈহাওদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মরা চেৎনা তাহনবা ঙমখি। রাজনীতিগী মাই পাকপা ওইনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লমদমসিগী হান্না লৈজরম্বা কলচরগা মপানগী কলচরগা শমজিন্নবা ঙমখি। নট সংকীর্ত্তনগী মরুওইবা শরুক অমা ওইরিবা চোলোম অমদি জগোয়দা থাঙ-তাগী ফোর্ম কয়া শিজিন্নরিবসি কলচর অনী শমজিন্নবগী অশেংবা মশক্তুনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লমদমসিদা শক্তি লৈনা, মপাঙ্গল কন্না পানবা ঙমখিবদু কলাশিং অসিগী মপান্ননি।

ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিদদি কলা অমসুং রাজনীতি অনীগী মশকসি মাইকৈ কয়াদা ফোংনা থোক্লবক্লে। করিগুম্বা তাঞ্জাদদি সাসন পায়রিবা সরকাব ফাওবনা শেল য়াম্না থাদদুনা কলাগী পোত্থোকশিং পূথোকপসু য়াওনরক্লে। মালেমগী মীয়াম্বু শুঙ্কৎলিবা খুৎশেম-কলাগী কেরেক্টরশিং *ফান্টোম, টারজান, স্পাইদরমেন, সুপরমেন, বেটমেন*

নচিংবদা কলা অমসুং রাজনীতি অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মশক্তু ময়েক শেংনা উবা ঙম্লে। মথক্কী খুৎশেম-কলাগী কেরেক্টরশিং অসি কুচু ঙৌবা আরিয়ান কাঙবুগী হৈথোই শিংথোইবদু উৎপনি হায়দুনা অখণ্ড-অহৈ খরদি মথক্কী কেরেক্টরশিং অসিবু তাথিবসু য়াওরিবনি। মখোয়না হায় - *ফান্টোম, টারজান, স্পাইদরমেন, সুপরমেন, বেটমেন* নচিংবসি হ্বাইটমেনগী ইগোদুনি। মালেমগী সিনেমাগী ভাবোকশিংবু শুক্ষৎলিবা হোল্লিরুদকী স্পাই থ্রিলর *জেমস বোন্দ* সেরিজগী ফিল্মশিং অসি মরুওইনা অমেরিকা অমসুং মতম অমগী সোভিয়েট য়ুনিয়ন অনীগী মরক্তা লৈখিবা কোল্ড ৱার অদুদগী থোরকখিবনি।

হোল্লিরুদকী ব্লোক বষ্টর ওইখ্রবা *রম্বো* ফিল্মগী সেরিজশিং ভিয়েটনাম অমসুং অফগানিষ্টানগী লান্দা চোকথববা অমেরিকান লান্মীশিংবু পূক্লিং থৌগৎনবা পৃথোরকখিবা ফিল্মশিংনি। পাকিস্টান্দা পাউ লৌরুনবা চৎপদা টেরোরিষ্টশিংনা মঙক কক্তুনা তমথিনা হাৎতোকপিখ্রবা অমেরিকান জর্নেলিষ্ট *দানিয়েল পর্ল*গী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা ফিল্ম ফাওবা পৃথোক্লে। মতাং অসিদদি কলা হায়বসি বাজনীতিগী প্রোপেগন্দা তৌনবা অফবা খুৎলাই অমা ওইনা শিজিন্নরক্লে।

ইন্দিয়াদসু মমাংগী ২০ শুবা চহী চাগী মতমদা থোকখিবা ইন্দো-চাইনা ৱারগী মতমদা ইন্দিয়াগী কলানা অচৌবা মতেং ওইখি। মতম অদুদা ইন্দিয়াগী নাইটিঙ্গল হায়না খঙনরবী লতা মঙ্গেস্করনা শকখিবা ঈশৈ *'য়ে মেরে ৱতনকী লোগোং ...'* না ইন্দিয়াগী প্রজা কোতি কয়াগী থৌনা হাপখি। থোরকখি নেসনেলিষ্টিক টোন য়াওরবা ফিল্ম *'সাথ হিন্দুষ্টানি'*। মদুগী মনিল ওইনা য়ৌরকখি লমদমসিদসু আরয়ান ঠিয়েটরনা শান্নখিবা লীলা *'নেফাকী এক শ্যাম'*। মতাং অসিদদি কলা হায়বসি মীদল ক্লাস কাঙবুগী অৱা-পোথানবগী কুম্মৌনি হায়বদু য়ারক্লে। লৈবাক অমগী মবায়বক লেপ্পদা কলানা খুমাং চাউশিন্না শরুক যাবা ঙম্লে। কলা হায়বসি সমাজগীদমক্তনি হায়বদু ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্লে।

লৈবাক, লম খুদিংগী *'নেসনেল সোং'* হায়বদি জাতিগী ঈশৈশিং লৈনরি। মসিদগী হেন্দোক্তুনা সংস্থান ওর্গনাইজেসন, লূপ কয়াগী মশাগী ওইবা ঈশৈ কয়া শেমদুনা থম্লরি। ঈশৈশিংসি কলাগী খুৎশেমগী ওইবা ফজরবা পোথোকশিং ওইরবসু রাজনীতিগী ওইবা মীৎয়েংনা পাক চাওবা হেল্লি। লৈবাক অদুগী, সংস্থান অদুগী ৱাখল-মীৎয়েং, অপাম-পামদা পূন্নমক অসি মখোয়গী ঈশৈশিং অদুদা ময়েক শেংনা

ফোংদোকই। মরম অদুনা প্রজাশিংনা ঈশৈশিং অসি হন্না-হন্না শক্তুনা মখোয়গী থৌনা লীংজেল হাপকৎলি। *নেসনেল সোং* হায়বসি লৈবাক অদুবু অহিংবা, মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইহন্নবা মপাঙ্গল কল্লবা সীদ-হীদাক অমা ওইরি। মরম অদুনা *নেসনেল সোং* অমা শেম্বা হায়বসিদা ঈশৈ কলা খক খঙবনা যাদে। *নেসনেল সোং* অমা শেমগে হায়রবদি ঈশৈ হৈবতা নত্তনা জাতি নৎত্রগা ফূরুপ অদুগী রাজনীতিগী মশক অদুসু যাওনা খঙবা তাই। মীওইবা সমাজনা হিংবদা লুশিল্লক্লিবমখৈ কলা অমদি রাজনীতিগী মরীসু অদুমক তৎন-থানবা য়াদনা কনখৎলকখিনি।



# ধর্ম্ম অমসুং রাজনীতি

*Religion is the frozen thought of men out of which*
*they build temple– Juddu Krisnamurti*

হৌজিক্কী মতমদা ধর্ম্ম অমসুং রাজনীতি হায়বসি মালেমগী মফম পুম্নমক্তা খ্বাইদগী লুনা লৌনরিবা ৱাফমশিং ওাক্তনি। ধর্ম্মনা ফৃরুপ অমা নৎত্রগা লৈবাক অমদা লৈরিবা মীশিংবু অফবা, অচুম্বা লম্বীদা পুরক্তুনা নুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা ওইরক্নবা হোৎনদুনা লাকখি। ধর্ম্মগী অফবা পাউতাকশিংনা মীওইবগী লাকণ্ডম ফাঙমদ্রবা ৱাখল অমসুং ইন্দ্রিবু লৈতাহল্লি। মীওইবনা লৈকৃৎ লৈরাইদা লৈরম্লদগী হৌজিক মতমগী ফীভমসি যৌবকপদা ধর্ম্মনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি।

অমবোমদা রাজনীতিসু ফৃরুপ অমা নৎত্রগা লৈবাক অমা শাগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। মীওইবনা লৈকৃৎ লৈবাইদা, উমং-ৱামংদা নাইতোম-নাইতোম লৈরম্লদগী কাঙলুপ কাঙলুপ নায়না শেমদুনা লৈবাক-খুন্নাই শেমগৎলকপদা রাজনীতিনা মরুওইবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। মীওইবনা জ্ঞান খরা-খবা লাকপা হৌরকপদগী রাজনীতি হায়বসি মীওইবগা তৎনা-থানবা য়াদনা লাকখি।

ধর্ম্ম লৈবা হায়রগা ধর্ম্মগী অফবা পাউতাকশিং ইনবা, মীনুংশি চাওবা, অফবা-অচুম্বা তৌবা মীশিংবু খণ্ডনদুনা লাকখি। ধর্ম্ম লৈবা হায়বসি মী অমগী অফবা মগুণ

ওইনা শীংথাদুনা লাকই। অমরোমদা রাজনীতি হৈবা হায়রগা অমসু-অমসু য়ানবা চৎপা হৈবা, থবক অমা তৌবা মতমদা অমাঙ-অতোং নিংথিজনা খল্লগা তৌবা হৈবা, ফীভম অমসুং মতমগী মতুংইন্না শাজৎ হৈবা মীশিংবু খঙনৈ। মরম অদুনা রাজনীতি হৈবা মীশিংবু অফবা মী ওইনা খন্নবদৈদি অমাঙ-অতোং য়েংলগা থবক তৌবা, শাজৎ হৈবা মী ওইনা খন্নে।

ধর্ম্ম অমসুং রাজনীতি অনীসি মীওইবা সমাজবু শেমগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখ্রগসু অনীসিগী মথৌদি মান্নদে। ধর্ম্মনা মরুওইনা মীওইবগী লাকঙম-ফাঙমদ্রবা ব্রাখল অমসুং ইন্দ্রিবু ফাজিন্দুনা লৈতারবা পূন্সি মরেল অমা শাগৎনবা হোৎনদুনা লাকখি। রাজনীতিনা মীওইবা সমাজবু শেমগৎনবা থৌদাং লৌদুনা লাকখ্রগসু শক্তি মুন্নবা অমদি লৈঙাক সাসনগী মাইকৈদা হেন্না লূম্না চঙশিল্লকখি। লৈঙাক সাসন লৈনবা হোৎনরকপদা রাজনীতি হায়বসি চঙদবা য়াদবা মরম অমা ওই। লম-লমদা লৈরিবা রাজনীতিগী মশক অদুনা লম-লমদুদা লৈরিবা লৈঙাক সাসনগী মশকসু লেপ্পী। রাজনীতি হায়বসি লৈঙাক-সাসনগী অতোপ্পা মশক অমনি হায়বসু যাই।

অঙনবা মতমদগী লৈরক্লিবা নৈনবা য়াবা তোপ-তোপ্পা মশক অমদি ধর্ম্মগা রাজনীতিগা অমনা অমগী মথক থোংবা তান্নদুনা লাকখিবা অসিনি। রাজনীতিনা লৈবাক সাসনগী চূপ্লি পায়দুনা সমাজগী মথক থংনা লাকখ্রগসু ধর্ম্মনা রাজনীতিদগী মথক থংনবা হোৎনদুনা লাকখি। মীয়াম-প্রজাশিংগা নকশিন্নবসি ধর্ম্মনা রাজনীতিদগী হেনবা মরম্না মীয়াম-প্রজাগী পূক্লিংসি মতম অয়াম্বদা ধর্ম্মদা হেন্না লূম্না লৈ। মীয়াম্না মখোয়গা নকশিন্না লৈবগী খুদোংচাবসি লৌদুনা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা লৈঙাক-সাসনগী চূপ্লি পায়নবা হোৎনরকপগী থৌদোক কয়া পূব্রারীগী থেনখাং কয়াদা লৈখ্রে।

ময়াই চনবা যুগতা যুরোপ্তা চর্চ কাঙবুশিংগা নিংথৌশিংগা মুক্লবগী থৌদোক কয়া লৈখি। মওং অসিবু অখঙ-অহৈশিংনা পূব্রারীগী মরুওইবা তাঙ্কক অমনি হায়দুনা শীংথায়। চর্চশিংনা যুরোপকী মফম শিনবা থুংনা লৈবনিনা মীয়ামগী অয়াবসি চর্চশিংদা লৈখি। মসিগী খুদোংচাবসি লৌদুনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা যুরোপকী লৈঙাক সাসনসি মখোয়না পায়শিন্নবা হোৎনখি। খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা হায়বা ব্রা মতমদুগী নিংথৌশিংনা ইন্দবা য়াদবগী ফীভম ফাওবা য়ৌরকখি। মতমদুগী যুরোপকী নিংথৌশিংনসু খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী হায়গৎলক্লিবা শক্তিদু নমথনবা কন্না হোৎনখি। ফীভম

অসিদা চর্চশিংগা নিংথৌশিংগা চাওনা মূক্লবগী ফীভম অমা লৈখি। সাইন্সকী ৱাখল-লৌশিং, জ্ঞান ফাওবা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা ৱায়েনবগী থাক য়ৌরকখি। নিংথৌশিংনা লৈঙাক-সাসন, শক্তি শিজিন্নবগী থবকসি কুইনা শিজিন্নদুনা, হৈদুনা লাকপনা চর্চশিংনা লৈঙাক-সাসন পায়গদবদগী পায়হন্দনা লাকখি। তাঞ্জা খরদদি ধর্ম্মগী লুচিংবা পোপনা নিংথৌদগী হেন্না শক্তি লৈখিবগী ফীভম ফাওবা লৈখি।

ইন্দিয়াদসু ধর্ম্মগা রাজনীতিগা মূক্লবগী থবকসি অঙনবা মতমদগী হৌনা লৈরকখি। ধর্ম্ম অমদি অতৈ ৱাফম কয়াদা পাউতাক পীনবা রাজ পূরোহিত থম্বগী চৎনবী অসি ইন্দিয়াগী লৈবাক নিংথৌ অয়াম্বদা লৈবকই। রাজ পূরোহিত অদুনা হায়বা ৱাফমদু নিংথৌনা ইন্দবা ঙমদে। লৈবাক অমদা, লম অমদা রাজ পূরোহিতকী মফম অসি অসুক্কী মতিক চাওরম্মী। ইন্দিয়াগী অরিবা পূরান লাইরিক কয়াদা রাজ পূরোহিতনা হাযবা ৱাফম কয়া নিংথৌনা ইন্দবদগী অৱাবা দষা তাখিবগী ৱারী কয়া ঐখোয়না থেংনরি। অদুবু ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা প্রজা-মীয়ামগী স্পিরিচূএল লিদর ওইরগসু য়ুরোপকী চর্চকী পোপকুম্না ইন্দিয়াদদি নিংথৌগী লৈঙাক-সাসন্দা শিংনবদি ঙমখিদে। মসিগী মরুওইবা মবমদি ইন্দিয়াগী হীন্দু ধর্ম্মগী লম্বোইবশিংসি চর্চ (য়ুরোপ) কী লম্বোইবশিংগুম্না অদুক হাক্লা পোলিটিকেল ওইখিদে। অমরোমদা হীন্দু ধর্ম্মগী ফিলোসোফিদা অপাম্বা থাদোকপা হায়বসিনা মরুওইবা পাউতাক ওইনা লৈখিবনা হীন্দু ধর্ম্মগী লম্বোইবশিংনা পোলিটিকেল ওইদনবগী মরম অমসু ওইখি।

মালেমগী অতৈ মফমশিংদা থোকখিবগুম মণিপূরদসু ধর্ম্মগা রাজনীতিগা মূক্লবগী মওংসি লৈখি। মৈদিংঙু গরীবনিৱাজগী মতমদা থোকখিবা নিংথৌনা মশাগী হান্না লৈজরম্বা ধর্ম্ম থাদোক্তুনা মপান্দগী নৌনা চঙলকপা রমান্দি ধর্ম্ম লৌখিবা কয়াসি ধর্ম্মদা লাইমীং লৌবা-লৌদবগী মাইকৈদগী য়েংদনা রাজনীতিগী মাইকৈদগী য়েংলবসু য়াই। মসিনা নৈনবগী অতোপ্পা মশক অমা থোরকপসু যাই। মতমদুগী মৈতৈ মাইচৌশিংনা লৈবাক-খুন্নাইদা মখোয়গী ফিদা অমা কনবা ঙম্লকপা লোয়ননা নিংথৌগী শক্তিদা শিংনবা মানবা ফীভম অমা লাকপদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবদা নিংথৌ গরীবনিৱাজনা মশানা পামজদ্রগসু অতোপ্পা ধর্ম্ম অদু লৌখিবা ওইরম্বা য়াই। অমরোমদা নৌনা চঙলকপা ধর্ম্ম অদুনা নিংথৌবু বিষ্ণুগী অবতারনি হায়বা ৱাখল্লোন পৃথোক্তুনা নিংথৌবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎখি। ধর্ম্ম অনীগী মান্নদবা ৱাখল্লোন্দুনা ফীভম অসি ওইরক্লবা মরম অমা ওইহনখি।

ঙসি মালেম পৃথিবী অসিগী মফম খরদা ধর্ম্মগা রাজনীতিগা য়েৎশিন্নবগী, অমনা অমগী মথক থোংবা তান্নবগী ফীভমসি হহুখ্রবসু মীদল ইষ্টকী ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপা মুসলিম লৈবাকশিংদা হৌজিক ফাওবা উবা ফংলি। ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা রাজনীতিগী লুচিংবশিংদগী হেন্না মরুওইনা লৌবগী ফীভম ফাওবা লৈরক্লি। ইরানদদি নিংথৌগী সাসন ফাওবা ধর্ম্মনা চিংথখি। অফগানিষ্টান্দা ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইবা তালিবানশিংগী লৈঙাক সাসন ফাওবা লৈখি। অদুবু মতম শাংনদি লৈখিদে। পাকিষ্টান, সাউদি অরাবিয়া অমদি অতৈ মীদল ইষ্টকী লৈবাকশিংদা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা লৈবাক্কী লৈঙাক সাসন্দা য়াওশিল্লকপগী ফীভম উবা ফংলি। নোংচুপকী লৈবাকশিংনা মীদল ইষ্টকী লৈবাকশিংদা ধর্ম্মগা টেরোবিজমগা শমজিন্নবগী ৱাফম ফাওবা ফোংদোকপা লৈখ্রে। মীদল ইষ্টকী লৈবাকশিংদদি ধর্ম্ম হায়বসি অতৈ ৱাফম পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা ৱাফম ওইনা লৌনরি।

হৌজিক নৈনবা য়ারিবা ৱাফম অমদি ধর্ম্মগা বাজনীতিগসি পূন্না চৎমিন্নগদ্রা নৎত্রগা তোখায় তোখায় চৎনগদ্রা হায়বসিনি। পৃৱাবীগী তোঙান-তোঙানবা তাঞ্জা কয়াদা থেংনখিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া অমদি ঙসি-ঙসিমক মালেম পৃথিবী অসিদা থেংনরিবা সমস্যা কয়া অসি উরুবগা ধর্ম্ম হায়বসিগা রাজনীতি হায়বসিগদি তোঙান-তোঙান চৎনগদবা লম্বী অমমম্মি। ধর্ম্মনা মীওইবা সমাজগী ফনা ফবা থবক কয়া তৌদুনা লাক্লগসু রাজনীতিগী মায়োক্তা লৈবাক্কী লৈঙাক-সাসন পায়শিন্নবা হোৎনবা হায়বসি তৌরোইদবা থবক অর্মান। ধর্ম্মনা তৌগদবা থবক্তি মাইকৈ অমখক্তনি। অদুগা রাজনীতিগীদি লৈঙাক-সাসন তৌবা হায়বসি মাইকৈ য়ামখ্রবা থবক অমনি। লৈবাক্কী শেল-থুমগী থবক, য়েক্লবশিংদগী ঙাকথোক্লবা খুজিল-থৌবাং, হুন্নান-চীঙ্খি, তাকু তবাংশিংদগী প্রজাশিংবু ঙাকথোক্লবা থবক, অনা লায়েংশঙগী থবক, মহৈ-মশিং তম্নবগী, থবক ইনখাং অমদি লম্বী-থোঙ শেম শাবগী য়ামখ্রবা থবক ময়ামসি বাজনীতি তৌবা লৈঙাক-সাসন পুরিবশিংনা তৌরিবনি। ফনা হায়দুনসু থবক ময়াম অসি তৌবদা রাজনীতি তৌবশিংনা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংদগী অদুমক হেন্দুনা লৈরগনি।

ধর্ম্মগা রাজনীতিগসি তোঙান-তোঙান লৈগদবনি হায়বসি ফনা হায়দুনসু ঙসিগী মালেমগী চেষ্টরিবা ঈচেল অসিদদি অনীসি অমগা-অমগা শেৎতোক্লবা য়াদবা অমা ওইরি। লৈবাক কয়াদা চৎনরিবা রাজনীতিগী মশক অসি অয়াম্বনা ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইরগা শেম্মী। ইন্দোনেসিয়াদগী ইষ্ট তিমোর খায়দোকখিবা, সুদান্দগী সাউথ সুদান্না

মনীং তম্বা লৈবাক ওইবা ঙমখিবসি, অতে মরম কয়া লৈরগসু ধৰ্ম্মনা অচৌবা রোল লৌখি। মুসলিম মরক্তা ইষ্ট তিমোর, সাউথ সুদান্না খৃষ্টিয়ান ষ্টেটশিং ওইরুবদুনা নোংচুপকী শক্তি লৈরবা লৈবাকশিংদগী চাউনা মতেং ফংখি। নোংচুপ লৈবাকশিংগী মতেংশিংদু য়াওরমদ্রবদি ইষ্ট তিমোরনা, সাউথ সুদান্না মনীং তম্বা লৈবাকশিং ওইরকপদা ফনা নিংথিজনা ৱাবমগনি। মতাং অসিদদি রাজনীতিগা ধর্ম্মগসি ইতোৎ-তোৎশিন্নরকই। ধৰ্ম্ম লৈরোইদবনি হায়বা কম্যুনিষ্টকী লৈঙাক-সাসন লৈরম্বা হান্নগী সোভিয়েট য়ুনিয়ন্দগী পোক্লকখিবা লৈবাকশিং ঙসিদি ধৰ্ম্মনা খুন্নাইগী মরুওইবা রোল কয়া লৌরি। মীদল ইষ্ট লৈবাকশিংদা ঙসি-ঙসিমক ধৰ্ম্মনা রাজনীতিগী মশক-মতৌ লেপ্পগী থবক কয়া চঙশিনবা উরি।

ঙসি মালেম পৃথিবী অসিদা উবক্লিবা মশক অমদি মীওইবা মশেল শক-চূ, লৈফম, লোন, ফিজেৎ চাকচেৎ খেন্নজরবসু ধৰ্ম্ম মান্নবা মশেলদি পূন্না চৎমিন্নবা য়াবগী মশক অমদি উবা ফংলি। সাউদি অরাবিযাগী মকাদা চহী খুদিংগী পৃথিবীগী ইস্লাম ধৰ্ম্ম চৎপা মীওই কয়া হজ চৎনরি। ভেটিকান সিটিদা মালেমগী লৈবাকশিংদগী খৃষ্টিয়ান ধৰ্ম্ম চৎপা মীওই কয়া লাই খুরুম্বা লাক্লরি। হীন্দুগীসু তীর্থস্থান কযাদা লাই খুরুম্বা চৎনবি। রাজনীতিনা মীওইবগী মরক্তা ঙমখৈ অমা খারগসু ধৰ্ম্মনদি ধৰ্ম্ম মান্নবা মশেল জাৎ কুচূ তোঙাল্লগসু পূনশিন্নবগী থবক অমদি তৌবি।

অদুবু ধৰ্ম্ম মান্নবা মশেল লোয়না নুংশিনরব্রা হায়বদি নুংশিনদ্রি। ইস্লাম ধৰ্ম্মগী মরক্তসু সুনি কাঙবুগা সিয়া কাঙবুগা নুংশিনদ্রি। খৃষ্টিয়ান ধৰ্ম্ম চৎপা লৈবাকশিংগী মরক্তসু অমগা অমগা নুংশিনদনা লান তৌনবা কয়া থেংনরি। অদুবু মসি পূন্নমক অসি রাজনীতিগী ইথিলর্নানি হায়বা কাঙবুসু অদুম লৈরি। রাজনীতিনা মী অমগা অমগা নুংশিনহন্দে, ধৰ্ম্মনদি মী অমগা অমগা নুংশিনহল্লি। অদুবু ধৰ্ম্ম মান্নদবা মশেলদি নুংশিনৌ হায়বা যাদে। ফীভম অসিদদি রাজনীতি নত্তনা অতে শনতাইননবা পাম্বৈ লৈতে।

মথক্কী ৱাফমশিং অসি লৈখ্রগসু চাউখৎপা, অফবা খুন্নাই, লৈবাক অমা ওইরক্লবগীদমক ধৰ্ম্ম লৈবা অমদি রাজনীতি হৈবা মীশক অনীমক দরকার ওই।

--◆--

# মণিপুরী নুপী অমসুং রাজনীতি

*Eternal woman draws us upward. - Johann Wolfgang Von Goethe*

ইরোম চনু শর্মিলানা অমুবা আইন, আর্মদ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱারস এক্ট, ১৯৫৮ লৌথোকউ হায়না শিদ্রিফাওবা চবা হেনবগী খোঙজং চহী ১০ মপূং ফাবকপগী খৌবম (ইং ২০০৯) অমা ষ্টেট অসিদা পাক শন্না পাঙথোকখিবসিনা লমদমসিদা নুপীগী শক্তি, রাজনীতি অমদি সমাজদা মখোযগী মফম হায়বা ৱাফমসি অমুক হন্না নৈনদবা য়াদ্রে। মৱমদি মণিপুরী নুপীশিং মরু ওইনা তস্পাক্কী নুপীশিংনা লমদমসিগী পৱারীগী তঙ্কক কযাদা অচৌবা, মরুওইবা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাকখি।

মণিপুরীশিংদি য়ুল্লোন্নবশিংগা তত্তনা শাথেং-লাম্থেংনবগী ফীভম অমদা চিংলকই। মরুওইনা য়ুমগী নুপাশিংনা লমদা শা-লান চৎখিবদা, নুপীশিংনা য়ুমগী ভমদি লৈবাক্কী অফ ফত্তা কয়া যেংশিনবগী অচৌবা ভার অসি লৌদুনা লাকখি। মপুরোইবনা লান চৎখ্রিঙৈদা যেক্লবনা লান তারক্লবদা লৈমা লিম্থোইওম্বীনা লুচিংদুনা নুপী মচাসা অমা নুপাগী থীজেৎ শেক্লুনা লান শোক্লদুনা যেক্লবা মাইথিবা পীখিবগী ৱারী খুৎথাংদা হৌজিক ফাওবা লিংলি, লোয়রি।

পৃথিবী তম্বায় অমা হেয়া জয় তৌদুনা লাক্লবা, কল্লবা বৃটিশশিংগা পুৱারীগী থেনখাঙ অনীরক ইং ১৯০৪ অমসুং ইং ১৯৩৯ দা লমদমসিগী নুপীশিংগা থেঙ্গায়নদুনা নুপীলান অনীবক থোকখি। নুপীলান অনীবক থোকখিবদু লমদমসিগী রাজনীতি অমদি ইজ্জৎকী অরুবা তানফমদা ঙাক্লনি। লমদমসিগী নুপীশিংনা চোংথোক্লুনা রাজনীতিগী অরুবা ভাবদু লৌখি।

রাজনীতিগী অরুবা ভাব লৌদুনা লাকপগী মথক্তা লমদমসিগী শেল-থুম, ইকোনোমিগী ভারসু নুপীশিংনা লৌদুনা লাকখি। কৈথেল হায়বগা লমদমসিদা খঙনবিরম্সি ষ্টেট অসিগী মফম শিনবা থুংনা লৈরিবা নুপী কৈথেলশিং অসিবুনি। কৈথেলদা যোননবা পোৎলমশিং ফাওবা নুপী মশানা শেম শাজে। নুপা কনানসু কৈথেলগী কারবারদা য়াওশিনবা লৈতে। লমদমসিগী নুপাশিংনা কৈথেলগী কারবারদা য়াওশিল্লকখিবসি *অসাম বেপাব* হায়দুনা অসামদা চৎলগা ফাবৌঙা, ক্লা অমদি ফি-বোল, অকু-অহেনগী পোৎ-চৈশিং লৈরুরগা লমদমসিদা য়োল্লবগী কারবার ওসিন্দনীনি। ইমুং-মনুং শেৎন-ইন্নবগী ফি-রোল লমদমসিগী নুপীশিংনা মশাগী ইয়োংদা শাদুনা লাকখি।

লমদমসিগী মরুওইবা শিনফম অমা ওইরিবা লৌউ-শিংউবগী থবকশিংসু নুপীশিংনা অযাম্বা তৌদুনা লাকই। লৌ লিংবা, পেংবা, খাউবা নুপীশিংগী মথৌনি। লৌ খোইবা, লৌ য়ৈবনচিংবা পঞ্জাও খরদনি নুপাশিংগী মথৌ ওইবিবসি। চাননবা ফৌ ওইবক্লবা থবকশিংদগী হৌরগা থোং থাকপগী মকুপ-মতাগী থবকশিং ফাওবা নুপীনা তৌই। লৌউ-শিংউবগী শোযফদ্রবা থবকশিং অসিগী মথক্তা লমদমসিগী নুপীশিংনা ইয়োংদা শেৎনবা ফি-রোল শাবগী থবকশিংসু নুপীশিংগী মথৌ ওইদুনা লাকখি। কবিমুক হায়গনি নুপীশিংগী মথৌসি অসুক্কী মতিক যাম্মী। লৈবাক্কী অমদি ইমুং-মনুংগী থবক থৌবমশিংদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাকই। নুপীশিংনা লৌরিবা থৌদাংশিং অসি থাদোক্লগদি লমদম অসি মী ওইনা পানবা ঙম্লোইদবগী মওং ফাওবা লৈ।

মোর্দন লাইফ লাকপদগী লমদমসিগী নুপীশিংগী থৌদাংসি অমুক্কসু হেন্না য়ামথোবকখি। লৈবাক্কী অমদি ইমুং-মনুংগী হান্না লৌরম্বা থৌদাংশিংদুগী মথক্তা অহেনবা কয়াসু হাপচিল্লকই। মৌরা-মপুরোইবা, মচা-মশুশিং নিশাগী থয়াৎতগী কল্লবা অহিং য়াবেক্লুনা নিশাবন্দী থোকপা তাই। লমদমসিদা নিশাবন্দীগী হৈথৌসি

লৈরমদ্রবদি লমদমসি নিশাগী ঈপাক্তা ঈরাক্লরম্বসু য়াই। নিশাবন্দীগী ঈহৌসিগী মতুংদা হেন্না লুম্বা ভার, মচা-মশুশিংবু খুৎলাই পায়বা সিফাইশিংগী মখুত্তগী কলহৌনবা মৈরা পায়বীগী ঈহৌ অমুক চঙশিল্লি। মতমগী হোংলক্লিবা ঈশিং-নুংশিৎতা নুপীশিংগী থৌদাংসি করিগুম্বা খুবৈ মনা অমত্তসু নাম্ছোক্তুনা চৎপা য়াদ্রি। লমদমসিগী নুপীশিংসি ইমানি, পূব্জিগী লোয়নবীনি, লৈবাক্কী, ইমুং-মনুংগী মপী-মপানি। লমদমসিগী নুপীগী থৌদাংশিংসি য়াওদ্রবদি লমদমসি সমাজ ওইনা পানবা ঙম্লরোইদবা শক্তমদুনি ঐখোয়না উরিবসি।

নুপীশিংনা লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎতা কয়ামুক য়াম্না দায়ত্ব লৌবা ঙম্লবগে হায়ববু শর্মিলানা লমদমসিদগী অমুবা আইন লৌথোক্লবা চহী ১৩ চুপ্পা চঙশিল্লক্লিবা শিদ্রিফাওবা চরা হেনবগী খোঙজং অসিনা অমুক্তসু ময়েক শেংনা উৎলে। শর্মিলাগী হনবা লৈত্রবা থৌনা অসিগী মনাক্তা লমদমসিগী নুপা অমত্তনা চঙলুবা ঙমদ্রি। মসিদসু নত্তনা শান্ন-খোৎনবা অমদি কলচর ঙাক্লবগী মাইকৈদসু লমদমসিগী নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি।

লমদমসিদা নুপীগী অচৌবা শক্তি লৈ হায়বসি পূব্বীগী থেনখাং কযাগী থৌদোকশিংনা ময়েক শেংনা তাক্লি। নুপীশিংগী শক্তি অমদি থৌনাশিংসি লৈরমদ্রবদি লমদম অসিগী সমাজ অসি মশক-মচু থোক্লা পানবা ঙম্লোইদৌবগী অকিবদুমক লৈরিবনি। লৈবাক্কী, সমাজগী থৌদোক-ৱাথোক কয়ানা নুপীশিংবু ইমুং-মনুংদা মৌৱা মপূরোইবগী মরুম থূপ্লা লৈগদবদু ইমুংগী মপান্দা পূথোরক্তুনা রাজনীতিগী অরুবা ক্ষেত্রদা কুমহল্লি। রাজনীতি হায়র্বসি মশানা পামজদ্রবসু, হৈনদে হায়রগসু লৈবাক্কী সমাজগী য়েংদুনা শোয়দনা য়াওবা তারকই।

মতাং স্বাইদা খন্ননিংঙাই ওইরিবদি লমদমসিদা নুপীগী শক্তি য়াম্না লৈরগসু নুপীশিংনা মশাগী ওইবা রাজনীতিগী মশক অমা শাগত্তুনা পোকম চানা লেপ্লা ঙম্লব্রা হায়বর্সিনি। নুপীশিংনা পূব্বীগী তাঙ্কক কযাদা লৈবাক্কী লুরবা তানফম কয়াদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাক্লগসু নুপী মশাগী ওইনা বাজনীতিগী মশক অমদি শাগৎপা ইঙম ঙমদনা অদুমক লাক্লি। ফীভম্না, মতম্না লৈবাক্কী ওইবা অরুবা থৌদোক-ৱাথোকশিংদা নুপাশিংনা মপান থোক্লা লেপ্লা য়াবক্তুবা মতম নৎত্রগনা নুপাশিংনা য়ুমগী মপান্দা লংফৈদা লৈখিবা তাঙ্গাদা নুপীশিংনা শরুক য়াবা ওইনা তৌই। নুপী মশানা খঙনা লৈবাক্কী, সমাজগী সমস্যাশিংদা কনাগী ইথিল য়াওদনা চোংথোরকপদি তাঙলি হায়বা

য়াই। নুপা-নুপী অনীনা শাবা মীওইবা সমাজদা নুপাগী মাইকৈনা শোষ্ণদুনা লৈখ্রবদা মাইকৈ অনীমক্তি শোষ্ণদুনা লৈবদি য়াদবনিনা নুপীগী মাইকৈসি তঙাই ফদনা কনখৎপা তারকই। নৎত্রগদি সমাজ ওইনা পানবা ঙম্লোইদৌরিবনি।

ইং ১৯০৪ অমদি ইং ১৯৩৯ গী নুপীলান থোকখিবশিংদুনা লমদমসিগী নুপীশিং অসি লৈবাক্কী অরুবা তানফমদা খুভম চেৎনা লেপ্পা ঙম্মী হায়বদু ময়েক শেংনা উৎপা ঙমখি। লৈবাক্কী, সমাজগী পঞ্জাও থবকশিং নুপানা থেংনবদা নাতৈ চারক্রবা নৎত্রগনা থেংনবদা ফীভম হেন্না ফৎলক্লোইদৌবগী ফীভম লৈরগদি তঙাই ফদনা নুপীশিংনা চোংথোক্কুনা থেংনবা তারকই। সমাজ অমদা নুপীশিংনা কনখৎলকপা হায়বসিগী অতোপ্পা মশক অমদি সমাজদুগী নুপাশিংদু শোষ্ণরক্লে হায়বগী খুদম চাংদম্লি। সমাজ অমদা নুপা-নুপী অনীমক থোঙ মান্ননা চাউখৎমিন্নবা, কনখৎমিন্নববুদি য়াম্না ফবা অমনি। অশেংবা চাউখৎপা হায়বদু মসিদগী ওইগদৌরিবনি। অদুবু সমাজ অমা মপূং ওইনা কনগদবা নুপাশিংনা কনখৎপা ঙমদদুনা নুপীশিংনা কনখত্তবা য়াদদুনা কনখৎলকপা হায়বসিদি তশেংনা লাইবক গীবনি। ইমুং-মনুংগী থবক-ইনখাংদগী হৌরগা সমাজগী থবক-ইনখাংশিংসু য়াওনা অরুম্বা পোৎলুম অমা থোনগৎপীবা হায়বসি নুপীশিংবু থাগৎ-থাগৎলগা তিকি পীজবগুম্বনি।

লমদমসিগী নুপীশিংনা মশাগী ওইবা রাজনীতিগী ওইবা মশক অমা কয়া য়াম্না শাগৎপা ঙম্লবগে হায়বদুদি ষ্টেট অসিগী Decision Making Body অমা ওইরিবা মণিপূর লেজিস্লেটিব এসেমব্লিদা নুপীগী মীহুৎ কয়া য়াম্না যাওবা ঙম্লবগে হায়বসিনা ময়েক শেংনা তাকই। লমদমসিদা নুপীশিংগী অকনবা ঈহৌ কয়া লৈখ্রগসু নুপীশিংনা মশিং লিক্রা মণিপূর লেজিস্লেটিব এসেমব্লিগী মীহুৎ ওইনা কাবকপা মতমদদি মা-মাগী নুপাগী মশেক মঙালদা কারকপনা অয়াম্বনি। মণিপূর লেজিস্লেটিব এসেমব্লিদা *হংমিলা সৈজা, কে অপাবী দেবী, দল্লিয়ু লৈমা* অমদি *ও লন্ধোনী দেবী* (৯শুবা ষ্টেট এসেমব্লি ফাওবা) মখোয় মরি অসি নত্তনা হৌজিক ফাওবগীদি অতৈ নুপী মীরেপশিং লেপ্লগসু মীখলদা মাই পাকপা ঙমদ্রি। মখোয মরি অসিসু মুম্না য়েংশিল্লুরগদি মখোয়-মখোযগী নুপাগী হোৎনজমল য়াম্না য়াওবি। অহানবগী *হংমিলা সৈজা* গা কে *অপাবী* গদি মখোয মখোযগী মপূরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপূরোইবগী অহাংবা সিটতুদা কাবকখিবনি। অদুগা দল্লিয়ু লৈমগা ও লন্ধোনীগদি মপূরোইবনা থারম্না কৈরাক্কুদা মখোযনা কারকখিবনি। অমবু ওইরে, অমবু ওইরে লমদমসিগী নুপীশিংনা মীখলদা

মাই পাক্তুনা মীয়ামগী মীহুৎ ওইবা ঙম্লকপা হায়বসি মণিপূরী নুপীশিংগী খোঙচত্তা অচৌবা খোঙথাং অমনি হায়দবা য়ারোই। হৌজিক্তি নুপীদা শক্তি পীবা (Women Empowerment) গী ৱাফমসি শাফ্ কন্না চঙশিল্লকখিবদগী ম্যুনিসিপালিটি অমদি পঞ্চায়েট মীখলদা নুপী কয়া মাই পাক্লরক্তুনা নুপী কয়া লৈঙাক সাসন্দা মপূং ফানা শরুক য়াবা উরে।

অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী লমাইশিংদা নুপীবু হৈ-লৈগা পাংখক ওইনা শৈথানরম্বদু হৌজিক্কী মতমদদি চান্নদ্রে হায়বা য়ারে। নুপীশিংগী শক্তি অমদি রাজনীতিগী খোঙচৎ মপাঙ্গল য়াম্না কল্লে। সিফাইশিংগা শিংনদুনা মৌৱা-মপূরোইবা অমদি মচাশিংগীদমক খোঙজং কয়া চঙশিনবা ঙল্লে। পূৱারীগী তাঙ্কক কয়াদা লমদমসিগী নুপাশিংনা ফোংনা চোংথোক্তুনা ওথোরিটি কাঙবুগা শিংনবা ঙমদ্রবা কান্দা লমদমসিগী নুপীশিংনা চোংথোক্তুনা থেংনখি।

লমদমসিগী নুপীশিংনা লৈবাক্কী, সমাজগী ফনা চাওবা থৌদাং লৌদুনা লাকখ্রগসু হীন্দু ধর্ম্মগী নুপীবু সতিগী পরিকোর মনুংদগী য়েংবা মীৎয়েং অদুমদি ইথা থাদোকপা ঙমদ্রি। মৌৱা-মপূরোইববু ঈশ্বরমক্লি খনবা, ভক্তি লৈবা মগুণশিংবু অদুমক শীংথানবদু হেন্না পাম্নরি। মশাগী হক তানবা ঙম্বী নুপীশিংবু সাহিত্যদা, কলাদা, লীলাদা, ফিল্মদা পংথা থাগৎনরগসু মাগী-মাগী পৃঙ্গিগী খোঙলোই থিরকপা মতমদদি সত্বিতা লৈবা নুপীশিংবুনা হেন্না পাম্নবি। *'ফেমিনিষ্ট'* হায়বা ৱাহৈসি লমদমসিগী নুপাশিংদা নামুংবা ওইবা ৱাহৈ অমা ওইরি। মসিনি ঐখোয়গী লমদমসিদা লৈরিবা মশকসি।



# ঐখোয়গী এজুকেসন্দা লাল্লিবসি কদায়দনো ?

*The empires of the future are the empire of*
*the mind. – Winston Churchil*

ইন্দিয়াগী স্কুল, কলেজ, য়ুনিভর্সিটি অমদি রিসার্চ ইনষ্টিট্যুসন কয়াগী করিক্যুলমদা মীওইবা সমাজগী মরমদা ফজ-ফজবা ব্রাফম কয়া হাপ্তুনা তশ্বীরগস্ ঙসিগী ইন্দিয়াগী অশেংবা তাইবংগদি ওন্ন-তৈনরি। লৈবাক ঙাক্লিবা সরকারগী অচৌ-অচৌবা মিনিষ্টর অমদি ওফিসারশিং শেঞ্জা-থুমজাগী অচৌ-অচৌবা স্কেন্দল কয়াদা চেন্নবগী পাউ কয়া মীয়াম্না তারি। অফবা, অচূম্বা চৎপবু মীওইবা সমাজগী খ্বাইদগী ব্রাংবা লীচৎনি হায়না তশ্বীরগস্ ঙসি ইন্দিয়াগী সমাজদা নিয়ম নীতি কায়না অরোনবা কারবার তৌবা কাঙবুশিংনা পৈশা পায়খৎলক্তুনা ভোট ফাওবা লেপখৎলক্তুনা মীয়ামগী মীহুৎ, লুচিংবা ওইরকপা কয়া ঐখোয়না উরি, থেংনরি। করিমুক হায়গনি, অচূম্বা চৎপশিংবু অপঙবা, মতমগী ঈরাং খঙদবা ওইনা খন্নরগা নিয়ম কায়বা-কায়দবা থিদনা অথুবা মতমগী মনুংদা লন-থুম লেপশিনবা ঙম্বশিংবু অশিংবা ওইনা লৌনরকপগী মশক অমা উরক্লি। আইনবু ইকাইখূম্ননা চৎপশিংবু অপঙবা ওইনা খন্নরগা আইনবু শিংনদুনা চৎপশিংবুদি থৌনা ফবা, অকনবা, অথৌবা ওইনা লৌনরক্লি। থবক কানিংদবা, অতনবা পিয়ন দন্দী

পীরুবা হায়বসি ওফিসারশিংগী খুদোংথিনিংঙাই ওইবা মরম অমা ওইরক্লি। মতমসিদা অচুম্বা চৎপা হায়বসি খ্বাইদগী খুদোংথিনিংঙাই ওইবা লম্বীদা চৎপগা মান্নরক্লি।

মথক্কী ৱাফমসিদগী খন্নবা য়ারিবা ৱাফমদি ইন্দিয়াগী স্কুল, কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটি কয়ানা তম্বীরিবা ফজরবা ৱাফম কয়াসি ঙসি ইন্দিয়াগী অশেংবা তাইবংগদি ইচা-চাশিন্নদবা ফীভম অমা ওইনা উবা ফংলি। স্কুল, কলেজ, য়ুনিভর্সিটি কয়া লিংদুনা লৈবাক অসিগী নহারোলশিংবু মহৈ-মশিং তম্বীরিবসি চাউখৎপা, নুংঙাইবা শান্তি লৈবা খুন্নাই অমা ওইনবনি। অদুবু তম্বীরিবা কয়া অসিগা অশেংবা তাইবংগদি ইচা-চাশিন্নবা ঙমদবগী ফীভম অসিনা লৈবাক্কী এজুকেসন সিস্টেম অসিদা অশোয়বা খরা লৈরব্রা হায়বগী ৱাহংসি হংদবা য়ারক্রে।

মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ কয়াবু তম্বীরিবা মোরেল সাইন্সতা চাম্মদা মরিফু হেন্না ফংবা ছাত্র ওইরগসু অশেংবা তাইবংদদি মোবেল য়াওবা, শীংথানবা য়াবা মীশক অমা ওইবা ঙমদবা, সাইন্স সবজেক্টশিং লৌবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মার্ক য়াম্না ফংবা অফবা ছাত্র ছাত্রীশিংনা ডাক্টর তম্মী অদুবু মীনুংশি চাওবা অফবা ডাক্টরদি ইরৈ লৈশিল্লক্তবা, এঞ্জিনিয়র কয়া থোরক্লগসু শেন্না শাবগী চাউখৎ-থৌবাংগী থবক্তি মঙম ইশান শানদবা, পূলিস, সেক্যুরিটি পার্সনেল মশিং হেনগৎলক্লবসু হুরান-চীন্থি, মীহাৎ-মীপূনগী ক্রাইমদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপা, ওজা মশিং হেনগৎলক্লগসু অফবা, শীংথানিংঙাই ওইবা ওজাদি মশিং য়াম্লক্তবা, অসিগুম্বা কযাগী নেগেটিব ট্রেন্দ অমা লৈবাক অসিদা উবা ফংলক্লি। ওইরক্লিবা ফীভমশিং অসি কবিদগী ওইরকখিবনো হায়বদু থিদোকপা অমা চংই। নৎত্রগদি ঐখোয়গী সমাজ, লৈবাক অসি নোংম-নোংমগী মাংলোমদা চখৎপগী মহুৎ মনিংলোম হন্না চেনবগী অকিবা ফীভমদুনি ঐখোয়না উগদৌরিবসি।

মীওই খরগী মততা লাইরিক্কী ৱানা লাইরিক্তা, অশেংবা তাইবংগীনা অমনি হায়বা ৱাফর্মসি থোরকই। অদু ওইরগদি অশেংবা তাইবংদা চৎনবা, পানশিনবা যারোইদবা ৱাফম কয়া অমা স্কুল, কলেজ, য়ুনিভর্সিটিগী করিক্যুলমদা হাপ্পুনা করিগী তম্বীরিবা ? থায়নদগী হৌনা ইন্দিয়াগী ফিলোসোফিদা নোংচুপকী ফিলোসোফিগা য়েংনবদা থিওরিটিকেল ওইনদি য়াম্না ফজবা অদুগা প্রাক্টিকেল ওইবদি ৱাৎপগী ট্রেন্দ অমসু মহৌশাদগী চৎনদুনা লাকই। মী অমদা অফবা পাউতাক পীবসি অরায়বা থবক অমনি। অদুবু অফবা পাউতাকশিং অদুবু ইন্দুনা চৎহনবসিনি য়াম্না লুরিবদি। ইন্দুনা

চৎপা ঙম্লোইদবা পাউতাক লীশিং অমা পীববুদি ইন্দুনা চৎপা ঙমগদবা পাউতাক মঙাখক পীবনা চাম্মরক হেন্না মহে লৈগনি।

লৈবাক অসিগী মশিং য়াম্লবা য়ুনিভর্সিটি কয়াগী পি ঐচ দি থেসিসশিংনা অশেংবা হ্যুমেন রিসোর্ছ ওইবা ঙম্লক্তদুনা রিসার্ছ ইনষ্টিট্যুসন কয়া লিংবগী মথৌ তারকপা, এঞ্জিনিয়রিং কলেজগী গ্রেজুয়েটশিংনা অশেংবা টেক্নোক্রেট ওইবা ঙম্লক্তদুনা ইন্দিয়ান ইনষ্টিট্যুট ওফ টেক্নোলোজি (আই আই টি) গুম্বা স্পিসিয়েলাইজ তৌরবা ইনষ্টিট্যুসন লিংবগী মথৌ তারকপা কয়াসিনি ঙসি ইন্দিয়াগী এজুকেসন লম্বীদা থেংনরিবসি। অশেংবা চাউখৎপা হায়বসিদদি ঐখোয়না ঐখোয়গী স্কুল, কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিদা তম্বীরিবা য়াম্না আইদিয়েল ওইবা ব্রাফমশিংদু অশেংবা তাইবংদা চপ চানা পানশিন্দুনা চৎপা ঙম্লবা কান্দনি। ইশা ইশাগী থবক্কী কেরিয়রদা প্রমোসন কানবগীদমক্তা রিসার্ছ তৌবা, পি ঐচ দি দিগ্রি ফংনবা হোৎনরকপা, অমরোমদা মদুগুম্বা মীশক অদুনা হ্যুমেন বিসোর্ছ ওইবা ঙম্লক্তবা হাযবসি লৈবাক্কী, খুন্নাইগীদি অচৌবা মাঙজবা অমনি।

ইন্দিয়াদা সার্টিফিকেট, দিগ্রি পায়বশিংবু হেন্না ইকাইখুম্নবগী চৎনবী অমসু লৈ। মবম অদুনা থবক কৌবা মতমদসু সার্টিফিকেট, দিগ্রি অদু পাযবা হায়দুনা কৌনৈ। তশেংনা থবক তৌগদৌবিবা মীশক অদু লম অদোমদা প্রাক্টিকেল ওইবা মঙংদা কয়া য়াম্না হৈথোই-শিংথোইরবগে হায়বদু টেষ্ট তৌদুনা য়েংনদে। মরম অদুনা সরকারগী ষ্টাব্লিশমেন্ট ওফিস কয়াদা টেক্লিকেল ষ্টাফ কয়া হাপ্লগসু ওফিস অদুদা পোৎশক অমত্তং যারক্তবদা লন্নাই ব্রার্কশোপশিংদা পূরগা শেমহল্লি। অসুম্না সরকারগী ষ্টাব্লিশমেন্ট ওফিস কয়াদা টেক্লিকেলগী মমিংদা য়াম্লবা রিসোর্ছ, ফন্দ কযা মাঙহল্লি। নোংচুপকী লৈবাকশিংদদি প্রোজেক্ট প্রপোজেল অমা থাবা মতমদা থারক্লিবা মীশক অদু এক্সপার্ট পেনেল অমগী মমাংদা মহাক্না থারক্লিবা প্রোজেক্ট অদুগী থবক তৌবা ঙম্বা, টেক্লিকেল ওইবা জ্ঞান লৌশিং লৈবা মীশক অমনি হায়দুনা প্রমান তৌবা ঙমদ্রবদি প্রোজেক্ট অদু পীনদে। ইন্দিয়াদদি থবক তৌগদৌরিবা মীশক অদু কয়া হৈথোই-শিংথোইদ্রগসু অতোপ্পা অহৈবা মীশক অমনা প্রোজেক্ট শাদুনা থাগৎলগদি প্রোজেক্ট অদুম ফাওনৈ। তৌগদৌরিবা লমদুদা থোইনা ইন্টরেষ্ট লৈত্রগসু সার্টিফিকেট, দিগ্রি পায় হায়রগদি ইকাইখুম্নবগী চৎনবী অমসু লৈ। ফীভম অসিনা লৈবাক অসিদা থবক তৌবগী ইন্টরেষ্ট

থোইনা লৈতবা, পৈশা তানবা, কারবারগী মওংদা চত্থবা মীওই, এন জি ও কয়া থোরক্ল বগী লম্বেল অমা ফাৎলি।

সবজেক্ট অমা তম্লবা মীশক অমা খনবা মতমদা তমগদৌরিবা মীশক অদু সবজেক্ট অদুদা কয়া য়াম্না অপাম্বা লৈরবগে হায়দুনা চাংয়েং তৌবগী মহুৎতা মাগী জেনরেল লাইনগী মহে অদুদা মার্ক কয়া য়াম্না ফংলকপগে হায়বদুনা হেন্না মরু ওইনা লৌনৈ। অনা-লায়েংবগী শিনফম অসিদা কয়া য়াম্না মশাগী অপাম্বা লৈরবগে হায়বদু চাংয়েং তৌদনা ডাক্টর হায়বা শিনফমসি মীনা পাম্লবা, ইকাইখূম্লবা শিনফম অমনি, বাইওলোজিদা মার্ক য়াম্না ফংই হায়দুনা ডাক্টর তম্বা মশিং য়ামখৎলকই। চহী কয়া, মথৱায় চঙনা তম্লুবা ডাক্টরদু পাস তৌরগা খুঙ্গংদা চৎলগা অনা-লায়েংগী থবক তৌনিংদ্রে। মদুগী মহুৎ চাউখৎপা, পৈশা য়াম্না ফংগদবা সহরশিংদা চৎলগা থবক তৌনিংলে। ডাক্টর তম্লবা হোৎনবদা কনাগসু তিন্নরক্রবা মীশক অমনা ডাক্টর ওইরক্লবা মতমদা খুন্নাইগা চাশিন্নবা ঙমদদুনা ডাক্টরগা-অনাবগী মরক্তা খৎন-চৈনবগী থৌদোক-ৱাথোক কয়া থোক্লকই। ডাক্টর তম্বদা কম্যুনিটি সার্বিস হায়বসি তৌহনবগী তঙাই ফদবা লাকই। ওজা ওইবা হায়বা শিনফমসিদা চান্নরোইদবা মীশক অমনা তলব চাবা থবক অমা ফংবগী মওংদা ওজা ওইবগী শিনফমদা চঙলক্লগদি ওজা হায়বা শিনফমসি থাক হন্থরক্লবা মরম অমা ওই। মীশক অদুনা তলব চাবা থবক অমা ফংবগী মহাক মশামক অমদি ইমুং মনুংনা নুংঙাইজরগসু লৈবাক্কী ওইনদি মাঙজবনি। ফত্তবা ওজা অমনা খুন্নাই অমগী মীরোল ময়াম অমা মথং-মথং মাঙহল্লি হায়বসি কনাসু নিংশিংনদ্রে। মসি শেমদোক্লবা কনানসু হোৎন্নিংদ্রে।

জপান মচা অমনা ইন্দিয়াদা মহে তম্বা, ট্রেনিং য়াওবা লাক্লগা সার্টিফিকেট লৌদনা চৎখিবগী ৱারী অমা ঐখোয় স্বাইদা লিনবা থেংনরি। জপান মচাদুদা দরকার ওইরিবদি অশেংবা, হৈগদবা মহে অদু তমখিবদুনি। হৈরবসু হৈত্রবসু সার্টিফিকেট অমা পায়রগা চৎখিবদু নত্তে। ঐখোয় স্বাইদদি সার্টিফিকেট অমা পায়হৌবসি য়াম্না মরুওইনা লৌনৈ। কনাগুম্বা মীশক অমা শিনফম অমা নৎত্রগা হীরম অমা নিংথিজনা হৈরগসু মানা হৈরিবা মহে অদু হৈরে হায়বগী *'শক্তাক চে'* (সার্টিফিকেট) অমা পূথোকপা ঙমদ্রবদি হৈরিবা মহেদু শিজিন্নফম খঙদনা তাদুনা লৈ। অমরোমদা সার্টিফিকেট পায়বা অশেংবা হৈগদবা মহেদি হৈতবা ময়াম অমনা অহৈবা ওইদুনা সরকারগী ওফিসশিংদা থবক তৌদুনা পৈশা অমদি ইকাইখূম্লবা ফংদুনা লৈনরি। অসুম্না ইন্দিয়াগী য়াম্লবা পৈশা অমদি রিসোর্ছ মাঙহল্লি।

ডাক্টর পাস তৌদুনা গভর্নমেন্টকী ডাক্টর ওইরবা মতুংদা অনাবা অমফাওবা য়েংবা লাক্কবা ডাক্টর ময়াম লৈ। গভর্নমেন্টকী নৎত্রগা পব্লিক সেক্টর অন্দরটেকিং অমদা এঞ্জিনিযর ওইরবা অদুগা করিগুম্বা প্লান অমগী ড্রোয়িং অমফাওবা য়েক্কবা এঞ্জিনিয়র ভারিদা লৈরি। ওজাগী শিনফমসু অদু মঙাই স্কুল অমদা ওজা ২০/৩০ লৈরগা মেট্রিক পরিক্ষাদা ছাত্র অমফাওবা পাস তৌদবা স্কুল ভারিদা লৈরি। ফীভম অসি ঐখোয়গী এজুকেসন সিষ্টেম্না শোয়রিব্রা নৎত্রগা প্রজা মীয়াম্না শোয়রিব্রা ?

মীপূম খুদিংমক লাইরিক হৈহনবা, ১২ শুবা থাক ফাওবা এজুকেসনগী মঙাল ফংহনবা হায়বসি লৈবাক অমগী শোয়দনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ অমনি। মরম অদুনা সরকারনা ফ্রি এন্দ কম্পলসরি এজুকেসনবু ফন্দামেন্টেল রাইট ওইনা শকখঙলক্লিবনি। অদুবু অৱাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং, হায়ব এজুকেসনবু মীপূম খুদিংনা ফংবা য়াবা বাইট অমা ওইরক্লবদি মসিনা লৈবাক অদুদা কান্নবা পূরকপগী মহুৎ বিসোর্ছ মাঙহন্নবা মরম অমা ওইরকই। হায়র এজুকেসন্দদি চুম্না পরিক্ষাদা পাস মার্কখক্কং ফংবদু নত্তে। দরকাব ওইবিবদি তম্লিবা হীরমদুদা অনৌ অনৌবা জ্ঞান লৌশিং পূথোকপা ঙম্বা, হৈথোই শিংথোইবা মকোক ফবা ছাত্র-ছাত্রীশিংদুনি। জপানগুম্বা চাউখৎপা লমদদি মীপূম খুদিংমক লাইবিক হৈরগসু হায়র এজুকেসনগী মতাংদদি অফবা মীওই খরদনা তম্লে।

লৈবাক অসিদা অচৌবা অহোংবা অমা পূরক্কে হায়রগদি এজুকেসনগী লমদা ক্বালিটি লৈবা এজুকেসন সিষ্টেম অমদা হোংলকপা অমা চংই। লোয়ননা তম্লিবা মহৈশিং অদু ক্লাসরুম খক্কী মহৈ ওইহন্দনা পূন্সিগী মাইকৈ কয়াদা শিজিন্নবা য়াবা, প্রাক্টিকেল ওইবা এজুকেসন সিষ্টেম অমা ওইহনবসু মথৌ তাই। ঙসি লৈবাক অসিদা মহৈ-মশিং য়াম্না তমলুরগা, তৌফম খঙদনা, থবক ফংদনা ককঙাওননা লৈবা নহারোল কয়া উবা ফংলিবসি ঐখোয়গী ক্বালিটি লৈতবা, প্রাক্টিকেল ওইদবা এজুকেসন সিষ্টেম অমা কুইনা চৎনদুনা লাকপননি। ঐখোয়না ২১ শুবা চহী চাগী সমস্যা কয়া অসি থেংনগে হায়রগদি ক্বালিটি লৈবা, হেন্না প্রাক্টিকেল ওইবা এজুকেসন সিষ্টেম অমা শেমগৎপগী মথৌ তারে।

—◆—

# ইংলিস মেদিয়মগী এজুকেসন অমদি ঐখোয়গী সমাজ

*The aim of education is the knowledge not facts but values. – William Ralph Inge*

হৌজিক্কী মতমদা অঙাং অমবু ইংলিস মেদিয়ম স্কুলদা তমহনবা হায়বসি অঙাং অদুগী মমা-মপাশিং অমদি মহৈরোয়শিংগী *'ষ্টেটস সিম্বল'* ওইরে। ফী চাওনা হুনবা প্রাইভেট নংত্রগা মিসনগী ইংলিস মেদিয়ম স্কুলশিংদা তমই হায়বসিনা ফী হুন্দবা সরকারগী স্কুলদা তমই হায়বসিদগী ইজ্জৎ লৈনা খন্নরে। সরকারগী ফী হুন্দবা স্কুলশিংদা তমই হায়বসিনা মহৈরোয় ছাত্রশিংদা ইনফরিওরিটি কমপ্লেক্স অমা পোকহল্লে। করিমুক হায়গনি সরকারগী ফী হুন্দবা স্কুলদা তম্লগদি লাইগী শাপ ফংলবা, ফবা শুকঙম ঙম্লরোইদবগুম খন্নরে।

হোয়, তৌবগীদি ইংলিস মেদিয়ম স্কুলদা তম্বনা চাংচৎতা পরিক্ষাগী ফলসি ফগল্লি। পরিক্ষাগী ফল ফজরগদি মহৈরোয়শিংগী মমা-মপাশিং অমসুং মহৈরোয় মশাসু হরাওজৈ। প্রাইভেটকী ইংলিস স্কুল চলাইরিবশিংসি অয়াম্বনা মিসন্নরিশিং অমদি লন্নাই মীওইশিংনি। অহানবদদি ইংলিস মেদিয়ম স্কুলশিং অসি মিসন্নরি কাঙবুনা চল্লাইবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি লন্নাই মীওই কয়াসু মিসন্নরিশিংগুম্না ইংলিস

মেদিয়ম স্কুলশিং মাই পাক্লা চল্লাইবা ঙম্না লৈরে। অঙাংশিংবু লাইরিক হৈহন্নবা মিসন্নরিশিংগী তম্বীবগী তোঙানবা মেথোদোলোজি লৈজে। লন্নাই মীওই কয়ানা প্রাইভেট ইংলিস স্কুল লিংখৎলি হায়রিবশিং অসিসু মিসন্নরি স্কুলগী মওংদনি। তাকপি-তম্বীবগী মওংদা য়েংলগদি মিসন্নরি স্কুলশিংগা প্রাইভেট ইংলিস মেদিয়ম স্কুলশিংগা হায়রপ মান্নে হায়বা য়াই, মপূ খেন্নবগী ৱানি।

ইংলিস মেদিয়ম স্কুলশিংদা মহৈ তম্বনা অফবা এজুকেসন ফংহনবতা নত্তনা ইংলিস লোন নির্ংথিনা হৈহৌনবা খুদোংচাবদু পী। ইংলিস লোন নিংথিনা ঙাংবা অমসুং ইবা হৈবনা হৌজিক্কী মতমদা খুদোংচাবা কয়া লৈ। মতমসিগী সরকারগী অচৌবা ব্যুরোক্রেট ওফিসারশিং অমদি লাইরিক লাইশু হৈবা স্কোলার অয়াম্বনা ইংলিস লোন হৈ। ইংলিস লোন হৈরবদি মপান লৈবাকশিংদা থবক-ইনখাং তৌবদা খুদোংচাবা কয়া লৈ। ময়ামসিগী মথক্তা ইংলিস লোন খঙবনা ৱাখল-জ্ঞান, লৌশিং ফংবদা অহেনবা খুদোংচাবা কয়া পী। ইংলিস লোন্দা ফোংবা লাইরিকশিংদা মতমসিগী অনৌ-অনৌবা জ্ঞান, ৱাখল-লৌশিং পুম্নমক ফংবা ঙম্মী। হৌজিক্কী মতমদা ৱা ঙাংবদা ইংলিস ৱাহৈ অমা, অনীগা থেৎলবদি অতাবশিংনা লাইবিক-লাইশু হৈরবগুম খন্নরে। মরম অসিনা মমা-মপাশিংনা মচা-মশুশিংবু ইংলিস লোন হৈনবা অরৈবা পাঙ্গল, মতম অমদি পৈশা পূথোক্তুনা হোৎনবা উবক্লি।

অচৌ-অচৌবা ইনষ্টিট্যুসনশিংগী প্রোফেস্নেল কোর্সশিংদা মিং চনবগী পরিক্ষাশিংদা ইংলিস লোনগী পেপর অমা কম্পলসরি পেপর ওই। ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী থবক চঙনবগী সিভিল সার্ভিসেসকী পরিক্ষা থাবদা ইংলিস পেপর অমা কম্পলসরি পেপর ওইনা থাদবা য়াদ্রি। ইশম শম্না হায়রবদা হীন্দি লোন্না নেসনেল লেঙ্গুয়েজ ওইজরগসু ইন্দিয়াগী এদমিনিষ্ট্রেসনদা য়াওগে হায়রগদি ইংলিস লোন নিংথিনা খঙদবা য়াদ্রি। মথক্কী ফীভম ময়ামসি লৈবনা লমদম অসিগী মমা-মপাশিং অমদি মহৈরোয়শিংনা অফবা এজুকেসন ফংনবা অমদি ইংলিস লোন হৈনবা ইংলিস মেদিয়ম স্কুল কয়াদা চেনশিন্নরি। মসিনা ইংলিস স্কুলশিং চাউখৎলক্লবা অমদি মশিং য়ামখৎলক্লবা মরম অমা ওই।

অমরোমদা মথক্কী ফীভমশিং অসিনা লমদম অসিদা ইংলিস স্কুল মশিং চেঙ্গুম শৌবদৌনা হেনগৎলকপদগী লমদমসিগী মোরেলিটি অমদি এস্থেটিক্স ভেল্যুদা পীরক্লিবা চৈফৃশিং অসি শোয়দনা নৈনহৌদবা য়াদবা ৱাফম অমা ওই। ইংলিস মেদিয়ম

এজুকেসন সিষ্টেম অসি লমদম অসিগী চীংগী লমদমনা তম্পাক্কী লমদগী হেন্না থুনা চূপশিনখি। মরমদি খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম শন্দোকপা মতমদা ইংলিস লোন অমদি নোংচুপকী লীচৎ-শাজৎশিং অদুম য়াওখ্রবনি। তম্পাক লমদমগী মরুওইবা ধর্ম্ম ওইরিবা হীন্দু ধর্ম্মনা চীংমীশিংবু মমাংদা খরা ইষ্টোকপা মানবা মওং অমদা চঙশিল্লুবদগী চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মবু হেন্না পামশিন্না লৌহনবগী মরম অমা ওইখি। চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী লুবা নানবা, মীগী মরক্তা খেন্নবা থমদবা, ফিজেৎ চাকচেৎ কয়ানা ধর্ম্ম অসিদা হেন্না থুনা চূশিনখি।

চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগা নকশিন্নখিবদগী ইংলিস মেদিয়মগী এজুকেসন ফংখ্রবা মতুং চীংমীশিংগী সমাজদা উরক্লিবা য়াম্না মীপাইনিংঙাই ওইরিবা মশক অমদি চীংমীশিংগী মশাগী হান্না লৈজরম্না নাৎ, কলচরগী মশক অদু থাদোক্তুনা নোংচুপকী সভ্যতারোমদা নকশিনখিবা অসিনি। ফীভম অসিনা মতম শাংনা চত্থরক্লগদি চীংমীশিংগী মশাগী লোন, মনাৎ পূম্নমক কাওথোকখ্রগনি। অমুক হন্না মশাগী লোন, মনাৎ থিরুবদা ফংবা ঙম্লরোই। ফূরুপ অমগী মশাগী লোন, মনাৎ মাঙখিবা হায়বসি ফূরুপ অদু শিবগা চপ মান্নরবনি।

হৌজিক তম্পাক লমদা থেংনরিবা ফীভম অমনা ধর্ম্ম য়াওদবা ইংলিস মেদিয়মগী এজুকেসন সিষ্টেম অসিনি। মচাশিংবু মমা-মপাশিংনা লমদম অসিগী ইংলিস মেদিয়ম স্কুলদা তমহনবগী অকনবা চৎনবী অমা লৈবগী মথক্তা ধর্ম্ম মান্নদ্রবসু মপানগী খৃষ্টিয়ান মিসন্নরিশিংনা চলাইবা অফবা স্কুল, কলেজশিংদা পৈশা চঙনা তমহন্নরি। অঙাংশিংবু পিক্লিধৈদগী ইংলিস স্কুলশিংদা মতম শাংনা হৈনহল্লকপনা মশাগী ফূরুপকী কলচর, এস্থেটিক্সশিংদু তপ্পা-তপ্পা কাওরক্লি। কনাগুম্বা মমা-মপাশিং খরদি মখোয়গী মচাশিংনা ইংলিস য়াম্না ঙাংবা, মশাগী মমালোন্দা মশাগী অনিংবদু মপূং ফানা ফোংদোকপা ঙমদদুনা ইংলিস ৱাহৈ য়াম্না য়ানশিল্লকপদু থাক ৱাংখৎলক্লিবনি হায়দুনা হরাওজে। হৌজিক্কী মতমদা জানুৱারী, ফেব্রুৱারী, মার্চ হায়বদি খঙবা অদুগা শজিবু, কালেন, ইঙা হায়বদি খঙদবা নহারোল পীক থন্না লমদমসিদা লৈরে। অঙাং খরদি *'টাইগর'* হায়বদি খঙবা *'কৈ'* হায়বদি খঙদবা ময়াম অমসু লৈরক্লি। অহল-লমন, মথক থোংবা মীশক অমা উন্নবা মতমদা উৎকদবা নোল্লুকপা মতৌদু তপ্পা-তপ্পা কাওনরক্তুনা ইংলিস সোসাইটিগী চৎনবী হেন্দসেক তৌবগী চৎনবীনা তপ্পা-তপ্পা মহুৎ শিল্লক্লি। মহৌশাদগী লৈরক্লবা মশাগী

ওইবা হরাও-কুম্মোশিংদা নুংঙাইবগী মহুৎতা নোংচুপকী ঈশৈ রোক ম্যুজিক্কুম্বদনা হেন্না হৈনরক্লি।

লোন অমা তম্বা, তমদবগী মতাংদা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াবা অমদি জাতিগী মপা হায়না খঙনরিবা মহাত্মা গান্ধীগী *থ্রি টয়ার লেঙ্গুয়েজ সিষ্টেম* অসিনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী জ্ঞান, ব্রাখল-লৌশিং হেনগৎনবা অমদি মালেমগী চাউখৎপগী লমজেল য়াওবা ঙম্নবা ইংলিস লোনগুম্বা ইন্টরনেসনেল লেঙ্গুয়েজ অমা তম্বা তঙাইফদে। ইন্দিয়াগী মশাগী লোন অমসুং সংস্কৃতি মশক খঙনবা অমদি নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগীদমক নেসনেল লেঙ্গুয়জ ওইরিবা হীন্দি লোন তম্বা। অরোইবদা মমালোন চাউখৎনবা মমালোন *মাদর টঙ্ক* তম্বা অসিনি। অসুম্না তৌরগদি ইন্দিয়া মচাশিংনা মালেমগী চাউখৎপগী লমজেল য়াওবা ঙম্বতা নত্তনা মমালোনবু নিংথিনা চাউখৎহনবা ঙমগনি।

ঐখোয়না নৈননিংঙাই ওইরিবদি ইংলিস লোন তম্বদা নোংচুপকী কলচরনা ঐখোয়গী সমাজদা ফাওজিল্লক্কুনা ঐখোয়গী নহারোলশিংদা চূশিল্লকপা অসিনি। হিংনবগী লানফমদা অচৌবা, চাউখৎপা লোন অমা হৈরুবনা ঐখোয়দা পীবা খুদোংচাবা ময়ামদুগীদমক ঐখোয়না লোন অদুবু ইকাইখূম্নফম থোকই। অদুবু ইংলিস লোনগী শাফূনা কনমনখিদুনা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা মশাগী লোন, মনাৎ কাওশিল্লকপদুদি তশেংনা মীপায়নিংঙাইনি। কর্ম্ম অমা থোকপগী বার্তন ইবা মতমদা বার্তন্দুগী মশা পূম্বনা মণিপূরী লোন্না ইরগা মিং, লৈফম ইবনা ইংলিস ময়েক্লা ইবগী চৎনবী অমা হৌজিক্কী মতমদা কন্না লৈরক্লি। বার্তন্দুদা য়াওরিবা মিং, লৈফমনচিংবশিংদু প্রেসনা নম্লকপা ওইরবসু বার্তন্দু থুংলুগদৌবা মীদুগী মমিং, লৈফমদুদি বার্তন ইরিবা মীদুনা ইগদবনি। বার্তন ইগদবা মীদু খরা অহল ওইরবদি ফরে। নহানা ইগদবা ওইরগদি শমজিন্দুনা মখোয়না খরা হৈনবা ইংলিস ময়েক্লা ইনরে। হৌজিক্কী নহারোল অয়াম্বদা মমালোন মণিপূরীদা ইদুনা ব্রাখল-লৌশিং, থম্মোয়গী ব্রারোল অমা ফোঙদোকপা হায়বসি অরুবা অমা ওইরক্লি।

অদুবু নুঙাইরিবা অমদি ইংলিস লোন অমসুং ময়েক্তা চূশিনখ্রবা ঐখোয়গী নহারোলশিং অসি ইংলিস লোন্দা অচৌ-অচৌবা নোভেল, লাইব্রিকশিং ইবগী থাক্তু য়ৌনা চঙশিল্লকপদি ঙমদ্রি। থবক তৌবা য়ানবা তেনৌব্রা মরোলদৌনা পিৎ-পা খরা হৈবগী চাংদুদগী পংহেন হেনগৎনা কাখৎপা ঙমদ্রি। হোয়, তৌবগীদি লোয়না হৈতে হায়রুবদি য়াদ্রি। মরক-মরক্তা অহৈবা অমা, অনীবুদি অদুম য়াওরকই। অদুবু, মদু

অয়াম্বা মীশিংনা হৈরক্লিবনিনা মশিং ওইনা পাবা য়াদ্রি। অফবা টেক্স অমা, লাইরিক অমা ইংলিস লোন্দা নিংথিনা মওং তানা হন্দোকপীনবা মী থিবদা সনা, লুপাগুম্না তাংলি। ফঙ্কসন অমগী ইংলিস লোন্দা কৌথোক-কৌশিন তৌনবগী মীদি ভারিদা লৈ। অদুবু দুরদর্শন নৎত্রগা এ আই আর গুম্বদা অখঙ-অহে় ময়াম য়াওবা ইংলিস লোন্দা খন্ন-নৈনবগী প্রোগ্রাম অমগী এনকর ওইবীনবা নহারোলদি য়াম্না তাংই, থিবদা ওন্থোক্লা রাই। হৌজিক ইংলিস স্কুল অয়াম্বদা কম্পলসরি পেপর ওইনা থাগদবা মেজর ইন্দিয়ান লেঙ্গুয়েজ পেপর (এম আই এল) অসি ছাত্র-ছাত্রী অয়াম্বনা মণিপূরী পেপর থানদ্রে। মসিগী মহুৎ ছাত্র-ছাত্রী অয়াম্বনা অল্টর্নেটিব ইংলিস ওইনা থানরে। ইংলিস মেদিযম স্কুল অয়াম্বনসু মণিপূরী সবজেক্টপূ এম আই এল ওইনা লৌনবা পূক্নিং থৌগৎত্রে। ফীভম অসিনা ছাত্র-ছাত্রী কয়াবু মমালোনবু মপূং ফানা খঙহন্দবতা নত্তনা মশাগী মনাৎ (কলচর) অমদি সাহিত্যবু খঙহন্দনবা অচৌবা মবম অমা ওইবে।

ঐখোযনা হৌজিক মীপাইনিংঙাই ওইরিবদি ইংলিস লোনবু ঐখোয়না কা-হেন্না পামশিল্লুবা অদুগা অমরোমদা ঐখোয়না হৈরিবা থাক্লুনা মালেমগী ঈচেলদা য়াওকবসু ঙমদবা, নুংশিরবা মমালোনবুসু মীবাইকগুম তৌবা মওংসিনা ঐখোয়বু শাম্মরক-ঙাম্মরক্কী ফীভম অমদা লৈহল্লকদ্রা হায়বসিনি। এম আই এল লৌবগী মতাংদা মণিপূরী লৌই হায়বদগী অল্টর্নেটিব ইংলিস লৌই হায়বসিনা হেন্না লেম্লববা মতমসিদা ইংলিসকী অফবা নোভেল ইবা ঙম্বা ইংলিস হৈবা নহাবোল কযা খোবক্তবসি তশেংনা ইকাইনিংঙাইনি। ইংলিস লোনগুম্বা মালেমগী চাউখৎলবা অচৌবা লোন অমা হৈবসি ঐখোয় খুদিংমক্কী তঙাইফদবা অমনি। অদুগা ইংলিস লোন হৈনবা হোৎনবদা ঐখোয়গী লোন. নাৎ অমদি ঐখোয়গী এস্থেটিক্স পূম্নমক মাঙশিল্লক্লিবদুদি ঐখোয়না চেকশিনফম থোকই। নৎত্রগদি ঐখোয়গী শক্তম পূম্নমক ইংলিস মেদিয়ম স্কুলদা তম্লুবা ইংলিস লোন হৈরুবদুনা মতমগী ইরোন্নুংদা লূপহনখিবা য়াই, অমুক হন্না থিবা ফংদবসু য়াই।

--◆--

# লন্নাই অমসুং খুন্নাই

*Polluted rivers, fitthy streets, bodies bedded down in doorway are no advertisement for a prosperous or caring society– Michael Heseltine*

হৌজিক্কী মতমসিদা কন্না চৎনবক্লিবা চৎনবী অমদি লন্নাই ওইবা সমস্যা মচা মচাশিংনা খুন্নাইগী ওইবা সমস্যা ওইহল্লকপসিনি। মীওই অমদা নৎত্রগা মীওই কাঙলুপ খরদা থোকপা থৌদোক নৎত্রগা থেংনবা সমস্যাশিংনা খুন্নাই অদুগী সমস্যা ওইহল্লক্তুনা চাওথোকহল্লকপসিনা খুন্নাই অদুদা চরাংনবা কয়া থোক্লবা মরম ওইহল্লকই। খুন্নাই অদুদা লন্নাইগী ওইবা সমস্যা কয়ানা চরাংনবা কয়া থোকহল্লে হায়বসি অয়াম্বা মীনা খঙনরগসু ফোংনা য়ানিংদবা ফোংদোকপদি ঙম্মদ্রি। মঙোন্দা মরম কয়াদগী নুংঙাইতবা কয়া থোক্লগসু ফোংনা য়ানিংদবা ফোংদোকপা ঙমদবগী লায়নাসিনি ঙসিগী খুন্নাইসিনা য়াম্না চেকশিন্নিংঙাই ওইরিবসি।

ঐখোয়-ঐখোয়গী য়ুম্লোন্নবদা জ্ঞান তাদবা, এজুকেসনগী মঙাল মপূং ফানা ফংদ্রিবা নহারোল কয়ানা অহৌ-অহৌবা টেপ রেকোর্দর, সাউন্দ সিষ্টেম কয়া হৌনা খোংদুনা য়ুম্লোন-কৈরোন্নবশিংদা অকায়বা কয়া পীরগসু মতম ফত্তবসিদা মথোঙ মরম খঙদবা অঙাংশিং অসিগা মান্নরুনু, জ্ঞান-মেন তাদনা কোক-কাক তৌরকপা য়াই

হায়দুনা অসুম মান্নবীদবদগী মমৈথংদদি অঙাংশিংদু ঙাংন-শরুবা য়াদবা, খুন্নাইগী তমথীরবা মহিক অমা ওইরকই। মতম চানা ঙাংবীনবা, চৈবীনবা, ৱারকপীনবা মীশক অমত্তং লৈরম্লবদি অঙাংশিংদু খুন্নাইগী অফবা মীশক অমা ওইরম্বসু য়াই। মতম চানা ৱারকহৌদবদুনা অঙাং অদুনা খুন্নাই অদুগী য়েরুবা অমা ওইরকপগী মথক্তা মহাক্লা হেক জ্ঞান তারক্ত্রি ফাওবদি খুন্নাই অদু শান্তি ফংদনা, তংদু লৈতাদবা পূন্সি মরেল অমদা হিংবা তাই।

অমরোমদা খুন্নাইগী হোংলক্লিবা ঈশিং-নুংশিৎতা লন্নাই মীওই অমনা খুন্নাইগী থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোকশিংসি মানা পামজদে, মাগা মরী লৈনদে হায়রগসু মহাক মশাদি কাম্বোক্তুনা চৎপা য়াদে। খুদম ওইনা কনাগুম্বা শু-নোম্লগা চাবা মীশক অমদা কনাগুম্বা মীওই খরনা কৌবা জেনরেল ষ্ট্রাইক, বন্দশিং অসি লন্নাই মীওই অদুগা মরী লৈনদে, মহাক্লা পামজদে, জেনরেল ষ্ট্রাইক নৎত্রগা বন্দ অদুনা মাবু চরা হেলহল্লগসু মহাক্লা য়ানিংলবসু, য়ানিংদ্রবসু জেনরেল ষ্ট্রাইক, বন্দ মনুং অদুদদি শুবা নোম্বা লেপ্পা তাই। মরমদি জেনরেল ষ্ট্রাইক নৎত্রগা বন্দ মনুংদা শুবা নোম্বা থোক্লুবদা খুদোংথীবা থোকপা, অৱাবা নংলবদি মদুগী দায়ত্ব খুন্নাইনা পুবীরোই। অশোকপদুনা মরন্নাই তাহৌগনি।

ঙসি ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা ওর্গনাইজেসন মচা মচা কয়ানা মখোয়গী দাবী তানবদা লৈবাক খুন্নাই অদুদগী মখোয়গী দাবীনা হেন্না লূমখিদুনা তোয়না বন্দ, ব্লোকেদ তৌশিন্দুনা লৈবাক-খুন্নাই অদুবু ৱাহনবা ঙসি ঙসিমক লমদমসিদা তোয়না থেংনবা মশক অমনি। কনাগুম্বা মীওই অমা নৎত্রগা মীওই কাঙলুপ অমনা মখোয় মখোয়গী দাবী তানবা করিসু কায়দে। মসি মখোয়-মখোয়গী ফন্দামেন্টেল রাইটনি। মখোয় খরগী ইন্টর্ভিয়ু য়াওরুরগা ইন্টর্ভিয়ু ফল হায়দোকপীরক্তবগী নৎত্রগা থবক্কী ওফর ফোর্ম পীদবগী বন্দ, ব্লোকেদ কৌশিন্দুনা লৈবাক পূম্বা ৱাহল্লগদি মদু লন্নাইগী সুবিধা তাননবা হোৎনবদা খুন্নাইবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবনি। মরম অদুনা মখোয়গী দাবীদুগা খুন্নাইগা কনানা হেন্না লুম্বগে হায়দুনা হংবা তারকই। লৈবাক খুন্নাই হায়বসিদগী মখোয়গী লন্নাইগী ওইবা দাবীদুনা হেল্লি হায়গৎলক্লুগদি তশেংনা কিনিংঙাইনি। ফীভম অসি য়ৌরগদি ফীভম অসি থিংনবা খুন্নাইনা থবক খরা তৌহৌবা মথৌ তাই। নৎত্রগদি খুন্নাইদা নাতৈ চাদবা, মওং তাদবা থবক থোক্লরুবা মরম ওইরক্কনি।

নেসনেল হায়রে হায়বসি কনাগুম্বা কাঙলুপ নৎত্রগা মীওই খরগী প্রোপর্টি নত্তে। মসিদি লৈবাক্কী প্রোপর্টিনি। মসিবু শেমগৎ-শাগৎপগী থবকসু সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা

তৌই। করিগুম্বা মরম অমগীদমক্তা কাঙলুপ অমা নৎত্রগা মীওই খরনা মরম চাদনা নেসনেল হায়রে থিংজিনবা য়াদে। থিংজিনবা তারবদি আইনগী ওইবা দন্দী ফংনিংঙাই ওই। অদুবু ঙসি ষ্টেট অসিদদি নেসনেল হায়রেশিং অসি মসিগী নাক-য়েৎতা তারিবা ফৃরুপশিংনা মশাগী মপোৎ-মরলগুম্মা করিগুম্বা অপিকপা মরম অমগীসু হেক্তা থিংজিন্নিংবা মতমদা থিংজিনবা কয়া থেংনরি।

ঐখোয়গী অৱাৎ-অপা খরা তানবগীদমক ষ্টেট অসিগী লাইফ লাইন ওইরিবা নেসনেল হায়রে অনীসি হেক্তা থিংজিনগনি হায়রগদি লন্নাই হায়বসিগা খুন্নাই হায়বসিগা কদাইদা খায়দোক্লিবগে? ঐখোয়না ঙাংনরিবা লোন অসি ফাওবা ইমুং-মনুংদা ঙাংনগদবা লোন হায়বা অমগা লৈবাক মীয়াম মমাংদা ঙাংগদবা লোন হায়বা অমগা অনী খায়দোক্নুনা লৈরি। মরম অসিনা ঐখোয়না তৌগদবা থবকশিংদসু লন্নাইগী থবক হায়বা অমগা লৈবাক খুন্নাইগী থবক হায়বা অমগা খায়দোকফম থোকই। ঐখোয় খরগী অৱাৎ-অপা তানবা হায়বসি খুন্নাইগী থবক্লি হায়বা য়াই। হয়েং দাবীদু ফংলবা কান্দা কান্নবা ফংগদবদি খরখক্তনি। লৈবাক খুন্নাই পূন্বগীদি নত্তে। দাবীদু ফংনবা তানবদা বন্দ, ব্লোকেদ তৌবদা মাঙলিবা, অকায়-অতোই থোক্লিবা ময়ামদুদি খুন্নাই পূন্বগী ওইহৌই।

মথক্কী ৱাফমশিংসিগী ওন্ন-তৈনবদা সাহিত্যদা, সিনেমা, লীলা-দ্রামাদা লৈবাক-মীয়াম্মা ফহৌগদবা লৈরবদি থৱায় অসি থাদোক্লবসু করিসু পামুবা লৈতে হায়বা ৱাফম কয়া ঐখোয়না তারি। সাহিত্য, কলা হায়বসি খুন্নাই অদুগী শকয়েং মীংশেলনি হায়নরিবনি। অশেংবা তাইবংগা ঐখোয়না সাহিত্যদা, কলাদা শাগৎলিবা আইদিয়েল ওইবা তাইবংদুগদি খেন্নবা অদুমক লৈগনি। ঐখোয়না ঐখোয় ইশাদা খল্লিবা অশেংবদু লোৎশিন্দনা কূপ্না থিজল্লগদি ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক উরিবা অচুম্বা, ফজবনি হায়বশিংসি নত্তবা শক্তম কয়া অমা চোংথোরকপসু য়ারি।

ঐনা ঐগী ইচাবু মহৈ-মশিং তমহন্দুনা অফবা মী অমা ওইহনবা হায়বসি ঐগী লন্নাইগী ওইবা ইথৌনি। অদুগা লন্নাই ময়াম অমনা মহৈ তমগদবা মহৈ তম্ফম শঙ লিংখৎপদি খুন্নাইগী মথৌনি। ঐনা ঐগী ইচাবু মহৈ তমহনবা নৎত্রগা মহৈ তমহন্দবা হায়বদু ঐগী রাইটনি। ঐনা ঐগী ইচাবু মহৈ তমহন্দে হায়দুনা খুন্নাইনা ঐঙোন্দা দন্দী পীবা য়ারোই অদুবু ঐগী ইচানা ফৎলক্রবা মতমদা মদুগী ফল অদুদি মপা ওইবা ইথন্তা ফংবা য়ারোই, খুন্নাই পূন্বা ৱামিন্নবা তাবনি। লৈকাই অমদা মহৈ মশিং ফজনা তমদবা,

ওক্তবা অঙাং অমা লৈরগদি মহাক্কী ইমুং মনুং অদুখক্তং ৱাউ হায়বা যাদে, খুন্নাই পূম্বা ৱামিন্নে। অঙাং অদু ফত্তবা থবক তৌহন্দবগী দায়ত্ব অদুদি খুন্নাইনা লৌবা তারকই। মাবু ফাজিন্দুনা জেলদা, করেক্সন হোমদা থম্বগী দায়ত্ব পূম্বদি খুন্নাইগীনি। অঙাং অদুবু মহৈ মশিং মতিক চানা তমহন্দুনা অফবা সিটিজন ওইহন্দুনা খুন্নাইগী লন অমা ওইহনবা হায়বা অসিনা লন্নাইগী দায়ত্বনি। মী অমবু খুন্নাইনা ফহনবা ঙম্বা নত্তে, মশা মথন্তা ফজরকপা নত্তনা।

কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী মচাদু নিংথিজনা ৱারক-ৱাতেমদুনা, মহৈ-মশিং তমহন্দুনা অফবা মী অমা ওইরক্তুনা লৈবাক সমাজগী লন অমা ওইরক্লবদি অঙাং অদুবু নিংথিজনা ৱারক-ৱাতেম তৌদুনা, মহৈ-মশিং তমহল্লক্লিবা মমা-মপা, ইমুং-মনুং অদুতা নত্তনা মদুগী মহৈদি লৈবাক, সমাজ পূম্নমক চামিন্নে। অফবা মীশক অদুগী অঙাং ওইরিঙৈগী শেমগৎ-শাগৎপগী থবক অদুদি মমা-মপা, লন্নাইগী থবক ওই খুন্নাইগী ওইদে।

মতাং অসিদা নিংশিংবা যাবা অমনা কেনাদাগুম্বা চাউখৎলবা লৈবাকশিংদদি অঙাং অমবু মমা-মপানা লাইরিক লাইশু তমহন্দ্রবদি মমা-মপাদু গভর্নমেন্টনা ফাদুনা দন্দী পীগনি। মদুদসু যাদ্রগদি অঙাং অদু মমা-মপাগী মখুত্তগী গভর্নমেন্টনা মূন্দুনা পূখিগনি। অদুগা গভর্নমেন্টনা অঙাং অদুবু লাইরিক লাইশু তম্বীবগী দায়ত্ব লৌখিগনি। মসি অঙাংদুনা মহৈ-মশিং হৈহৌদদুনা এন্টি-সোসিয়েল ওইরক্কদবগী কলহৌনবনি। অসুম্না গভর্নমেন্টনা অফবা সমাজ অমা ওইরক্লবগী অচৌবা দায়ত্ব লৌই।

লন্নাইগা খুন্নাইগা লৈনরিবা মরী অসি ফগৎহনবা ঙমদ্রিমখৈদি খুন্নাই অদুদা তংদু লৈতানা শান্তি লৈবা হায়বদুদি ওইররোই। মরী অসি ফগৎনবা হোৎনবদা এজুকেসনগী অচৌবা রোল অমা দরকার ওই। ফত্রবা, ওক্রবা মী অমা মশা মথন্তা জ্ঞান তারক্লি ফাওবদি মঙোন্দা ফনা যাম্না কনবা দন্দী পীদুনসু মাগী ফত্তবা লীচৎ অদু হোংদোকহনবা ঙম্লোই। মী অমবু মশা মতোমতা জ্ঞান তাহনবা তাই। মহাকপূ জ্ঞান তানবা অতৈ অতৈ থবক-থৌরম কয়া তৌরগসু মঙোন্দা অফবা এজুকেসন পীবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা তৌগদবা থবক্লি। অফবা এজুকেসন পীবা হায়বসিনা মী অমনা মশা মতোমতা জ্ঞান তারক্লবগী খ্বাইদগী লায়বা পান্থৈদু ওই। মরম অসিদগীনি চাউখৎলবা লৈবাকশিংদা জেল হায়বা ৱাহৈসিগী মহুৎতা করেক্সন হোম হায়বা ৱাহৈসি শিজিন্নরক্লিবসি। জেল হায়বসিদি এন্টি সোসিয়েল ওইবা মীশক অমা খুন্নাইগী মরক

তিলহন্দনা থম্বনি। অদুগা করেক্সন হোম হায়বা অসিদনা এন্টি সোসিয়েল ওইবা মীশক অমবু তোঙান্না ফাজিন্দুনা থম্বতা নত্তনা মখল মখা কয়াগী এজুকেসন পীদুনা অমুক হন্না অফবা মী অমা ওইরকপা ঙম্নবা লম্বী অমা শেম্নীবনি। ঐখোয় স্বাইদা মরাং কায়না উবা ফংলিবা দ্রগ এদিক্টশিং থম্নবা রিহেব্লিটেসন সেন্টরশিং অসি নোংচুপলোমগী করেক্সন হোমগী মওংদা লিংখৎপনি। জেল হায়বসি হৌজিক্কী মতমসিদদি চৎনদ্রবা, মতমসিগা চান্নরক্রুবা ৱাহে অমা ওইরবনি।

নোংচুপকী লৈবাকশিংদা কন্না থাজনরক্লিবা অমদি লৈবাক অমবু শান্তি লৈহনবদা চাউখৎপা খুন্নাই অমা ওইহনবদা খ্বাইদগী ফবা উপাইসি খুন্নাই অমগী মীয়াম্বু অফবা এজুকেসন পীবসিনি। অফবা এজুকেসন য়াওদনা লৈবাক অমা খুন্নাই অমা চাউখৎপা হায়বসি ওইথোক্তবনি। মরম অসিদগীনি মতম অসিগী চাউখৎলবা লৈবাক কয়ানা এজুকেসন্দা, রিসার্ছ ৱর্ক্তা ঈশিং হৈদোকপদৌনা পৈশা কয়া পাম্মুবা লৈতনা থাদনরিবসি। ১২ শুবা ক্লাস ফাওবা ফ্রি কম্পলসরি এজুকেসনগী ৱাফম কয়া থোরক্লিবসি খুন্নাই অসি তংদু লৈতানা লৈনবনি।

খুন্নাই অমা তংদু লৈতানা লৈবা ঙমদ্রে, এন্টি সোসিয়েল কয়া লৈবক্কে হায়দুনা সিফাই বট্টালিয়ন মশিং হেনগৎহনবখক্লদি ওইবা য়ারোই। পাম্বে অসিদি অতেনবা মতম খবখক্কীনি। কুইরক্লগদি পাম্বে অসিনা খুন্নাই অদুদা ক্রাইম মচা পোক্লবা মরম অমা ওইগনি। মী অমা জয় তৌবদা খুপাক্লা নৎত্রেগা চৈনা কন্থরগা তৌবদুদি কুইনা চৎলোই। মী অদুগী থম্মোয়দুবু জয় তৌবা ঙমলগদি মী অদু মতম পূম্বগী ওইনা জয় তৌরবনি।

মী অমগী থম্মোয়বু জয় তৌবদা মহাকপূ জ্ঞান তাহনবা থাজহনবা চংই। মহাকপূ জ্ঞান তাহনবা, থাজহনবদা অফবা এজুকেসন চংই। মী অমগী পূন্সিদা লন্নাই অমসুং খুন্নাই মাইকৈ অনীদগী অফবা এজুকেসন ফংবা চংই।

ঙসি ঐখোয়গী খুন্নাইসিনা থেংনবিবসি লন্নাইগী ওইবা ৱাফম মচা মচাশিং খুন্নাইগী ৱাফম ওইরকপসিনি। খুন্নাইদা লৈরিবা ঐখোয় খুদিংনা থবক অমা তৌবা মতমদা খুন্নাই অমসুং লন্নাই হাযবা ৱাফমসি ময়েক শেংনা খায়দোক্লুনা তৌনরগদি ঙসিগী থেংনবিবা সমস্যা কয়া অসি খরদা ওইরবসু কোকপা ঙমগনি।

—◆—

## মোরেল অমদি স্পিরিচূএল ভেল্যুগী অহাঙবা লৈরকপা

*The highest possible stage in moral culture is when we recognise that we ought to control our thoughts. – Charles Darwin*

লমদম অসি করম্বা ফীভমদা লৈরিবগে হায়দুনা মপান্দগী নৌনা থুংলবা মী অমনা হংলক্লবদি মদুগী পাউখুম থম্মোয় শেংনা, লোৎশিনবা য়াওদনা পীবা তারবদি তশেংনমক ইকাইনিংঙাইনি। তশেংনমক লমদমসিগী অশেংবা মশক্তু পূথোক্তুনা পাউখুম পীবা তারবদি লমদম অসিদা তৌহৈবা-তৌহৈদবা হায়বদু অমত্তা লৈত্রে। ধর্ম্ম কয়াগী লাইশঙ, মন্দির, মসজিদ, চর্চ কয়া লৈজরগসু ধর্ম্ম চেনবা হায়বদুদি লমদমসিদগী লাপ্পা চেনখ্রবনি। পৈশা খরা ফংনবা হোৎনবদা মরাল করিসু লৈত্রবা পীক্লিবা অঙাং ফাওবা হাৎপদা করিসু নাচুংবা পোক্লদ্রবা লমদম অমনি। করিমুক হায়গনি লমদম অসি মোরেল স্পিরিচূএল ভেল্যু মাঙখ্রবা লমদম অমা ওইরক্লবনি। মশাগী খোইরি নাউফম তাফম ওইরিবা মমা লৈবাক অসিদা লৈনিংলক্তদুনা মরমদম অসি থাদোক্তুনা য়ূম-ইস্কোল লৈদুনা মীরমদা চৎনবা মফি য়োমদুনা লৈরবা লমদমসিগী ইরৈবাক মচাসু কয়া য়াওরবনি।

ঙসিদগী চহী ৩০/৪০ গী মমাঙ ফাওবদি লমদমসিদা স্পিরিচূএল, মোরেল ভেল্যুগী মফম চাওনা লৈরম্মী। কনাগুম্বা অমগা মরী থোক্লদ্রবসু মী অমগী মতেং

পাংবগী, শেম্বী শাবীবগী থবক কয়া তৌনরম্মী। ধর্ম্ম লৈবা মীওই কয়া সমাজসিদা লৈরম্মী। সরকারগী থবক চঙননবা পৈশা-নুংশা করিমত্তা পীজদ্রগসু অঙম্বা ওফিসার, মন্ত্রী অমদা থম্মোয় শেংনা হায়জরগদি থবক অদুম হাপ্পীরম্মী। লৈকাই অমদা লায়রবা লাইরিক লাইশু ফবা, মরম ওকপা অঙাং অমা য়াওরকপদা লৈকাইগী ইনাক-কৈরাক খূনবা ইমুংশিংনা মতেং পাংবীদুনা অচৌবা মী কয়া ওইবা ঙম্লরম্মী। অশোন-অনা, লৈত-লায়রা কয়াবু মতেং পাংবগী চৎনবী লৈরম্মী। লৈকাইগী থবক অমতং থোকপদা লায়র-ইনাক খুনবা থিদনা ময়াম পূম্নমক হুপচিন্দুনা মতেং পাংবগী চৎনবী লৈরম্মী। শম্না হায়রবদা মতমদুদদি মোরেল, স্পিরিচূএল ভেল্যুগী মফম চাওনা লৈরম্মী।

হৌজিক্কী সমাজ অসিদি মোরেল, স্পিরিচূএল ভেল্যুগী মফম পূমহাঙ হাঙখ্রবা সমাজ অমা হায়বদু ওইরে। পৈশা দিমান্দগা মরী লৈননা মীগী ময়ুমদা বোম লংশিনবা, নোংমৈ কাপশিনবা করিসু লৈতনা খন্নরে। মসিদগী হেঞ্জিল্লক্তুনা ময়ূমদগী ফাদুনা পূখ্রগা থাদোকমল ওইনা চাওরবা শেনফম অমসু লৌথোক্লবা মতুং, মশাসু হাৎতোকপীরম্বগী থৌদোক ফাওবা থোকপা থেংনবক্লি। মীওইবা সমাজবু লৌশিংগী মঙাল পীনবা লৈরিবা স্কুলদা শেলগী দিমান্দ তৌশিনবা, বোম লংশিল্লম্বদা করিসু নাচূংবা পোক্লদ্রে। অনা-অয়েক, অৱা-অনা তারবশিংবু লায়েংনবা লৈরিবা হোস্পিটালদা দিমান্দ লেটর থাজিনবা, বোম থমজিল্লম্বদা করিসু লৈনা খন্নদ্রে। চীংনবদগী মী অমা হাৎতোকপদা অশিবনা মাঙজরে। পৈশা য়াম্না পূরগা চখোক-খোত্তোকপদা সিফাই থেংনরবদি মঙ থিবগা চপ মান্নরে। মীওইবা সমাজবু মাং তাকহনলিবা নিশা য়োন্দুনা, কারবার তৌরগা পৈশা পায়খৎলক্তুনা লৈবাক্কী য়াইতোং খমতোংবা ওইরকপদা কনাসু থিনা ঙাংনদ্রে। অহোয়নদুম মাগী তৌবা ঙম্বদুগীদমক থাগৎনরে। লম্বী শেম্বগী থিকা লৌবদা পর্সেন্টেজ মথং-মথং য়েন্নবদা মশানা চৎনরিবা লম্বীদু উফূল ব্রং-ব্রং হৌদুনা চৎনবদা থম্মোয়দা খজিক্তং ফাওবা নুংঙাইতবা পোক্লদ্রে। কবিনা *'ইকাইথীবী নঙগী নমিং নুপী কৌই'* হায়না শিংথারিবা নুপী লমদমসিদদি মী হাৎপগী কেস কয়াদা চেন্নবা য়াওরক্লি। খূবীমুক পাকপা লম মচেৎ অমগীদমক মচিন-মনাও হাৎনবদা তাহৈদবা, উহৈদবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া তারক্লি, উরক্লি। অদুবু মতাং অসিদা খন্নবা য়ারিবসি মতমসিগী অসিগুম্বা মাঙ তাক্লিংঙাই ওইরবা মোরেল-স্পিরিচূএল ভেল্যু মাঙশিল্লকপগী ফীভমশিং অসিনা অসুমক হুমদুনা চৎহনখিগদ্রা? চৎহনখিবদি য়াদে

মরমদি অসিগুম্বা মোরেল-স্পিরিচুএল ভেল্যু মাঙবগী ফীভম অসিনা অদুমক হুমদুনা চৎখ্রগদি লমদমসি মীওইবনা হিংবদা ৱারবা নোরোক হায়বদু ওইরক্লগনি।

মীওইবা সমাজবু খ্বাইদগী লায়না জ্ঞান তাহন্দুনা, অফবা অচুম্বা মাইকৈদা পূরক্লবা পাম্বেসি এজুকেসন্নি (মহৈ-মশিং তম্বা)। এজুকেসনগী মঙাল নিংথিনা ফংখ্রবদি মী অমনা পুন্সি চূপ্পগী ওইনা অফবা মীশক অমা ওইবা ঙম্মী। অরানবা, ফত্তবা থবক অমা তৌবগীদমক মী অমবু ঙাইহাক্কী ওইনা ফূবা-চৈবা তৌদুনা দন্দী পীবগী থবক লৌখৎপসি, অতেনবা ঙাইহাক্কী ওইনদি মতিং লৈ হায়ববু কুইনা চৎনবা য়াবদি নত্তে। মরম অদুনা চাউখৎলবা লৈবাকশিংদদি কেপিটেল পনিশমেন্ট পীবগী মহুৎতা ফত্তবা তৌবা এন্টি সোসিয়েল অমবু জেলদা ফাজিন্দুনা থম্বগী মহুৎতা এজুকেসন পীদুনা থম্লে। ক্রিমিনেল অমনা অফবা এজুকেসন ফংদুনা মশানা জ্ঞান তারক্লগদি মতম চূপ্পগী ওইনা অফবা মীশক অমা ওইবা ঙম্মী।

হৌজিক্কী মতমদা মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু লাইরিক লাইশু থৱায় য়াওহন্দুনা, ট্যুসন নিংথিনা তমহন্দুনা চাদা মরিফুগী মথক্তা ফংবা ছাত্র, ছাত্রী মরাং কায়না লৈরে। মতম অমদা সেকেন্দ দিভিজন্দা পাস তৌবা ছাত্র অমনা ডাক্তর তম্বা ফংনবম্বদু হৌজিক্তি চাদা মবিফূ ফংবা ছাত্র ফাওবা ডাক্তর তম্বা ফংনদ্রে। খ্বাইদগী ফবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ডাক্তর তম্নরে। অদুবু অমরেঃমদা পরিক্ষাদা ফার্ষ্ট, সেকেন্দ তাবা ডাক্তর কয়া লৈরক্লগসু পূকচেল চাওবা, মীনুংশি লৈবা, অহৈবা, ফীদম্নফম ওইবা ডাক্তরগী মশিংদি নোংম-নোংমগী লিকশল্লক্লি। ডাক্তর হায়বা শিনফমসি মীওইবা জাতিবু সেবা তৌনবা, ফীদম্নফম ওইবা শিনফম অমনি হায়না লৌনবদগীদি ডাক্তর ওইরে হায়বগী *'ষ্টেটস সিম্বল'* অদুনা ওইনা লূম্না লৌনরে। মসি করিদগী ওইরক্লিবনো হায়দুনা নৈনবা তারবদি মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু ডাক্তর তম্বদা চংবা সাইন্সকী সবজেক্টশিং - ফিজিক্স, কেমেষ্ট্রি, বাইওলোজিদা মার্ক য়াম্না ফংনবা হোৎনরবসু মোরেল, স্পিরিচুএল ভেল্যুগী শরুক্তি থোইনা লুম্না লৌনরক্তবদগীনি। হৌজিক্কী মতমদা লমদমসিদা ডাক্তরগা অনাবশিংগগী মরক্তা খৎন-চৈনবা, তাবদা নুংঙাইতবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী পাউ তোয়না তারক্লিবসি লৈবাকসিগী এজুকেসন সিষ্টেমদা মোরেল, স্পিরিচুএল ভেল্যুগী মফম চাওনা হাংলকপননি। ডাক্তব ওইরগা সমাজদা মাগী ফংলিবা ষ্টেটস সিম্বল অদুদমক খল্লগা ডাক্তর ওইবা, শিনফম অসি প্রজা মীয়ামগী সেবা তৌবনি খন্দবা ডাক্তরগী মশিং য়ামখৎলক্লগদি ডাক্তরগা অনাবগী কাঙবুশিংগা খৎন-চৈনবগী

থৌদোক-ৱাথোকশিং অসি অদুমক থোক্কুনা লৈখিগনি। ডাক্তরগী শিনফমসিনা খূদম অমা ওইনা লৌখৎলুবগী ৱানি। অতৈ এজুকেসনগী মাইগৈ অয়াম্বদা মোরেল, স্পিরিচূএল ভেল্যুগী মফম লৈরক্তবনা ঙসি ঐখোয়না সমাজসিদা তাহৈ-উহৈদ্রবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া থোরক্লবগী মরুওইবা মরম অমনি।

ঙসিদগী চহী ৪০/৫০ গী মমাঙদা রাম লাল পাল হায় স্কুলদা ওজা আর কে শিতলজিৎনা হেদ মাষ্টর ওইরিঙৈদা রাম লাল পাল হায় স্কুলদা তম্বা ছাত্রশিং চন্দন থিলহন্দুনা ধর্ম্ম-কর্ম্মদা থৱায় য়াওহনবগী মশক অমা উখি। লোয়ননা মোরেল সাইন্স হায়রিবা সবজেক্ট অসি অতৈ স্কুলদা তম্নদ্রবসু স্কুল অসিদদি অহেনবা সবজেক্ট অমা ওইনা তমহনখি। মতমদুদা ৱারেংজরিবনা মদুগুম্বদু য়াম্না ওর্থোদোক্স ওই হায়না খনখি। অদুবু চহী খরগী মতুংদদি খঙলকখি মতমদুদা রাম লাল পাল হায় স্কুলদা তমখিবা ছাত্রশিংদু অফ-অফবা লৈবাক্কী অচৌবা ওইবা মী কয়া য়াওখি। মতমদুদা স্কুলদা চন্দন থিল্লগা কাহনখিবদুনা তুংগী মখোয়গী পুন্সিদা ওর্থোদোক্স ওইবা মীশক অমদি ওইহনখিদে। মমৈথংদদি খঙলকখি মহৈ-মশিং তম্লিঙৈ, ছাত্র *ওইরিঙৈগী পুন্সিদদি খরমখৈদি ধর্ম্মদা* থৱায় য়াওহনবা হায়বসি য়াম্না তঙাইফদবা অমনি। মসিনা ছাত্র অদুগী তুংগী পুন্সিদা চাওনা মতেং পাংবা ঙম্মী। কনাগুম্বা অমনা মহৈ-মশিং ফনা হৈরবসু, পৈশা ফনা পায়রগসু মঙোন্দা মীওইবা জাতিবু নুংশিবগী থম্মোয় অমা য়াউদ্রগদি লম্লক্কী শা-উচেক্না পাঙখক্লি।

ঐখোয়না সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিগী জ্ঞানদা ফনা য়াম্না থাজরগসু মীওইবা জাতিবু ইংনা-তপ্না, চীক্না পাননবগী থবক্তি মোরেল, স্পিরিচূএল ভেল্যু য়াওবা ৱাখল-লৌশিং অমদি থবক-ইনখাংশিংননি। সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিনা খম থেঙনা চাউখৎলবা নোংচুপকী লৈবাকশিংদগী চর্চ হায়বসি লৌথোকখ্রগদি নোংচুপকী লৈবাকশিং শাহীং চাবশিংগী লৈবাকশিং শোয়দনা ওইগনি। হীন্দুশিংদগী মন্দির, লাইশঙশিং, মুসলিমশিংদগী মসজিদশিং, চাইনিজশিং, কোরিয়ানশিং, জপানিজশিংদগী বুদ্ধিষ্টকী লাইশঙশিং লৌথোকখ্রগদি পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈহৈদ্রবা নোরোক হায়বদু শোয়দনা ওইগনি।

ধর্ম্ম অমগী লাইশোন ঈশৈ শকপা নৎত্রগা মন্ত্র অমা থিবসি হৌজিক্কী মতমগী নহারোলশিংনা য়াম্না ওর্থোদোক্স ওই হায়না খল্লগসু লাইশোন ঈশৈ শক্লিঙৈ নৎত্রগা মন্ত্র অমা থিরিঙৈ মতমদা পূক্লিংদা অমোৎপা ৱাখল চঙবা ঙমদে হায়বসিদি

পূম্নমক্না য়ানরবা ৱাফম অমনি। ঐখোয় মীওইবনা হিংলিবা পুন্সিসিগী মনুংদা চৎনগদবা নিয়ম নীতি কয়ামুক শেমদুনা থম্মী। হায়রিবা নিয়ম-নীতি অদু ইনদুনা চৎপনা মীওইবা সমাজনা চাউখৎলবা সমাজ ওইনা পানবা ঙম্লিবনি। মীওইবা অমনা মানা ইনদুনা চৎকদবা নিয়ম-নীতিশিং অদু চৎপা, ঙাকপা ঙম্লক্তবা মতমদা নিয়ম-নীতিশিং অদু ঈশ্বরনা হায়রকপনি নৎত্রগা ধর্ম্ম অদুগী তৌফম থোক্লবা মথৌদাং অমনি খল্লগদি নিয়ম-নীতিশিং অদু শোয়দনা ইননবা হোৎনৈ। অসুম্না জাতি, ফুরুপ অমগী মোরেল, স্পিরিচুএল ভেল্যুদা থাজবা থম্বা হায়বসিনা মীশক অদুনা সমাজ অদুদা কন্ট্রিব্যুসন চাওনা তৌবা ঙমদ্রগসু জাতি নৎত্রগা ফুরুপ অদুগী অফবা মীশক অমদি ওইবা ঙম্মী। ইংনা তপ্না, শান্তি ওইনা লৈবা সমাজ অমা ওইহনবদা চাওনা মতেং পাংবা ঙম্মী।

ঙসি ঙসিমক লমদম অসিদা তাহে-উহৈদ্রবা থৌদোক-ৱাথোক ময়াম অমা থোক্কুনা অনেম্বা থাক অমদা কুমথরক্লিবসি থিংহৌনবা অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈদি লমদমসিদা মোরেল, স্পিরিচুএল ভেল্যুগী এজুকেসন অমা পাক চাওনা শাগৎপা অসিনি। পৈশা ফংনবা হোৎনবদা মী অমা হাৎতোকপদা ইশাদা করিগুম্বা মখলগী নুংঙাইতবা, তৌরুবা ফত্তবা থবক্কুগী নিংঙমদবা অমত্তা পোক্লরক্রুগদি মীওইবা হাযবসিগা শা-ঙাগা করিদা খেন্নরিবগে? মরাল লৈবা এন্টি সোসিযেল কয়াবু ফাদুনা ফনা কনবা দন্দী পীরগসু মীদুনা মশানা জ্ঞান তারগে হায়না খন্দ্রিমখৈদি সমাজদা পোৎলুম ওইদুনা লৈখিগনি। চাম্মদা চাম্মা ফংবা ঙম্বা ওফিসার কয়া লৈরক্লগসু মঙোন্দা মীওইবা সমাজবু নুংশিবা, কখোকপগী ৱাখল অমা য়াওদ্রিমখৈদি লমদম অদুদা চাউখৎপা, শান্তি লৈবা লমদম অমা হায়বদু ওইহনবা ঙমখিরোই। লুচিংবা চাম্ম-চাম্মা থোরক্লগসু লুচিংবশিং অদুগী মশাদা মোরেল, স্পিরিচুএল ভেল্যু য়াওদ্রিমখৈদি লৈবাক অদু শান্তি লৈবা, চাউখৎপা হায়বদু ওইবা ঙমখিরোই। লমদম অসিগী *'দ নিদ ওফ দি আৱর'* দি লৈবাক্কী সমাজগী শোয়ফদ্রবা তৌদবা য়াদ্রবা থবকশিং তৌবগা লোয়ননা মোরেল, স্পিরিচুএল ভেল্যুগী এজুকেসন পাক চাওনা শাগৎপা অসিনি। মসিদা মাই পাক্লগদি ঙসিগী চরাং-খোইরাংনরবা সমাজ অসিদা শরুক খরদা ওইরবসু শান্তি পূরকপা ঙমগনি।



## রিজার্বেসন পোলিসি ভর্সেস ক্বালিটি প্রদক্সন

*A leopard does not change his spots, or change his feeling that spots are rather a credit. –Ivy Compton Burnett*

শোথরবা কাঙলুপনি হায়দুনা মখোয়গীদমক সিট খরা খাক্তুনা, খুদোংচাবা কয়ামরুম পীদুনা চহী ৫০ হেন্না শৌগত্তুনা লাক্লবা সেদ্যুল কাষ্ট (এস সি) অমদি সেদ্যুল ত্রাইব (এস টি) শিংনা জেনরেল কাঙবু নৎত্রগা অন রিজার্ব কাঙবুশিংগা কম্পিটিসন তৌবা ঙমদ্রিবসি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টগী রিজার্বেসন পোলিসিদা অহোবা খরা লৈরব্রা হায়বসি হংদবা যারক্তে। চহী ৫০ গী মতম হায়বসি শাংখ্রবা মতম্নি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতমদা পৃংতোই তোইনা শিংকৃপ শানা থুগায়রুরবা জপানগী হিরোসিমা অমদি নাগাশাখি চহী ৫০গী মতুংদদি নৌনা অমুক শেমগৎলক্তুনা পূমলং লংবা সহরশিং ওইবা ঙম্লকখি। হিরোসিমাদদি চাওখ্রবা এসিয়া মহাদেশকী খ্বাইদগী চাওবা শান্নবগী কুম্মৈ এসিয়ান গেমস ফাওবা পাঙথোকপা ঙমখি। জপানিজশিংনা মালেম পৃথিবীগী মমাংদা মখোয়গী তৌবা ঙম্বা অমদি হোৎন-কনবদু উথোকপা ঙমখি।

হান্না ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী ওইনা লৈরম্লিবা রিজার্বেসনগী সিট মশিং অসি এস টি গীনা চাদা ৭.৫০ অদুগা এস সি গীনা চাদা ১৫ অসিখক্তনি। হৌজিক্লা আদর বেকবার্দ

ক্লাসেস (ও বি সি) কী চাদা ২৭ শরুক অসি কায়থোকখ্রগা রিজার্বেসনগী চাং অসি চাদা ৪৯.৫০ য়ৌখ্রে। মসিগী মথক্তা লম-লমগী ওইবা রিজার্বেসন কয়া হায়বদি মাইনোরিটি কম্যুনিটি, ফিজিকেল্লি চেলেঞ্জ কাণ্ডবুগী কোটা খরসু লৈরি। মরক অসিদা রুমেন রিজার্বেসনগী ৱাফম ফাওবা লাক্লি। চাউখৎলকপা অমদি মীশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না রিজার্বেসনগী মওংসি হন্থখিদ্রা হায়রগা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপগী মওং অমা লৈবাক অসিদা উবা ফংলি। অয়াম্বা মীশিংনা লৈবাক অসিগী মীয়াম পূন্নমক্তা লম্বা তৌনগে হায়বগী থৌনা অমা লাকপগী মহুৎ রিজার্বেসনগী কমফোর্ট জোন অমগী মনুংদা লৈনিংবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। অমরোমদা হায়রগা ঐখোয় শায়াম থেংনবা পামদ্রে। ঐখোয় মান্নবা খরমখৈ কম্পিটিসন তৌবা পাল্লে হায়বনি।

রিজার্বেসন পোলিসি অসিদা কন্না শিংনরক্লিবা অমদি ক্বালিটি প্রদক্সন অসিনি। মালেমগী হৌজিক হৌজিক কন্না চৎনরিবসি মাগী-মাগী অরৈবা শক্তি, ৱাখল-লৌশিং পৃথোক্লদুনা মালেমগী মাংজিল থাবা লৈবাক, জাতি অমমম ওইনবা হোৎনবসিনি। লমজেল অসিদা পংতক-শুতকপা, হৈথোই-শিংথোইদবশিংগী মফম লৈতে। মসিগী মতাংসিদনি ইন্দিয়াগী ওইনা শীংথানরিবা মেনেজমেন্ট ইনষ্টিট্যুট খরদা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী রিজার্বেসন পোলিসি চৎহন্নবা হায়রুবদা মৈ হৌবমখৈ শাওনদুনা লৈবাক ৱাথোক ওইনখ্রিবদুনি। ইন্দিযা গভর্নমেন্টকী ৱাফমদু সমাজ অমদা লৈমিন্নরিবা কাণ্ডলুপ খুদিংমক থোঙ মান্ননা চাউখৎমিন্নবগী ৱাখল্লোন্দুবুদি ফজবা অমা ওইরগসু কারবারগী মতাংদদি চৎনবা য়াদবা ৱাফম অমা ওইরি। কারবার হায়বসিদদি খ্বাইদগী হৈবা, খ্বাইদগী পোৎ যোনবা ঙম্বদুবুনি ময়াম্না তান্নবিবসি। মসিদদি মকুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈগী ৱা করিসু লৈতে। ঐখোয়গী লমদা অফবা অহৈবা মী লৈত্রবদি অফবা, অহৈবা মী মীগী লমদগী শেল পীদুনা নেক্তুনা শিজিন্নরি। মেনেজমেন্ট ইনষ্টিট্যুট অমগী মরুওইবা পান্দমদি ময়াদা মৈ ব্রং-ব্রং হৌরবা মেনেজমেন্ট গ্রেজুয়েট কয়া শেন্নগা কম্পনি কয়াদা, ব্যুজিনেস ইষ্টাব্লিশমেন্ট কয়াদা থাজিনখিবসিনি। মখোয়গী মহৈ তম্বীবগী মওংসিসু কারবার মখল অমনি। মীনা পামগদবা অফবা মহৈরোয় পৃথোকপনি।

ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকীসু অৱাংবা থাক্বী মহৈ তম্ফম, রিসার্চ ইনষ্টিট্যুট খরদদি রিজার্বেসনগী পোলিসি অসি চৎনদবা মফম খরসু লৈরি। অখন্নবা ইনষ্টিট্যুট অমদি রিসার্চ সেন্টর খরদদি মদুদা চঙনবগী এন্ট্রান্স টেষ্ট য়াওনবগীদমক মাষ্টরগী লেভেলদা

চাম্মদা ৮০ গী চাংদা মার্ক ফংদবা য়াদ্রি। ইন্দিয়ান ইনষ্টিট্যুট ওফ টেক্নোলোজি (আই আই টি) গী ছাত্রশিং অমেরিকা অমসুং য়ূরোপকী লৈবাকশিংদা পাম্নরিবসি ইনষ্টিট্যুট অসিদগী থোরকপা ছাত্রশিং অদু ফৈ, ক্বালিটি লৈ খনবদগীনি। মীওই খরনদি আই আই টি হায়বসি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মশাগীদমক শিজিন্নবা লিংবদগীদি অমেরিকাগীদমক লিংবীবনা হেল্লে হায়বসু য়াওরিবনি। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু আই আই টি গী ছাত্রশিংনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা থবক ফংখিবসি ইন্দিয়াগী ওইনসু চাউথোকচনফম্লি। মসি আই আই টি শিংদা লৈরিবা ক্বালিটি এজুকেসন অদুননি। আই আই টি গী ক্বালিটি এজুকেসন অসিনা লৈবাকসিগী হৈথোই-শিংথোইরবা নহারোলশিং মপান লৈবাকশিংদা থবক ফংবগী খুদোংচাবা লৈহল্লি। ঐখোয়গী লম-লমদা লৈনরিবা এঞ্জিনিয়ারিং কলেজগী গ্রেজুয়েটশিংদি য়ু এস, য়ূরোপ্তগা চংলুবা য়াবা নত্তে।

হৌজিক্তি গ্লোবেলাইজেসনগী মতম্লি। *'কমফোর্ট জোন্দা'* লৈরগা ঐখোয় খরখক লম্বা তৌনগদবা মতম নত্তে। মালেম পৃথিবী পূম্বসি ঐখোয়গী লম্বানি হায়না খনগদবা মতম্লি। মমা-মপানা চেকশিন্না করিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা কোইশেন শেন্নদুনা য়োকপা, ইনাক খুনবা ইমুংগী অঙাংনা তোয়না না-যেক্কনবগুম রিজার্বেসনগী কমফোর্ট জোন্দা কুইনা লৈবনা ঐখোয় ইমান্নবশিংগা লম্বা তৌনবগী মপাঙ্গল, মতিংদু মাঙহল্লি। ঐখোয় মালেম পৃথিবী পূম্বগা লম্বা তৌবা ঙম্বা অকনবা মী অমমম ওইবা ঙমদ্রিমখৈ ঐখোয় মাংজিল থাবা অকনবা ফূরুপ অমা ওইবা ঙমখিরোই।

রিজার্বেসনগী কমফোর্ট জোন্দা লৈবা কাঙলুপশিংনা মখোযগী পীরিবা রিজার্বেসনগী খুদোংচাবদু মখোয়না শোথদুনা মখোয়বু শৌগৎপীবিবনি হায়বা ৱাখল্লোনসি খল্লক্তদুনা মখোয়গী পোকপদগী য়াওরক্লবা রাইট অমগুম খল্লকপগী মওং অমা ওইনা উরক্লিবসি তশেংনা লাইবক থীবনি। শোথরিবনি হায়বসি কাওথোকখিদুনা খুদোংচাবা ফংবা কাঙলুপ অমা ওইনা খল্লক্লিবসি রিজর্বেসন পোলিসিগী অচৌবা অহোবা অমনি হায়দবা য়ারোই। রিজার্বেসনগী খুদোংচাবা অমুক ফংদুনা থাক অমদা কাখৎপা ঙমখ্রবা কাঙবুগা খুদোংচাবা শুকফং ফংদ্রিবা কাঙবুশিংগা লম্বা তৌনবা হায়বসি মরম চাদবা অমনি। অমবোমদা রিজার্বেসনগী খুদোংচাবা ফংখ্রবা কাঙবুশিংনসু হন্না-হন্না ফংদুনা লৈনিংই। খুদোংচাবা অমুক ফংদুনা থাক অমদা কাখৎপা ঙমখ্রবশিংনসু রিজার্বেসনগী কমফোর্ট জোন্দগী থোরক্তুনা জেনরেল নৎত্রগা অনরিজার্ব কাঙবুশিংগা লম্বা তৌনিংবগী ৱাখল্লোনসু পোক্তে। মাইকৈ অশোমদা য়েংলগদি ও বি

সি গী ইকোনোমিক ক্রাইটেরিয়া অসিনা রিজার্বেসন পোলিসিগী মতাংদদি মরম চাবা হেল্লি।

ডাক্তর হায়বা শিনফম অসি মীওইবগী পূন্সিবু কনবা অমদি হিংবা শিবগা মরী লৈনবা অরুবা শিনফম অমনি। মরম অদুনা কনাগুম্বা অমনা নারক য়েক্লকপা মতমদা অফবা ডাক্তর, হোস্পিটালদা চেনশিন্দুনা লায়েংনরি। ফগনিবু হায়রবদি অথাপ্পা মীরমদা পৈশা অমসুং মতম চঙনা লায়েংবা চৎনরি। মরম অদুনা ডাক্তর হায়বা প্রোফেসনসি খ্বাইদগী ফবা, খ্বাইদগী মতিক চাবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা তমগদবনি। মদুদতা অফবা ডাক্তর কয়া থোবকপা ঙমগদৌরিবনি। অদুবু ডাক্তর তম্নবগী মিং চনবগী পরিক্ষাদা রিজার্বেসনগী কোটা থমজিনবা অসিনা ক্বালিটি লৈতবা ডাক্তর কয়া থোরক্লবগী মরম অমা ওই। রিজার্বেসনগী কোটাদা মিং চনদুনা ডাক্তর অমা ওইখিবদি য়াই। অদুবু মঙোন্দগী সমাজ অদুনা ফংগদবা কান্নবা কয়া অদুদি ফংলরোই। ফীভম অসিনা লৈবাক্কী রিসোর্ছ মাঙহন্নবা মরম অমা ওই। রিজার্বেসনগী কোটাদা তম্লকপা ডাক্তর খুদিংমক ফত্তে হায়বদি নত্তে। অদুবু জেনরেল নৎত্রগা অন-রিজার্ব কাঙবুগা য়েংনবদা ক্বালিটি লৈবা অফবা ডাক্তর থোরকপগী চাংসি য়াম্না নেম্না লৈ।

মতম খরগী মমাংদা লমদমসিগী শান্নরোইশিংনা নেসনেল লেভেলগী কম্পিটিসনশিংদা মনা অমা লৌরকপা ঙম্বসি ওম্ছোক্লা ব্রাংনা লৌনরম্মী। ঙসিদি এসিয়ান অমদি ৱার্ল্ডগী চেম্পিয়ন ওইবা ঙমদ্রবদি নেসনেল লেভেলদা মনা লৌরকপসিদি থোইনবু লূম্না লৌনদ্রে। মসি ঐখোয়গী শান্নরোইশিংনা মখোয়গী ইফিসিয়েন্সি হেনগৎলকপনানি। মসিগুম্না কলেজ অমসুং য়ুনিভর্সিটিশিংদা ওজা ওইনবগীদমক নেসনেল ইলিজিবিলিটি টেষ্ট (নেট) পরিক্ষা লাছোক্তবা য়াদবগী সিষ্টেম অসি হৌদোরকপা মতমদা লমদম অসিগী এজুকেসনগী সার্কলদা লমদম অসিগী নহারোল অমত্তা কলেজগী, য়ুনিভর্সিটিগী ওজা ওইবা ফংলরোই, মপান্দগী লাকপা মীশিংনা লোয়না ওজা ওইখ্রগনি হায়না পাখৎনবা ফাওনখি। অদুবু ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী পোলিসিনিনা ঐখোয় খক্তা লৈহৌবদি য়াদবনিনা তপ্না-তপ্না, অসুম-অসুম হোৎনরকপনা ঙসিদি ঐখোয়গী নহারোল কয়া নেট পরিক্ষা লাছোকপা ঙম্বা, অফবা কয়া লৈরে। ষ্টেট অসিদগী হেন্দোক্তুনা য়ূন্নোন্নবা ষ্টেটশিংদা অমদি অতোপ্পা মফম কয়াদা ঐখোয়গী নহারোল কয়া থবক তৌনবা য়াওখ্রে। মসি ঐখোয়গী নহারোলশিংনা

হোৎনবা অমদি ইফিসিয়েন্সি হেনগৎলকপদগীনি। ঐখোয়গী নহারোলশিংগী ইফিসিয়েন্সি হেনগৎলক্তনদি ঐখোয়গী নহারোলশিং মপান লৈবাক্তা কনানসু থবক তৌহন্নিংলোই।

ঐখোয়না হৌজিক খন্নবা য়ারিবসি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী পোলিসি অসিনি চহী ৫০ হেন্না ঙাক্লৌ পীদুনা লাক্লগসু ঐখোয়গী রিজার্বেসনগী কেটাগোরি মনুংদা লৈরিবা কাঙবুশিংনা রিজার্বেসনগী কমফোর্ট জোন্দু থাদোক্তুনা জেনরেল কাঙবুশিংগী লম্বা তৌবা ঙমদ্রিবসি গভর্নমেন্টকী পোলিসি অসিদা করি অশোয়বা, অহোবা লৈবননো খন্নদবা য়ারক্রে। রিজার্বেসন পোলিসি অসিদা য়াওরিবা নুংগী ওইবা ফজরবা ৱাখল্লোনশিংদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবগী মহুৎ রাজনীতিগী ওইবা খুদোংচাবা ফংনবা খুৎলাই ওইদুনা তোক্লব্রা হায়দুনা হংদবা য়াবক্রে। ও বি সি গী পোলিসিসি চৎনরমদাইদা মন্দল কম্মিসনগী ৱাথোক্তা নহারোল মহৈরোয় কয়া মশা মতোমতা মৈ থাদোক্তুনা শিজখিবগী থৌদোকশিংদুনা পোলিসি অসি লৈবাক্কী অফবা পোলিসি অমা ওইবদৈদি রাজনীতিগী ওইবা মীৎয়েংনা হেল্লি হায়না ঙাংনবসু লৈখ্রবনি। ঐখোয়গী ৱাখল মীৎয়েংসি বৃটিশ মচাশিংনা জগা স্বাইসি প্রোটেক্সন জোননি, জগা স্বাইসিদনা প্রোহিবিটেদ জোননি হায়দুনা খায়দোক্তুনা থম্বীরম্বা কয়াদুদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রি। ঙসি ঐখোয়না থেংনরিবা অয়াম্বসি বৃটিশনা পাল্লিঙৈদা শেল্লম্বনা অয়াম্বনি।

ৱারেংজরিবনা থবক তৌজরিবা ইনষ্টিট্যুসন্দুদা থৌদোক অমখক থেংনখি। ইনষ্টিট্যুসন্দুদা নৌনা চংলকপা ওজা নূপী অমনা রিসার্চ তৌনবা ছাত্র পবিক্ষা তৌদুনা লৌবা মতমদুদা মঙোন্দা রিজার্বেসন্দগী চঙলকপা ছাত্র থুংলক্কদ্রা হায়দুনা য়াম্না পাখৎচখি। হায়না-হায়না মানা পাখৎচরিবা অদুগা মপা চান্ননা রিজার্বেসন্দগী চঙলকপা এস টি গী ছাত্রী অনীখক মাগী মখাদা রিসার্চ তৌনবা রেজিষ্টর তৌখি। ওজা নূপীদুদি থবক চঙলকপা কুইদ্রিবনিনা মাগী তুংগী কেরিয়রগীদমক থুনা পি ঐচ দি ফংবা ঙন্বা রিসার্চ স্কোলার খরা পৃথোকপগী তঙাইফদবা লৈরি। মিং চনবগী পরিক্ষাদুদা জেনরেল নৎত্রগা অনরিজার্বকী মার্ক য়াম্না ফংবা ফর-ফরবা ছাত্র ময়াম অমা খলহৌদ্রগা মার্ক নেম্না ফংবা রিজার্বেসন্দগী খল্লকপা ছাত্রী অনীদু মাগী রিসার্চ স্কোলার ওইবা তাখি। রিসার্চ স্কোলার অনীদু রিসার্চ তৌবা খরা হৌগৎলগা অমনা কলেজগী ওজা ফংলে হায়দুনা দিপার্টমেন্টতা চাং নাইনা লাকখিদে। অতোপ্পা রিসার্চ স্কোলারদুনা ময়ূম পাল্লে হায়দুনা মাসু দিপার্টমেন্টতা চাং নাইনা লাকখিদে। মাগী কেরিয়রগীদমক মাগী মখাদা

রিসার্ছ তৌবা স্কোলারশিংবু হৈজবা, খঙজবা পূন্না তাক্লিংবনা খ্রো-খ্রো খোৎলবা ওজা নূপীদু তৌফম খঙদনা মৈথক্তা ঙৌবগুম ওহ্বোক্লা চাক্লা খাঙখি।

মতম মতমদা পানখিবা গভর্নমেন্টশিংনা মাইনোরিটি কাঙবুশিংসি মখোয়-মখোয়গী ভোট বেঙ্ক ওইদুনা লাকখি। পানখিবা গভর্নমেন্টশিংনা রিজার্বেসন কাঙবুশিংবু জেনরেল কাঙবুশিংগা থোঙ মান্ননা চাউখৎনবা, থম্মোয় শেংনা হোৎনবগী মহুৎ মখোয়গী রাজনীতিগী খুদোংচাবা লৌবনা হেনখি। রিজার্বেসন কেটাগোবি কাঙবুগী মীওই খরখক্লা থবক ইনখাং চাওনা ফংদুনা নুংঙাই য়াইফনা লৈখ্রগসু অয়াম্বা মীয়ামদি মচি ইরেঙ লেংদনা অদুমক লৈহৌখি। মতম খরা লৈরগদি হান্না খুদোংচাবা ফংখ্রবা কাঙবুশিংগী মচা-মশুশিংগা খুদোংচাবা অসি তশেংনা দরকার ওইরিবা কাঙবুশিংগী মচা-মশুশিংগা লম্বা তৌবা য়ারক্তে। মরম অদুনা রিজার্বেসন পোলিসি অসি মতম পূন্নদা দরকার ওইদুনা লৈ।

বিজার্বেসনগী চাংসি হান্না এস টি গী চাদা ৭.৫০ অমদি এস সিনা চাদা ১৫ পূন্না চাদা ২২.৫০ চাংদা লৈরম্নদগী ও বি সি গী চাদা ২৭ অমগা য়াওশিল্লক্তুনা রিজার্বেসনগী চাংসি চাদা ৪৯.৫০ য়ৌরকখিবসি অফবা মওং অমদি নত্তে। জাৎ, ফুরুপ অয়াম্বা বিজার্বেসনগী কমফোর্ট জোন্দা লৈনবা হোৎনবদা জাৎ অমগা-অমগা, ফুরুপ অমগা-অমগা নুর্শিনদবা হেনগৎলক্লি। লৈবাক অসি কাঙলুপ-কাঙলুপকী মশক্তা তোঙান-তোঙান্না খায়দোরকপগুম বিজার্বেসন কোটা ফংবা, ফংদবা হায়বসিগী মওংদা লৈবাক অসি অমুক্তা হেন্না মচেৎ তানা খাযদোবকপগী অকিবদু লৈরিবনি। ঐখোয পুন্নমক চপ মান্ননা চাউখৎলে হায়দুনা নুংঙাইগদবসি কনানা কনাদগী হেনবা, ব্রাৎপা লৈত্রবা, চপ মান্নরবা বিজার্বেসন পোলিসিসি দবকার লৈত্রবা মতমদনি।

ব্রারেংজবিবনা থবক তৌজবির্বসি স্টেটসিগী অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্নবা অচৌবা ইনষ্টিট্যুসন অমখক্তনি। মসিদা থেংনখিবা নুঙাইখ্রবা থৌদোক অমা লৈ। ইনষ্টিট্যুসন অসিদা মহৈরোয়, ছাত্রশিং মিং চনবগী রিজার্বেসনগী কোটাসি ষ্টেট গভর্নমেন্টকী পোলিসি ওইনা এস টি গীনা চাদা ৩৩ অদুগা এস সি গীনা চাদা ২নি। মতমগী মতুং ইন্না ইনষ্টিট্যুসন অসি সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী ওইবে। সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী ইনষ্টিট্যুসন ওইরবা মতুং চহী ১/২ দি ষ্টেট গভর্নমেন্টকী রিজার্বেসন কোটা অসি চৎনরম্মী। এস টি গী ছাত্রশিংনা মখোয়গী সিট হেনগৎহনবীযু হায়দুনা ঈবাং তৌরুবদগী ফৈরেংননা চৎখিদুনা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী কোটা সিষ্টেম অসিদা চৎনবা তাখি। হান্না এস টি গী

চাদা ৩৩ ওইরম্বদুনা চাদা ৭.৫০ দা হন্থখি অদুগা চাদা ২ ওইরম্বা এস সিনা চাদা ১৫ দা হেনগৎখি। মথংগী মিং চনবদা এস টি ছাত্র মশিংসি কা-হেন্না হন্থখিদুনা ইরাং লাক্কদ্রা হায়দুনা চীংনবা ফাওখি। অদুবু নুঙাইরিবদি থাজদনা ঐখোয়না খল্লিবদুগী ওন্ন-তৈনবদা এস টি গী ছাত্রশিং মশিং হেনগৎলকখি। হান্না মেরিট লিষ্টতা ইচন চনবা ঙল্লমদবা এস টি ছাত্রশিং মেরিট লিষ্টতা চল্লক্তুনা জেনরেলগী সিট কয়া মূনখি।

ফীভম অসি কমদৌনা ওইরক্লিবনো হায়না থিজিল্লুবদা ভাব তারকখি, মদুদি এস টি গী ছাত্রশিংদুনা মখোয়গী রিজার্বেসনগী সিটতু চাদা ৭.৫ খক্তং ঙাইরে হায়বদুদা মীপাইদুনা কন্না হোৎনবদগী ওইরম্মী। হান্নদি মরায়না ফংজনি হায়দুনা ইচম চম্না পরিক্ষা থারম্বনি। সিট মশিং হন্থরক্লে হায়বদগী ইচম চম্না পরিক্ষা থাবদু য়ারক্তদুনা কোচিংনচিংবা য়াওদুনা পরিক্ষা থাখিবদুগী লাকপা ফল ওইবম্মী। ফীভম অসিদগী খঙখি, মদুদি মীওইবা হায়বসি হোৎপূ হোৎনববদি ঙমদবা লৈতে। মী অমনা মশা মতোমতা ফগৎলগে হায়দুনা হোৎনদনদি ফনা ফবা পোলিসি, প্রোগ্রাম কয়ানা মীদুবু ফগৎহনবা ঙল্লোই। মৈতৈ ইপা-ইপূগী ৱাহৈদা *'ইনাক খুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা ঙমদে'* হায়নরিবদুনি। ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী রিজার্বেসন পোলিসি অসিনা রিজার্বেসনগী কেটাগোরি মনুংদা লৈবিবা কাঙবুশিংনা কৈদৌবগী মশা মতোমতা লেপ্পা ঙম্নবা হোৎনহনবগী পাঙ্গল ফুদোবকপা ঙমহন্দনা অদুমক চাউদম থীলহনবগী ফীভমদা লৈহল্লব্রা হায়বা ৱাহংসি হংদবা য়ারক্তে।



# সেটিলাইট চেনেলশিং অমসুং ঐখোয়গী মোরেলিটি

*It is always easier to fight for one's principles than to live up to them. –Alfred Adler*

মীওইবনা চাউখৎলকপগী মতুংইন্না থবক চিনবগী চাংসু অসুম-অসুম হেনগৎলকই। থবক চিনবগী চাং অসি হেনগৎলকপদগী ইমুং-মনুং চাকখুম পূন্না চামিন্নবগী (জোইন্ট ফেমিলি) মওংসি কায়থরক্লুনা মাগী মাগী নাইতোম তোঙান-তোঙান চানবগী মওং (নিউক্লিয়র ফেমিলি) অসিদা চঙশিল্লকই। জোইন্ট ফেমিলিগী মশক অসি কায়থরকপগী মথক্তা ঐখোয় মীয়ামগী ওইবা পূন্সি মরেল (কম্ম্যুনিটি লাইফ) ফাওবা ঐখোয়দগী কায়থবকই। জোইন্ট ফেমিলি ওইনা চামিন্নবগী কান্নবা, খুদোংচাবা কয়া লৈ। চাকখূম পূন্না চামিন্নবা, জোইন্ট ফেমিলিগী মওং অসিনা ঐখোয়গী অঙাং, নহারোল, মচা-মশু ওইবশিংনা পূন্সিগী অমদি মীওইবগী লমচৎ-শাজৎকী অকুপ্পা নীতি-নিয়ম কয়া মপা-মমা, মখুরা-মন্দোন, অহল-লমনশিংদগী তমহৌনবগী খুদোংচাবা কয়া ফংই। অমরোমদা অমুক কম্ম্যুনিটি লাইফনা লমদমসিগী নহারোলশিংবু লমচৎ-শাজৎ, থকশি-খাসি, লমচৎ-ব্যবহারগী কয়া তন্বীবতা নত্তনা মী অমনা মহাক্কী ফুরুপ নৎত্রগা কাঙলুপ অদুগী করি-করি দায়ত্ব লৌগদগে, খুন্নাইগী ওইবা করম-করম্বা থবক থৌরমশিংদা শরুক

য়াগদগে হায়বনচিংবদু খঙহল্লি। অদুবু সহরগী পূন্সি খূৎহিংদা কম্যুনিটি লাইফকী মশক্তু কায়থরক্লগসু সহরগী খরা থাপথোকখ্রবা খুঙ্গংগী লমশিং অমদি চীংগী খুলশিংদদি কম্যুনিটি লাইফকী মশক অসি হৌজিকসু নিংথিনা উবা ফংলি। অসিগুম্বা মফমশিং অসিদা ফূরুপ নৎত্রগা কাঙলুপতুগী মশক অমা শাগৎপদা কম্যুনিটি লাইফতুনা মরুওইবা রোল লৌই। হৌজিক্কী মতমদা জোইন্ট ফেমিলিসি ফৈ হায়দুনসু মতম অসিগদি চান্নরক্লে। ইমুং অমগী মীপূম খুদিংমক শক্কা-শক্কা উন্নদুনা পূন্না চামিন্নবা, ৱারী-ৱাতাই শান্নবদি লায়রদনা নুপা-নুপী, মতৈ-মনাও ফাওবা তোঙান-তোঙানবা ওফিসকী মতমশিংদা থবক তৌনবগী ফীভম লাকপদগী মতম শাংনা উন্নদুনা চামিন-থকমিন্নবা, ৱারী-ৱাতাই শান্নবগী তাঞ্জা ফাওবা মরাং কায়না ফংনরক্লে।

থবক চিনবা হেনগৎলকপা হায়বসিগী অতোপ্পা মশক অমদি ঐখোয়গী মীয়ামগী ওইবা পূন্সি (কম্যুনিটি লাইফ) হায়বসি সোসিয়েল ফঙ্কসনগী থবক থৌরম খরখক নত্তনা ইরৈ লৈশিল্লক্লে হায়বনি। থবক শুফম, ওফিসনচিংবদা উনবা নৎত্রগা নোংমা ফাদোক পার্টি তৌদুনা চামিন-থকমিন্নবগী থৌরমশিং নত্তনা কম্যুনিটি লাইফ হায়বসি ইরৈ লৈশিল্লক্লে। নিউক্লিয়র ফেমিলি হায়বসিনা মতমসিগী খ্বাইদগী মপূং ওইবা শক্তম অমা ওইরক্লি।

নোংমা-নোংমগী থবক চিনবা হেনগৎলক্লিবসিগী মরক অসিদা মীওইবগা খ্বাইদগী নক্লা লোয়নরিবসি কেবল টি ভি গী সেটিলাইট চেনেলশিং অসিনি। থবক চিনবগী ঙাইহাক্তং শংবদা টেলিভিজন য়েংদুনা ঈ-পাউ লৌবা, ফিল্ম, সেরিয়েল য়েংদুনা পোত্থাবা, কান্নবা প্রোগ্রাম কয়া য়েংদুনা ৱাখল-লৌশিং চাউখৎনবা হোৎনবা হায়বসিনা হৌজিক মতমগী অয়াম্বা মীশিংনা তৌনবা থবক অমা ওইরি। টি ভি দা উরিবা কয়া অসিনা ঐখোয়গী ৱাখল-লৌশিং অমদি পূন্সিগী মশক অমা শাগৎনবা মরুওইবা লম্বী অমা ওইরকই। উৎলিবা প্রোগ্রাম কয়াসিনা ঐখোয়গা খ্বাইদগী নক্লা লোয়নবা মরুপ-মপাংশিং ওইরকই। জোইন্ট ফেমিলি অমদি কম্যুনিটি লাইফ কায়থরক্লবনিনা মদুগী অহাংবদু মেনশিন্নবা টি ভিগী সেটিলাইট চেনেলশিং অসিনা চঙশিল্লকই। অহল-লমন, মমা-মপা ওইবশিংদি লায়রদনা মখোয়গী মচা-মশুশিং ফাওবা কার্টুন চেনেলশিং য়েংহন্দুনা চখোকহন্দনা ইমুংদা লৈহন্নবা হোৎনরকই। মরমদি অঙাংশিংনা মপানগী শকখঙদবা অঙাংশিংগা লোন্দিন্নহনবা হায়বসিনা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা, ফত্তবা শঙ্গ তিন্নরক্লবা অরায়বা মরম অমা ওইহল্লি।

## সেটিলাইট চেনেলশিং অমসুং ঐখোয়গী মোরেলিটি

হৌজিক মতমগী কম্যুনিটি লাইফ লৈশিল্লক্রবা নিউক্লিয়র ফেমিলিনা মপূং ওইশিল্লক্কবা মতমসিগী মীশিংগী ইমুং-মনুং, দ্রোয়িং রুম, বেদ রুমগা লোয়নদুনা চৎলিবা টি ভিগী চেনেলশিং অসি করম-করম্বা চেনেলশিংবুনা ভাবোকশিংনা পাম্মা য়েংনৈ। অদুগা য়েংলিবা প্রোগ্রামশিং অদুদা করি-করি মচল য়াওই, মদুনা ঐখোয়গী মোরেলিটিদা কয়াম অকায়বা পী, পীদে হায়বসি নৈনদবা য়াদবা ৱাফমশিং ওইরক্লে। মরমদি ঐখোয়গী দ্রোয়িং রুমদা, বেদ রুমদা নুংত্তিগী থেংনদুনা, উন্নদুনা লৈরবা চেনেলশিং অসিগী মমি ঐখোয়গী ৱাখলদা, থম্মোয়দা খজিক্তা ওইরবসু তাবা তাবনি। কনাগুম্বা খরদদি টি ভিগী চেনেলশিংদা উৎলিবা কয়াদু অশেংবা, অচূম্বা ওইনা খনখিদুনা ফৈনা চৎখিবা কয়াসু য়াওরিবনি। হোয় তৌবগীদি নিউজ চেনেলশিং, এজুকেশ্নেল চেনেলশিংদা উৎলিবশিংদুদি অচুম্বা, অশেংবা কয়া য়াওরি। অদুগা অমরোমদা অকিবা, নাতৈ চাদবা থৌদোকশিংগী অশেংবা ভি দি ও ক্লিপিং কয়াদুনা য়েংলিবা মীশিংদা অকিবা পোকহনবা, থম্মোয় শোক্তহন্নবগী মচাক অমসু ওই।

সেটিলাইট চেনেলশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা, কান্ন-কান্নরবা ৱাইল্ড লাইফতা বেজ তৌবা এজুকেশ্নেল চেনেলশিং, অঙাংশিংগী কার্টুন চেনেলশিং, ঈশৈ-নোংমাইদা যুম্ফম ওইবা ম্যুজিক চেনেলশিং, ঈ-পাউদা যুম্ফম ওইবা নুউজ চেনেলশিং, অশেংবা থৌদোক-ৱাথোক্তা যুম্ফম ওইবা রিয়েলিটি চেনেলশিং, শান্ন-খোৎনবদা বেজ তৌবা স্পোর্টস চেনেলশিং অমদি ফিল্ম অমসুং অশাংবা সেরিয়েলশিং শন্দোকপা এন্টরটেন্টমেন্ট চেনেল কয়া য়াওরি। কান্নরবা এজুকেশ্নেল চেনেলশিং অসি থৱায় য়াওবা মীওইশিং খরনা য়েংনরগসু মীয়াম্না পাক-শন্না, থৱায় য়াওনা য়েংনরিবা চেনেলশিংসি ফিল্ম অমসুং অশাংবা সোফ ওপেরা সেরিয়েলশিং উৎপা এন্টরটেন্টমেন্টগী চেনেলশিং অসিনি।

ফিল্ম অমসুং অশাংবা সোফ ওপেরা সেরিয়েলশিংদা উৎলিবা কয়াসি করম-করম্বা মচল য়াওই হায়বসি নৈনদবা য়াদবা ৱাফম অমা ওইবে। মরমদি ফিল্ম অমদি সোফ ওপেরাশিং অসি মীয়াম্না পাক শন্না য়েংনবনিনা মসিগী মমি খজিক্তং ওইরবসু ভাবোকশিংদা শোয়দনা তাগনি। ইনাক খুনবা খরনা মবন্নাই ওইনা পৈশা থিজবা দিশ টি ভি, টাটা স্কায়, বিক টি ভি লৈদুনা য়েংনরগসু লমদমসিগী অয়াম্বা মীশিংনা য়েংনরিবা সেটিলাইট চেনেলশিংদি আই এস টি ভিনা শন্দোক্লিবা মপানগী ইংলিস লোনগী চেনেলশিং অসিনি। আই এস টি ভি দদি হীন্দিগী নিউজ চেনেল খরা নত্তনা

হীন্দিগী ফিল্ম অমদি অশাংবা সোফ ওপেরা সেরিয়েলশিং শন্দোকপা চেনেলশিংদি শন্দোক্তে।

সেটিলাইট চেনেলশিংদা উৎলিবা অয়াম্বা ফিল্মশিংসি ভাবোকশিং ঙাইহাক্তুং পোথানবা এক্সন অমসুং ভাইওলেন্স য়াম্না য়াওবা ফিল্মশিংনি। সেক্সকী শরুক য়াম্না য়াওবা ফিল্মশিংদি মীয়াম্না কমপ্লেন তৌনরকপদগী ইউৎ উৎখিদ্রে। অৱাংবা আর্ট অমদি এস্থেটিক্স ভেল্যু য়াম্না য়াওবা ফিল্মশিংসিদি মবক মরক্তা খরা উৎপা নত্তনা ইউৎ উৎত্রে হায়বা য়ারে। সেরিয়েল কিল্লরগী ভাইওলেন্স য়াম্না য়াওবা ফিল্মশিংসু ভাবোকশিংনা য়াম্না পাম্নে। হৌজিক্কী মতমদা ভাইওলেন্স অমসুং সেক্সকা মরী লৈনবা ক্রাইমশিং মশিং হেনগৎলক্লিবসি ঐখোয়না সেটিলাইট চেনেলদা উরিবা ক্রাইম থ্রিলর ফিল্মশিংগা হকথেংননা মরী লৈনদ্রবা ফাওবদা নাকোইননদি মরী লৈনৈ। মরমদি ক্রাইম থ্রিলরশিং অসিনা ক্রিমিনেল মাইন লৈবা মীওইশিংদা চাওনা ইথিল পী। ক্রিমিনেল অমা ফারগা ৱাহং পাউহং তৌবদা হোল্লিৱুদকী ব্লোক বষ্টর ওইখ্রবা *How to steal a million* হায়বা ফিল্ম অদু হন্না-হন্না য়েংখিবগী ৱাফম ফাওবা থেংনরি। ফিল্মদুনা ক্রিমিনেলদুদা চাওনা ইথিল পীখি হায়দুনা ফোঙদোকখি।

অমরোমদা সেটিলাইট চেনেলশিংদা শন্দোক্লিবা প্রাইম টাইমগী অশাংবা সোফ ওপেবাশিং অসি নুপা-নুপী, নুংশি-নুংওনগী মরী য়াম্না য়াওবা মশালা হেঞ্জিল্লবা ৱাবীশিংদা য়ুম্ফম ওইবনা অয়াম্বনি। খুদম ওইনা ষ্টার ৱার্ল্ডদা মতম শাংনা শন্দোকখিবা *সান্তা বাববারা* অমসুং *বোল্ড এন্দ দ ব্যুটিফুল* অনী অসি মীয়াম্না পাম্না য়েংনখিবা মেগা সেরিয়েলশিংনি। সেরিয়েল অনীসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসি নুপা-নুপীগী তোঙান-তোঙানবা সেক্সকা মরী লৈনবা তাবদা হঙ্গোইবা ঐখোয়গী সমাজগা শমজিন্নবা য়াদবা থৌদোক ৱাথোকশিং ফাওবা ইকোম কোম্না উৎলি। মতম খরগী মমাংদা দুরদর্শনগী নেসনেল চেনেলদা শন্দোকখিবা মীয়াম্না পাম্না য়েংনখিবা *শান্তি* সেবিয়েলদা ভিজুয়েল ওইনা উৎত্রগসু বেপ, এদলটরি হায়বসি ৱারীদা ইকোম কোম্না য়াওহল্লি। বেপ, এদলটরি হায়বসি পল্লিক্লা য়াবা ৱাফম অমা ওইনা ইকোম কোম্না পৃথোরকই। অমরোমদা *বমায়ণ, মহাভারত* কুম্বা *ধর্ম্মগী* মোরেল লেসন য়াম্না য়াওবা সেবিয়েলশিংদি তাংনা থোবকই। হৌজিক ঐখোয়না মরাং কায়না সেটিলাইট চেনেলশিংদা উবা ফংলিবা ফিল্ম অমসুং মেগা সেরিয়েলশিং অসি অয়াম্বনা ভাইওলেন্স, সেক্স, ক্রাইম অমদি এদলটরিদা য়ুম্ফম ওইবনা অয়াম্বনি।

## সেটিলাইট চেনেলশিং অমসুং ঐখোয়গী মোরেলিটি

ঐখোয়না ঐখোয়গী দ্রোয়িং রুমদা, বেদ রুমদা তোয়না থেংনরিবা ৱাফমশিংদু ঐখোয় ইশা খঙদনা ঐখোয়গী সব কন্সিয়স মাইন্দা চঙখি। ঐখোয়না থবক অমা তৌগে খল্লকপা মতমদা মদু মথি ফোংলকই। হৌজিক্কী মতমদা এক্সট্রা মেরিটেল এফিয়রসকী ৱাফম কয়া থোরক্লুনা ইমুং-মনুং, খৎন-চৈনবগী ৱাথোক কয়া উরক্লিবসি ঐখোয়গী সব-কন্সিয়স্তা লৈখিবশিংদুগা নাকোইননা মরী লৈনৈ হায়বা য়াই। সমাজগী চৎনবী কয়ানা পূন্দুনা চৎলম্বা ঐখোয়গী পূন্সি, মোর্দন লাইফ চঙলকখিবদগী ঐখোয়গী কম্যুনিটি লাইফ অদু কায়থরকখি। মদুদগী হেঞ্জিল্লক্লুনা জোইন্ট ফেমিলিগী মশক্তুফাও কায়থরক্লুনা নিউক্লিয়র ফেমিলিগী মশক্তা য়ৌরকপা মতমদদি ঐখোয়গী সব-কন্সিয়স্তা লৈবা পোৎশিংদুনা ঐখোয়বু ইরাই লায়না হুমদুনা পূখি। ঐখোয়গী পূন্সিদা এক্সট্রা মেরিটেল এফিয়রস নৎত্রগা এদলটরি থোরক্লবগী তাঞ্জা হেক ফংবদা ঐখোয়গী দ্রোয়িং রুমদা নৎত্রগা বেদ রুমদা সেটিলাইট চেনেলশিংদা নুংতিগী ৱাইহাক লৈতনা উরিবা এক্সট্রা মেরিটেল নৎত্রগা এদলটরিগী পোৎতু ইরাই লায়না লানশিল্লকই। অদুনা সমাজ অসিগী মোরেলিটিগা ঐখোয়গী দ্রোয়িং নৎত্রগা বেদ রুমদা উরিবশিংদুগা মরী লৈনরকই।

মোর্দন লাইফ চঙলকখিবদগী কম্যুনিটি লাইফ, জোইন্ট ফেমিলিগী মশক্তু কায়থরক্লুনা নিউক্লিয়র ফেমিলিগী মশকলোমদা লাক্লবনিনা ঐখোয়গী শক্তম, মোরেলিটি করম্বা নাপচৈদগী লৌদুনা শাগৎকদগে হায়বসিনি। কম্যুনিটি লাইফনি হায়দুনা লৌনরিবা থৌদোক ৱাথোক, দেব-কর্ম্ম থোকপা মতমদা ময়ামগী ওইবা তৌগদবা খরদু তৌথোকখ্রগা হঞ্জিল্লকপা মতমদদি হান্নগী হান্না দ্রোয়িং রুমগী বেদ রুমগী পোৎতুদা মতম খজিক্তং শংলকপগা মাগা লোয়নদুনা অসুম মরৈ। মসিনা ঐখোয়গী পূন্সিগী থানবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইশিল্লকই।

হৌজিক-হৌজিক কন্না চৎনরিবা নিউক্লিয়র ফেমিলিগী মশক অসিদগীদি টি ভি গী সেটিলাইট চেনেলশিংসি পাক হেক লৌথোকপা য়ারোইদৌরি। হেক লৌথোক্লবদা ঐখোয়গী পূন্সি মরেলসি নুঙগী যুগতা হঞ্জিনবগা চপ মান্নগনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী শক্তম অমদি মোরেলিটি কন্দুনা থমগে হায়রগদি সেটিলাইট চেনেলশিংদা ফংলিবা ঐখোয়গী কলচরগা চান্নদবা পোৎশকশিংসি ফংহন্দনা লাপ্পা থমখিবা অমা নৎত্রগা ঐখোয়গী মাঙখ্রবা কম্যুনিটি লাইফকী মথৌদু অমুক হন্না মথৌ তৌহনবনি।

—◆—

## ধর্ম্মশিং পূন্না চৎমিন্নবা য়াদবা

*We have just enough religion to make us hate, but not enough to make us love one another.–Jonathan Swift*

মালেম পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলুপশিং অসি তোঙান-তোঙানবা লাইনীং-লাইশোন অমদি ধর্ম্ম চত্তুনা হিংনরি। মীওই কাঙলুপ খরদি অয়াম্বা মীওই কাঙলুপশিংনা চৎনরিবা লাইনীং-লাইশোন, ধর্ম্ম অদু চত্তুনা হিংনৈ। অদুগা মীওই কাঙলুপ খরা অমনা মপা-মপূশিংনা চৎলম্বা লাইনীং-লাইশোন, ধর্ম্ম অদু চত্তুনা হিংঙি। শম্না হায়রবদা ঙসিগী তাইবংপাল অসিদা লাইনীং-লাইশোন, ধর্ম্ম চত্তবা মীওই কাঙলুপ অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই।

ধর্ম্ম পূন্নমক্কী মরুওইবা পান্দমদি লমহেল্লবা মীওইবগী পূক্লিং অমদি হকচাংবু লাকশিন্দুনা থম্বা অসিনি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী মান্নবা পাউতাক অমদি *‘মীওইবা জাতিবু নুংশিবা’* হায়বসিনি। ধর্ম্ম অমত্তনা অতোপ্পা ধর্ম্ম মান্নদবা মীওইবা কাঙলুপ অমত্তবু নুংশিগনু, তাথিয়ু হায়দে। মসিগী মাইকৈদা য়েংলুরগদি ধর্ম্ম পূন্নমক্কী পাউতাক অমত্তা ফত্তবা য়াওদে। অফবা ঙাক্তনি। ধর্ম্মনা হায়রিবা অফবা পাউতাকশিংসি ইন্দুনা চৎলগদি ধর্ম্ম মান্নবা, মান্নদবা কাঙলুপ মশেল নুংশি-চান্ননা, শান্তি লৈনা হিংমিন্নবা

ঙমগনি। অদুবু লুরিবদি তোঙান-তোঙানবা লাইনীং-লাইশোন, ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিং অসি অমগা-অমগা পূনবা, পূন্না চৎমিন্নবা য়ারক্কবগী মওং অসিনি। ধর্ম্ম অমনা অমবু ফোংনা নুংশিদে হায়নদ্রগসু অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা কাঙলূপ অমনা মাগা মান্নদবা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপশিংবু তাথিনা তৌবা, হাৎপা তূপ্পা তৌবগী থৌদোক-ৱাথোকশিংগী পাউ ঐখোয়না তত্তনা তারি। অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপশিংগী লাইশঙ, মন্দির, মসজিদ, চর্চ কয়া থুগায়বা, য়ানখায়বগী পাউশিং ঐখোয়না তারি, উরি। মসিদগী হেন্দোক্তুনা ধর্ম্ম মান্নদবা কাঙলূপ মশেল পাক-শন্না হাৎন-শুনবগী থৌদোকশিং থোকপগী পাউ ঐখোযনা তারি। ঙসি-ঙসিমক অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মীশক অমনা মহাক্কা ধর্ম্ম, লাইনীং-লাইশোন মান্নদবা মীশক অমবু শাইতানগুম্না উবগী মশক কয়া ঐখোযনা থেংনরি।

মরুওইনা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগা ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপশিংগা নুংশিনদবগী থৌদোক-ৱাথোক কয়া থোক্লি। ইন্দিয়াদনা হীন্দু ধর্ম্ম চৎপশিংগা ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপা মুসলিমশিংগা নুংশিনদবদগী কম্ম্যুনেল রাইওট কয়া থোক্লি। অপিকপা ফৃরুপ মচাশিংবু অচৌবা ফৃরুপশিংনা ধর্ম্মগী মিংদা হম্বনা যেংবীবা, তাথি তাওইনা তৌবীবদগী অচৌবা ফৃরুপশিং অদুনা চৎপা ধর্ম্ম নত্তবা, মখোয়গা মান্নবা খরা হেন্না চাউখৎপা, মখোয়বু লূনা তৌবীবা ধর্ম্মদা ওনশিনখিবসু য়াওরি। মসিদগী ধর্ম্ম অমগা অমগা নুংশিনদবগী মশক কয়াসু উবা ফংলি। অপিক-অপিকপা ফৃরুপ মচাশিংদনা অচৌবা ফৃরুপশিংগী লাইনীং-লাইশোন, ধর্ম্মনা অসুম অসুম তর্কশিল্লকপদগী মশাগী লাইনীং-লাইশোন, শক্তম কঞ্জনবগী লান মচা-মচা কয়া থোক্লি। কবি অমুক হাযগনি, মালেম পৃথিবী অসি ধর্ম্ম কয়াগী মশা-মরেং শন্দোক্রবগী অমদি মশা-মশাগী শক্তম কঞ্জনবগী লানগী মৈশা লাংলি। লান মচা-মচাশিং অসিগী মৈবিকশিং অসিনা মৈজাউ ওইরক্তুনা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অমা ওইরকপসু য়ারি।

অফবা পাউতাকশিংতনা থন্না য়াওরবা অচৌবা ধর্ম্ম অমা শন্দোকপা মতমদা মীওই কাঙলুপ অমগী হান্না লৈজরম্বা শক্তম অদু পূমথু থুগায়দুনা মতম পূম্বগী ওইনা মাঙহনখিবসু য়াওদবা নত্তে। মখোয়না অসি ফাওবা হাযবা থেংনরি মদুদি হান্না চৎনরম্বা নীতি-নিয়ম, পোৎশক খুদিংমক থাদোক্কদবনি, লঙথোকখিগদবনি। মদু শাইতান্নি। মদু মখোয়না হান্নগী শক্তমশিংদু লেংদনা অসুমক লৈরগদি মখোয়না পাল্লিবা ধর্ম্মদু মীশিংদুদা মনুং য়ৌনা চঙহনখিবা ওল্লোই খনবদগী ওইরম্বসু য়াই। অদুবু মসি

অচৌবা ধর্ম্ম অদুগীদি তোংজবনি অদুগা ধর্ম্ম অদুবু লৌরুরিবা অপিকপা ফূরুপ অদুগীদি মাঙজবনি। অপিকপা ফূরুপ অদুদদি মখোয়না নৌনা লৌরুরিবা ধর্ম্ম অদুনা হেন্না ফৈ, ৱাংই হায়না খনবা ওইরম্বসু য়াই। নৎত্রগা অতোপ্পা অচৌবা ধর্ম্ম লৌরুবা অদুনা মখোয়গী হান্না লৈরম্বা পূন্সি মহিং অদুদগী ৱাংখৎলে, চাউখৎলে হায়না খল্লগসু হেন্না কিনিংঙাই ওইরিবদি মখোয়গী শক্তম মাঙখিবদুনি। মশাগী শক্তম মাঙলবা ফূরুপ অমা হায়বসি অশিবা ফূরুপ অমগা চপ মান্নরবনি।

ইনাক খুনবা, অচৌবা ধর্ম্ম অমনা মখোয়গী ধর্ম্মদুদা অতোপ্পশিংবু চিংশিল্লক্লবা খুদোংচাবা কয়া পীবসু থেংনবি। ধর্ম্ম অদু চৎলবদি য়ুম-ইঙ্খোল পী, থবক পী অমদি মপানগী চাউখৎলবা লমশিংদা লেম্লা মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবা পী হায়বনচিংবা কয়া হায়দুনা ধর্ম্ম অদুদা অতোপ্পশিংবু চিংশিল্লক্লবা হোৎনৈ। মীওই খরদি ধর্ম্মদুগী অফবা পাউতাকশিংদু থোইনা খল্লদনা খুদোংচাবশিং অদু মীকাদুনা ধর্ম্ম অদুদা চঙশিনখি। অমরোমদনা মীওই খরা অমনা মখোযগা নক্লনা লৈমিন্নরিবা অৱাংবা, অচৌবা ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুদুনা তাথি-তাওইনা তৌবীবদগী মখোয মশাবু কঞ্জনবা অতোপ্পা অচৌবা ধর্ম্ম অমদা চঙশিনখি। লাইরিক লাইশু হৈরবা, জ্ঞান-লৌশিং মপুং ফারবা মীওই কয়া অমনা ধর্ম্ম অদুগী লাইরিক-লাইশু পারুবা, অফবা পাউতাক কয়া তারুবদগী ধর্ম্ম অদুবু পামজদুনা ধর্ম্ম অদুদা লাইমিং লৌখি। নোংচুপকী চাউখৎলবা মীওই কয়ানা হীন্দু অমদি বুদ্ধিজম ধর্ম্মবু পামজদুনা ধর্ম্ম অসিদা লাইমিং লৌনরি।

ধর্ম্মগী পাউতাকশিংদা য়াওদ্রগসু ধর্ম্মদা হকচিন্না থাজবশিংদা কিনিংঙাই ওইরিবা মশক অমদি মখোয় মখোয়গা চৎমিন্নরিবা মীওইশিংদু নত্তনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংবু মচিন-মনাওগুম্না খনবা ঙল্লক্তবা অসিনি। ধর্ম্ম খবদদি মখোয়গা ধর্ম্ম মান্নদবা মীওইশিং হাৎপদা ধর্ম্মদুগীদমক অফবা, অৱাংবা থবক খবা তৌরুবগুম খন্নবগী মশক কয়াসু উরক্লি। হৌজিক্কী মালেম পৃথিবী অসিদা টেবোরিজমগা ধর্ম্মগা নকশিন্ননা চৎমিন্নবগী মশক অমসু উরক্লি। কম্যুনিষ্ট ফিলোসোফিদা থাজবা লৈবাকশিংনা ধর্ম্ম হায়বসি মুথৎকদবনি হায়বা ৱাফম থোরকখিবসি নৈন্নিংঙাই ওই। অদুবু লৈবাক অমত্তনা ধর্ম্মগী ফত্তবা মাইকৈ কয়া লৈ হায়দুনসু মখোয়-মখোয়গী লৈবাকশিংদগী ধর্ম্মবু মুথৎপদি ঙমখিদ্রি। কম্যুনিষ্ট ফিলোসোফিদা কন্না থাজবা সোভিয়েট য়ুনিয়ন্না রুসিয়া অমসুং অতৈ লৈবাক কয়া শেমখ্রবসু শেল্লিবা লৈবাকশিং অদুগী ধর্ম্মদি খৃষ্টিয়ান অমদি ইস্লাম ধর্ম্মনা ওইখি। কম্যুনিষ্ট লৈবাক অমা ওইনা

হিমালয় চীংজাউগুম্না লেপ্তুনা লৈহৌরিবা চাইনাদসু বুদ্ধিজম অমদি তাউইজম্না মীয়ামগী ধর্ম্ম ওইদুনা লৈরি। সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিগী লমদা অতিয়া পক্না চাউখৎখ্রবা য়ু এস এ দসু খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী মশা-মরেংনা পাক শন্না শন্দোক্তুনা লৈরি। লৈবাক্কী লৈঙাক সাসনগী মথংদা ধর্ম্মনা খ্বাইদগী মরুওইবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি।

মালেমগী লৈবাক খরদদি ধর্ম্মগা রাজনীতিগা পূনশিন্নবগী মশক ফাওবা উবা ফংলক্লি। লৈবাক্কী লৈঙাক সাসন ফাওবা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা পায়শিন্নবা হোৎনবা কয়াসু থেংনরি। লৈঙাক সাসনগী লৈজরিবা মওং মতৌ হায়বদি নিংথৌ পানবা লৈঙাক, প্রজা মীয়ামগী সাসন লৈবা দিমোক্রেসিগী লৈঙাক, মিলিটরি দিক্টেটরশিপকী লৈঙাক অমদি পার্টি অমত্তগী লৈঙাক লৈবা কম্যুনিজম্নচিংবদসু ধর্ম্মদা বেজ তৌবা লৈঙাক সাসন থম্নবা মঙ ফাওবা মঙলকই। ধর্ম্মনা লৈঙাক সাসনগী খুর্জি পায়শিল্লকপগী মওং অসিনি য়াম্নমক খুদোংথিনিংঙাই ওইরিবসি। রাজনীতিগা ধর্ম্মগদি তোঙান-তোঙান লৈগদবনি। ধর্ম্মগা রাজনীতিগা পূনশিল্লক্লগদি ধর্ম্ম মান্নদবা মশেল ফুগায়নবদা মালেম পৃথিবী অসি লানগী পুঙখোলতনা নিল্লগনি, ঈগী লৌখোং চেল্লগনি।

মীওইবনা চাউখৎপগী মঙাল ফংদ্রিঙৈ উবক-ৱারক্তা শা-ঙাশিংগা নকশিন্ননা হিংলিঙৈ মতমদদি ধর্ম্মগী অফবা পাউতাকশিংনা মীওইবগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা পূক্লিং অমদি হকচাংবু ফাজিন পূনশিনবদা অচৌবা মতেং ওইখি। মীওইবনা শা-ঙাগী থাক্তগী কাখৎলকখিবা অদু ধর্ম্মগী অফবা পাউতাকশিংনা থোঙ শাদুনা কারকখিবনি। মরম অসিদগী ধর্ম্মনা মীওইবগী লূ-তোংদা য়াওশিন্দুনা লাকখি। হৌজিক্তি মীওইবগা ধর্ম্মগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা অমা ওইরে। ধর্ম্ম থাদোকপা মীৎকৃপ্তা মীওইবা সমাজ অসি পূমমৃৎ মৃৎখিগদবগুম খন্নরে। অদুবু মীওইবা সমাজনা চাউখৎলক্তুনা মাগী-মাগী লৈবাক-সমাজ শেমগৎলক্তুনা মালেম পৃথিবী অসি অপীকপা ইমুং অমগুম খন্নরক্লবা মতমসিদদি ধর্ম্মনা মীওইবা সমাজ অমা শেম্বদা লৌরম্না থৌদাংদু মাইকৈ হোংবগী মথৌ তারক্লে। হৌজিক্কী চাউখৎলবা মালেম পৃথিবী অসিদদি ধর্ম্ম মান্নববসু, মান্নদ্রবসু ঐখোয় মশেল অমগা অমগা পিথোক-পীশিন তৌনদুনা, মতেং পাংনদুনা হিংনরি। অদুবু, ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা য়াওদ্রগসু ধর্ম্ম মান্নদবা মশেল নুংশিনদবগী মশক্তি অসুম-অসুম হেনগৎলক্লি। ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিদা মুসলিমশিংগী অশেংবা ধর্ম্মগী লাইরিক ওইরিবা অরিবা কোরানগী ৱাবীশিংগা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী লাইরিক ওল্ড

টেষ্টামেন্টকী ৱারীশিংগা হৌবকফমগী মান্নবা কয়া লৈরগসু খৃষ্টিয়ানশিংগা মুসলিমশিংগা নুংশিননা চৎমিন্নবা ঙমদ্রি। হীন্দুশিংগা মুসলিমশিংগা নুংশিননা লৈমিন্নবা ঙমদ্রি। মালেম পৃথিবী অসি মাগী-মাগী ধর্ম্মনা মফরে হায়দুনা প্রচার তৌনবদা চোকথবা লৈনদ্রি। ধর্ম্ম অমদগী ধর্ম্ম অমদা হোংলকপদা থোং লাওনা হাংদোক্তুনা হরাও তয়াম্বা ফোংদোক্লরি।

ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবা সমাজগী মরক্তা পল খাগৎনদুনা নুংশিনদনবা থোরবকখিবনি নত্তে। ধর্ম্ম পুম্নমক মীওইবা সমাজবু শেমগৎ-শাগৎনবা থোরকখিবা ঙাক্তনি। ধর্ম্মগী মতাংদা অফ-ফত্তগী ৱাফম কয়া থোরক্লিবসি ধর্ম্মদুগী মরালদি নত্তে। ধর্ম্মদুবু চৎলিবা মীওইশিংদুগী ৱাখলগী অরু-অথেলদুনি য়াম্না মরু ওইরিবসি। ধর্ম্ম অমগী লৃচিংবা অমনা মাগী মতুং ইল্লিবশিংদা ধর্ম্ম খুদিংমকপূ মান্ননা উবা ঙমহনদবা হায়বসি লৃচিংবা অদুগী মগুন ৱাৎপনি নৎত্রগা ধর্ম্ম অদুগী অৱানবা থবক-থৌবম খবনা মাবু মমিৎ তাংহনখিবনি।

ঐখোয় ইশানা মীংশেলদা য়েংলগা ইশাগী অশোয়বা কয়া খঙজবগুম ধর্ম্মগী অফবা পাউতাকশিংনা ঐখোয়বু মাইকৈ চুম্না পৃখিগদবনি। মসি নত্তদুনা ধর্ম্মনা ঐখোয়বু লান্না পূদুনা চৎখ্রগদি ধর্ম্ম অদু ঐখোযগীদমক্তদি অফবা ধর্ম্ম ওইদ্রে হায়বদু মতম পুম্বদা নির্ণশিংগদবনি।



# চৎনবীনা চাউখৎপগী পল ওইরকপা

*All civilization has from time to time become a thin crust over a volcano of revolution.–Havelock Ellis*

লৈবাক, খুন্নাইগী চৎনবীশিংনা লৈবাক নৎত্রগা খুন্নাই অদুবু মাইকৈ কদোমদা চৎলিবগে হায়বদু লেপ্পা ঙম্মী। অফবা চৎনবীশিংনা লৈবাক নৎত্রগা খুন্নাই অদুবু মাংলোমদা চখৎপা, নুংঙাই-য়াইফবা খুন্নাই অমা, লৈবাক অমা ওইহনবা ঙম্মী। অমরোমদা ফত্তবা চৎনবীশিংনা লৈবাক নৎত্রগা খুন্নাই অদুবু তূং হন্না চৎহনবা খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অমা ওইহনবতা নত্তনা খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অদুগী মাঙ তারুবগী মরম অমা ওইহল্লি।

চৎনবী হাযবসি খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অদুগী অযাম্বা মীয়াম্না করিগুম্বা থবক খরা তোয়না, হঞ্জিন-হঞ্জিন তৌবদগী চৎনবী হায়বসি ওইরকই। মীওইবা খুন্নাইদা অহানবা হৌবকপদদি চৎনবী হায়বসি লৈরমদে। অদুবু অযাম্বা প্রজা-মীয়াম্না থবক খরা পাম্বদগী নৎত্রগা অতৈ মরম খবদগী হঞ্জিন-হঞ্জিন তোয়না তৌবদগী চৎনবী অসি ওইরকই। হৌবকপা মতমদদি চৎনবী অসি তৌরবসু য়াবা, তৌদ্রবসু য়াবা কোমতক লৈবা থবক অমা ওইরম্মী। অদুবু মতম খরগী মতুংদদি চৎনবী অসি খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অদুগী মীয়াম্না শোয়দনা ইনদুনা চৎকদবা থবক অমা ওইরকই। লৈবাক,

খুন্নাইগী চৎনবী অদু ইনদুনা চত্তবদা করিসু দন্দী ফংদ্রগসু লৈবাক, খুন্নাইগী চৎনবী অদু ইনদুনা চৎত্রগদি মীয়াম মমাংদা ইজ্জৎ ময়েং তাগদবা, হৌন-লীচৎ খণ্ডদবা, চাউখত্তবা মীশক অমা ওইনা উরকই। মরম অদুনা লৈবাক নৎত্রগা খুন্নাই অদুগী মীযাম্না মখোয়গী চৎনবীশিংদু ফরবসু, ফৎত্রবসু ইনদুনা চৎননবা হোৎনরকই। অসুম্না লৈবাক নৎত্রগা খুন্নাই অমগী চৎনবীশিংসি ওইরকখি।

অফবা চৎনবী খরনা মীয়াম্না ইনদুনা, কুইনা চৎলকপদগী মোদিফাইদ তৌথোক্লবা মতুংদা লৈবাক অদুগী আইন ওইবকখি। লৈবাক অমগী আইন হায়বসি লৈবাক অদুদা কুইনা চৎনদুনা লাক্লবা চৎনবীশিং, কষ্টমরি লোশিংদগী লাইরিক লাইশু হৈবা, আইন খণ্ডবা মীওইশিংনা কুপ্পা খন্নরবা মতুংদা লৈবাক অদুগী আইন ওইনা শেমগৎলকপনি। মরম অদুনা লৈবাক অমগী আইন হায়বসি লৈবাক্তুদা লৈরম্বা চৎনবীশিংগা য়াম্না মরী লৈনৈ।

খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অদুগী চৎনবী খবদি লৈবাক্কী আইনগী ওইবা চৎনবী অমগী থাক্তা কাখৎলকপা ঙমদ্রগসু খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অদুগী মীয়াম্না ইন্দুনা চৎকদবা চৎনবী অমা ওইহৌই। খুদম ওইনা মণিপূরগী মৈতৈশিংগী খুন্নাইদা কনাগুম্বা অমনা মশাগী নৎত্রগা ইমুং-মনুংগী কর্ম্ম অমগী বাতোন তৌবকপদা মদুবু ইকাইখুম্নবা উৎত্নুনা পোয়েং শেল খরা পূদুনা কর্ম্মদু যাওবা চৎনৈ। পোয়েং শেলদু পূদুনা কর্ম্ম যাওবা চৎপগী চৎনবী অসি ফজবা চৎনবী অমনি হাযবা য়াই। মসিনা খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অদুগী মীশিংগী মবক্তা অমগা অমগা নুংশিনবগী, মতেং পাংনবগী মবী অমা শাগৎলি। অসুম্না খুন্নাই অদুগী অপূনবা পূন্সি মবেল (কম্যুনিটি লাইফ) অমা শাগৎলি।

অদুবু চৎনবী অসি কুইনা অসুম চৎনদুনা লাকপদগী পৈশা পাযবা, অচাউবম পাম্বা মীওই খরনা পোয়েং শেল পীবদা চাওনা-চাওনা পীবা হৌবকই। মদুদগীদি মী অতৈসু লৈবা-লৈতবা থিদনা পোয়েং শেল চাওনা-চাওনা পীবসি চৎনবী অমা ওইবকই। চৎনবীসি ফত্তবা মাইকৈ অমদা লাক্লে, চৎনবী অসি মতাং স্বাইদা লেপ্লসি নৎত্রগা চৎনবী অসি হোংদোক্লসি হাযবসি কনাসু হায়নদে। অতোইনদুম চৎনবী অসি হিদান্নবগী মওংদা লাকই। মতম খরগী মমাংদা পোয়েং শেল লুপা ৫০ না যারম্বদু লুপা ১০০ না শিল্লকই। অদুদগী মথং মথং লুপা ২০০/৩০০, ৫০০, ১০০০ যৌবকই। অমরোমদা পোয়েং পীরিবা মীদুগী ইনকর্মদি পোয়েং শেলদা ভ্রি ভ্রি হেনগৎলিবা

অসুম্না হেনগৎলকপদি নত্তে । মরম অদুনা চৎনবী অসিনা মণিপূরী খুন্নাইদা মশিং য়াম্বা মেজোরিটি ওইনা লৈরিবা মৈতৈ খুন্নাইগী শেল-থুমগী ফীভমদা শাথিনা অকায়বা পীরকই । কর্ম্ম অমা থোকপদা ময়াম্না শেনখায় পোয়েং পীদুনা মতেং পাংনবগী ফজখ্রবা চৎনবী অসি ফত্তবা চৎনবী ওল্লকই । অদুবু চৎনবী অসি মৈতৈ সমাজগী কাঙলুপ অমত্তনা ফৎত্রে হোংদোক্লসি নৎত্রগা তোক্লসি হায়বা থোরক্ত্রি । মসিনি মণিপূরী খুন্নাই নৎত্রগা লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী মাঙনিংঙাই ওইরিবা চৎনবীসি ।

মৈতৈ সমাজদা কর্ম্ম অমা থোকপা মতমদা পোয়েং শেল খরা পূদুনা চৎপগী চৎনবী অসি অয়াম্বা মীয়ামগী শেল-থুমগী ফীভম য়েংলগা অয়াম্বা মীয়াম্না ঙম্নগদবা চাং অমদা লেপ্লগা পাঙথোক্লগদি চৎনবী অসি অফবা চৎনবী অমা ওইদুনা লৈখিগনি । মসিনা খুন্নাই অসিদা নোংম-নোংমগী কায়থরক্লিবা কম্ম্যুনিটি লাইফ হায়বদু খবদংদা ওইরবসু ঙাক্তুনা থম্বা ঙমগনি । শিবা-নাবা, শোবাৎ থোক্লকপা মতমদা কর্ম্ম থোক্লিবা ইমুং অদুনা পূল্লপ পূগদবা পোৎলুমশিংদু খরদংদা ওইরবসু খুন্নাই অদুনা পূবীবগী ফজরবা চৎনবী অমা ওইগনি । খুন্নাই অসিদা কম্ম্যুনিটি লাইফ লৈবা ঙম্বা অসিনা লমদম অসিগী ফজববা চৎনবী, সংস্কৃতি কয়াবু ঙাক্তুনা থম্বা ঙম্মী ।

লুহোঙবা অমসুং শিবগী শোরাৎ শোনবা হায়র্বসি মৈতৈ অমগী পূন্সিবোলদা খ্বাইদগী চাওবা কর্ম্মশিংনি । মৈতৈগী লুহোঙবগী থৌরমদা যাওরিবশিং -ব্বারোইপোৎ পুবা, হৈজিংপোৎ পুবা, লুহোঙবা অমদি মপাম চাক্কৌবগী থৌরমশিং অসি এস্থেটিক্স অমদি মসিদা য়াওরিবা ফিলোসোফিগী মাইকৈদগী য়েংলগদি ফজখ্রবা অমদি থাক ব্বাংখ্রবা থৌবম ঙাক্তনি । অদুবু থৌরমশিং অসি নোংম-নোংমগী চাওখৎলকপগী মশক অমদি উবা ফংলি । হৌজিক উরিবা নোংম-নোংমগী চাওখৎলক্লিবা মওং অসিনা মখা তানা অদুমক চত্থরক্লগদি মতম খরগী মতুংদদি শেল য়াম্না পায়বা ইমুংশিং খক্তুনা লুহোঙবগী থৌরমশিং অসি পাঙথোকপা ঙম্বা খরা লায়ববশিংদি লুহোঙবগী থৌবমশিংসি পাঙথোকপদা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইরক্কদৌরি । ফীভম অসিনা মখা তানা অদুমক চত্থরক্লগদি মৈতৈ সমাজদা লুহোঙবগী চৎনবী থৌরমশিং অসিনা সমাজ অসিবু ব্বাহনবতা নত্তুনা মসিনা চাউখৎপগী মাইকৈদসু অচৌবা পল অমা ওইরক্কদৌরি ।

শিবগী শোরাৎসু লুহোঙবগী থৌরমশিংদা থেংনরিবা পোৎলুম অসিগা চপ মান্নে হায়বা যাই । মরুওইনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলিবা মীওইশিংনা মী অমা শিবগী থৌরমসি মী শিবগী পোৎলোইবা (যজ্ঞ), লাইরিক তাবা, অষ্টি, শোরাৎ অমদি দিভোষ (ঙা তংবা)

অসিনচিংবা থৌরম ময়াম অসি শাংলবা নুমিৎ ১৪/১৫ চুপ্পা পাঙথোকই। থৌরমশিং অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা পাঙ্গল, মতম অমদি পৈশা চঙই। থৌরমশিং অসিদা য়াওরিবা এস্থেটিক্স অমদি ফিলোসোফিশিং অসি ফজে, থাক ৱাংই হায়রগসু ঙসিগী মালেমগী অমগা-অমগা হিদান্নদুনা চৎলিবা মওং অসিদদি ওন্থোকপা মওং অমা হায়বদু ওইরে। শাংলবা মতম অমা অৱা-অনা খাঙবগী মথক্তা কর্ম্ম থোক্লিবা ইমুং অমদি কম্মগী বর্তোন ফংবা মরূপ-মপাংশিংদা শেল-থুমগী পোৎলুম অমা পূহল্লি।

মৈতৈগী সমাজদা লুহোঙবা অমদি শিবগী শোরাৎকী থৌরমশিং নোংম-নোংমগী চাওখৎলকপগী মওং অমা উরিবসি মতম চানা থিংনবা হোৎনহৌদ্রগদি নোংমদি ঐখোয়গী ফজরবা চৎনবীশিং অসিনা ঐখোয়বু ৱাহন্নবা, ঐখোয়বু মীখা পোলহন্নবা মবম অমা শোয়দনা ওইরক্কনি। ইনদুনা চৎপা ঙম্লক্তবা কনাগুম্বশিংদি ধর্ম্ম অসি থাদোক্তুনা অতোপ্পা ইনবদা খরা লায়বা ধর্ম্ম অমা লৌবগী ফীভম লাক্লোই হায়বসু হায়নিংঙাই লৈতে।

কম্মগী বার্তোন অমা তৌরকপদা মীয়াম পূম্নমক হুপ্তুনা চৎপগী চৎনবী অমা লমদমসিদা লৈ। থবক-ইনখাং, ওফিসকী থবক মচা অমা কবিমা তৌববা কাঙবুশিংগী মরক্তা বার্তোন তৌরক্লগা মখোয়-মশেল পূল্লপ-পূল্লপ হুপ্তুনা চৎপগী চৎনবী অমসু লৈ। কম্মগী বার্তোন অমা তৌবক্লগা চত্তুনা য়াউরুবগী চৎনবী অসি ফজে হায়রগসু ওফিসকী থবক তৌবশিংনা ওফিসকী অরু-অরুবা থবকশিং থাদোক্লগা কর্ম্ম য়াওবা চৎপগী চৎনবী অসিদি অফবা চৎনবীদি নত্তে। করিগুম্বা নুমিৎ ফবা নুমিৎতদি সরকারগী ওফিসশিং মীওই খবখক নত্তনা পূমহাং হাংবগী মশক অমা উবা ফংই। অদুগা অমুকসু কর্ম্ম য়াম্না থোক্লবা ফাইরেন-লমতাগী মতমদদি সরকারগী ওফিসশিং কর্ম্মচাবীশিংনা দেব-কর্ম্ম য়াওবা চেন্নখিবদগী থবক ইসু শুনদনা ইহাং হাংনা লৈবগী মশক অমসু উবা ফংই। অমরোমদা ফাইরেন লমতা হায়বসি সরকারগী ওইনা মার্চকী ফাইনান্সিয়েল ইয়রগী থবক কন্না শুগদবা মতম্নি। থবক কন্না শুগদবা মতম অসিদা দেব-কর্ম্ম য়াওবা চত্তুনা লৈথোক্লগদি ঐখোযগী চাউখৎপগী লমজেলদা শোয়দনা অপনবা ওইবা তাবনি। মরম অসিনা ওইবা তাই লায়ররবা ষ্টেট অসিদা সেন্টরনা চাউখৎ থৌরাংগী থাদরকপা পৈশাশিংদু লোয়না শিজিন্নবা ঙমদদুনা হনবগী পাউ অমা লমদমসিগী মীয়াম্না হেক-হেক তারিবসি।

ৱারেংজরিবনা থবক তৌজরিবা মফমদু লমদমসিগী মহৈ-মশিং তম্নবগী খ্বাইদগী চাওবা অমসুং ৱাংবা মফম অমদনি। ঐ ইশামক্কীদি থবক মচা তৌজরবসু মহৈ

তম্ফম শঙ অদুগী ফগৎনবগীদমক ঙমজবা পাঙ্গল, লৌশিং পূথোক্তুনা হোৎনজে। অদুবু ময়াম পূন্না লিংজেল মান্নদ্রবদি মাংলোমদা চখৎপা, চাউখৎপা, হায়বসি ইয়ামক য়াদে। ফাইরেন-লমতা মতমসি চহীগী সেমিষ্টর পরিক্ষা লোয়শিনবগী থবক চিন্নবা মতম্মি। মহৈ তম্ফম শঙদদি পরিক্ষাগী থবক অসি তৌগদবা খ্বাইদগী লুবা থবকশিংগী মনুংদা অমনি। অদুবু থবক তৌবা ষ্টাফশিংদু অদুগী লুহোঙবা লৈ, অদুগী হৈজিংপোৎ, অদুগী শোরাৎ লৈ হায়দুনা শিন্নবা য়াবা মীশিংদা শিন্নরম্লগা পংচেন্দা চেন্নখি। মসিদগী হেন্দোক্তুনা পরিক্ষাগী চে-চাং পীগদবা মীদুফাউ লুহোঙবা লৈ হায়দুনা চৎখিবদগী চে-চাং নির্ংথিজনা লৌবা ফংদে। পৈশা-নুংশা পান্নবা একাউন্টকী ষ্টাফশিংদুসু ওফিসার অমগী হৈজিংপোৎ, লুহোঙবা লৈ হায়দুনা চৎনখিবদগী পরিক্ষা মনুংদা শিজিন্নগদবা পৈশা খরদুসু মতম চানা কাযবা নংহৌদে। প্রাক্টিকেল পরিক্ষা মনুংদসু চহী অমগী মনুংদা হাপ্তা অনীরক খক থবক চিনবা টেক্নিকেল ষ্টাফশিংদু লুহোঙবা লৈ হৈজিংপোৎ লৈ, ঐখোযগী মরী-মতাগী, নুংশিনবা মরুপ-মপাংগীনি হাযদুনা শিন্নবা য়াবা কাঙবুদা পংশিনদা শিন্নরম্লগা চৎনখি। অপঙবনি হাযগদ্রা, থবক লৈথোকপা হৈতবনি হায়গদ্রা ঐখোয অমা অনীনা অত্ততাই ওইনা শঙদুনা লৈহৌই।

থবক নাম্থোকপা হৈতবা, মথৌদা পূক্নিং লুপচনা থবক শুবা কাঙবুশিং লমদমসিদদি অপঙবা তাবগী ফীভম অমদা লৈরক্লি। থবক ইশু-শুদনা পৈশা য়াম্না ফংনিংবগী চৎনবী অমসু লমদমসিদা কন্না লৈরক্লি। হৃমাং তাদনা, থবক ইশু শুদনা পৈশা তানবগী চৎনবী অসি খুন্নাই অসিনা রিজেক্ট তৌদুনা ইথোক্তুনা থম্নগী মহুৎতা মীদুগী তৌবা-ঙম্বা অদুগীদমক থাগৎনবগী চৎনবী অমসু উবা ফংলি। ফীভম অসিনা খুন্নাই অসিগী অযাম্বা মীশিংবু থবক শুনিংহন্দবগী কেন্সরগুম্না শাথিরবা লায়না অমনা নারক্লবগী মবম অমা ওইহল্লি। প্রমোসনগী মতমদসু থবক ফজনা শুবা মীদগীদি ব্রানোম-চৎনোম হৈবা, ইকাই-ইকি খঙদবা কাঙবুশিংনা হেন্না প্রমোসন ফংবগী চৎনবী অমসু কন্না চৎনবক্লি। থম্মোয শেংনা থবক শুজবা কাঙবুশিংবু ইন্সেন্টিব পীদুনা প্রমোসন পীদুনা পূক্নিং থৌগৎপগী মহুৎ ব্রাচৎ-ব্রানোম হৈবশিংনা প্রমোসন ফংবগী চৎনবী অমা খুন্নাইসিগী ওফিসশিংদা লৈবিবা অসিনা খুন্নাই অসিগী থবক শুনিংবগী হৈনিংবদু মখ্বাং থুদেকই। চৎনবী অসিনা খুন্নাই অসি মনিং হন্না চৎনবা মরম অমা ওইরকই।

ঙসি লমদমসিদা ময়াই-কাবা নিশানা লমদমসিবু মাঙহনগদৌরে হায়দুনা সিভিল সোসাইটিগী কাঙবুশিংনা খোঙজং কন্না কন্না চঙশিল্লিবা অসিগুম ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা

খুন্নাইসিদা থবক শুনিংদবগী লায়না অমনা কন্না নারক্লিবা, অফবা চৎনবী ওইরম্বদগী ফত্তবা চৎনবী ওইরক্লবা চৎনবীশিং অসি শেমদোক্লবা খোঙজং কয়া চঙশিনবা মতম ওইরে। ঐখোয়গী লমদম অসিদা গভর্নমেন্টকী স্কুল, কলেজশিংদা মহৈ-মশিং তম্নীবদা ফেল ওইরক্লিবসি মরম ময়াম অমা লৈখ্রগসু অচৌবা মরম অমদি ঐখোয়গী ওজাশিংদা ৱার্ক কলচর লৈরক্তবদগীনি।

মালেমগী ইনাক খুল্লিবা, চাউখৎলিবা লৈবাক পূম্নমকসি কন্না শু-নোম্বগী মপালতনা ওইখ্রিবা ঙাক্তনি। ফিগ্রি-চাগ্রি তৌবা কনানসু চাউখৎপা, অৱাংবা থাক্তা কাখৎপা হায়বদু ওইথোক্তে। লৈবাক, সমাজ পূম্নমক্না চৎনবা চৎনবী অমা ওইবে হায়রগসু মদুনা ফত্তবা পূবক্লে হায়রগদি মদুবু হোংদোকপা ঙম্বা ঐখোয়গী থৌনা, লীংজেন লৈগদবনি। ফৎত্রবা চৎনবীশিং অসিনা ঐখোযবু অদুমক হুমদুনা পূখ্রগদি ঐখোয ঐখোয়গী ইমান্নবশিংদগী চহী কয়াগী খোঙজেল তপথহৌবা তাবনি।



# গ্লোবেলাইজেসন ভর্সেস ইথিনিসিটি

*It's often safer to be in chains than to be free. - Franz Kafka*

*গ্লোবেলাইজেসন* অমসুং *ইথিনিসিটি* হায়বা ৱাহৈ অনীসি ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিদা তোয়না পন্নবিবা অমদি মরুওইনা লৌনর্বিবা ৱাফমশিংনি। ঙসিদি মালেম পৃথিবী অসি অসুম-অসুম চাউখৎলকপদগী অমগা-অমগা ফক্লাং খাজিন্নদুনা শক্কা-শক্কা উন্নদনা তোঙান-তোঙান লৈনবগী মহুৎ অমগা অমগা উন্নদুনা পুন্না হিংমিন্নবগী মশক অমা উরক্লি। গ্লোবেলাইজেসনগী নুংগী ৱাখল্লোনসু মালেম পৃথিবী অসি লল্লোন ইতিক্কী মীৎয়েংদগী অচৌবা ইমুং অমা ওন্থোকপনি। কৈথেল পাকথোক চাওথোবকপগী মশক অমনি।

লল্লোন-ইতিক্কী মীৎয়েংদগী লৈবাক অমগা-অমগা, ফুরুপ অমগা-অমগা উনদুনা কারবার তৌমিন্নবা হায়বসিনা গ্লোবেলাইজেসনগী নুংগী ৱারোল ওইবগসু গ্লোবেলাইজেসনগী থবক থৌরমশিংদা চাওনা ইথিল পীবিবসি টেলি-কম্যুনিকেসনগী টেক্নোলোজি চাউখৎলকপা অমসুং ইন্টরনেটকী এজ লাকপসিনি। টেক্নোলোজি অনীসি চাউখৎলকপসিনা মীওইবশিং হেন্না নকশিন্নহনবা অমদি ৱাখল লৌশিং পুন্নমক ইরাই লায়না পৃথোক-পৃশিন য়ারকপসিনা মীওইবগী ৱাখল্লোনসি ইরাই লায়না হোঙহনবা

ঙন্মী। মীওইবগী ৱাখল হোঙলকপা হায়বসিনা মশাগী শক্তম, মনাৎ হোঙহনবদা মরুওইবা মরম অমা ওই। হান্না থাজরম্বা কয়া অরিবনি, মতমগা চান্নদ্রবনি খলহল্লকই। মীওইবনা অনৌবা, চাউখৎপা পূন্সি মরেল অমদা হিংনবা হোৎনরকই। অসুম্না গ্লোবেলাইজেসন্না মীশিংগী পূন্সিদা অচৌবা অহোঙবা কয়া পূরকই।

গ্লোবেলাইজেসন হায়বসিগী ওন্ন-তৈনবদা মপাঙ্গল কন্না লেপ্লিবসি ইথিনিসিটি হায়বসিনি। ইথিনিসিটিগী নূংগী ৱাখল্লোনসু মীওইবা কাঙলুপ অমগী হান্নদগী চৎনদুনা লাকপা চৎনবী, মনাৎ শক্তমশিং অদু কায়হন্দনা, লেঙদনা থম্বনি। ঙসি-ঙসিমক মালেমগী ফুরুপশিংগী মরক্তা মরুওইনা অপিকপা ফুরুপশিংনা মশাগী মনাৎ, শক্তম কন্দুনা, ঙাক্তুনা থম্নবগী অকন্নবা লাঞ্জং (ইথিনিসিটিগী ৱাফম) কয়া মালেমগী মফম খুদিংদা ফোঙ-ফোঙ শানা চত্থবা ঐখোয়না উরি। অচৌবা চাউখৎপা ফুরুপশিংনা অসুম-অসুম তকশিল্লকপদগী অপিকপা ফুরুপ মচাশিংনা মশাগী মনাৎ, শক্তম অমদি লোন ঙাক্তুনা থম্না ঙম্নক্তবগী অকন্নবা চৈথেংস্ ঙসি ঙসিমক থেংনরি। মালেম পৃথিবী অসিদা অপিকপা ফুরুপ কয়া অমা অচৌবা ফুরুপশিংনা য়োৎশিনখিবদগী লৈরম্মী হায়বগী মমি ফাওবা লৈহৌদবা কয়া মীৎমাংদা ফোঙ-ফোঙ শানা থেংনবি, উবি। ইনক নকপদা ঐখোয়গা য়ূল্লোন্নদুনা লৈমিন্নরিবা অসামগী কছার দিষ্ট্রিক্ট অমদি ত্রিপূবাদা পূন্না হিংমিন্নবগী থোং লাউনা হাংদোক্লুবদগী বেঙ্গোলী ফুরুপনা ঈশিং ঈচাউগুম্না হাজিল্লকপদগী কছাবীশিং খোঙ্গুল মুৎশিল্লকপা অমদি ত্রিপূরীশিংনা মশাগী পোককম-শাফম মবৈকাযদা মাইনোবিটি তাশিল্লকপগী মীপায়নিংঙাই ওইবা শক্তমদু ঐখোযনা উবা ফংলি।

যোৎকী থোং লোনশিন্দুনা অতোপ্পা ফুরুপশিংগা উন্নহন্দনা থম্বা হায়বসি হৌজিক্কী ২১ শুবা চহী চা য়ৌবক্লবা মতমসিদদি মতমসিগা চান্নবা ৱাফম অমা ওইদ্রে। গ্লোবেলাইজেসনগী ৱাখল্লোন্দা থোং পূম্নমক হাংদোক্তুনা অমগা-অমগা উন্নদুনা অপাম্বা পোৎশক খন্দুনা লৈথোক-লৈশিন তৌদুনা লল্লোন-ইতিক তৌমিন্নবা হায়বা ৱাফমসিনদি হেন্না দিমোক্রেটিক ওইবা ৱাফম অমদি ওই। গভর্নমেন্টনা কন্ট্রোল তৌবা ক্বালিটি লৈতবা পোৎশক খরদমক প্রজা-মীয়ামদা ফংহনবা হাযবসি মীওইবগী হক মাঙহনবা, দিমোক্রেটিক ওইদবা থৌওং অমনি। গ্লোবেলাইজেসনগী ৱাখল্লোন্দি মালেমগী কৈথেলশিং হাংদোক্তুনা মালেমগী খ্বাইদগী ফববা মল্টিনেসনেল কম্পনি কয়া মনুং হঞ্জিনবা মফমশিংদা চঙহন্দুনা খ্বাইদগী ফববা পোৎ-চৈ অমদি অপাম্বা পোৎশক কযা মফমদুগী মীয়ামদা ফংহনবা হাযবসিনি। মসিনা হেন্না দিমোক্রেটিক ওইবা থৌওং অমনি।

সোসিয়েল সাইন্টিষ্ট খরগী মততসু গ্লোবেলাইজেসন হায়বসি মতমসিগী মন্ত্রনি। মসিদা ঐখোয়সু য়াওহৌগদবনি। ঐখোয়না মসিদা য়াওহৌদবা হায়বসিনা ইমান্নবশিংদগী ঐখোয়না চহী কয়া শোথহৌগনি। মতম পুম্নমক্তা কন্ট্রোল তৌবা মার্কেট অমদা লৈহনবনা ঐখোযবু কম্পিটিটিব স্পিরিট অদু মাঙহনগনি। মথক্কী ৱাফম অসি ইথিনিসিটিগী মাইকৈদগী য়েংদবীদা চাউখৎপা অমসুং ইকোনোমিগী মাইকৈদা য়েংলগদি অচুম্বা কয়া য়াওরি। চাউখৎপা অমদি শেল-থুমগী ফীভম ফগৎপা হায়বসি ঐখোয়দি চাউখৎত্রিবনি, অশোনবনি হায়দুনা তোঙান্না লৈরগা হেন্না ফগৎলক্কদবা লৈতে। ঐখোয়দগী হেন্না চাউখৎখ্রবা, হেন্না শেল-থুম পায়দুনা ইনাক খুনখ্রবশিংগা উন্নদুনা মখোয়গী মতৌ তম্বা, মখোয়দগী পরা তমহৌবা অমসু চঙই। মরম অদুনা চাউখৎপা ফুরুপশিংনা মখোয়গী লমদা লৈতবা কয়াবু তমহৌনবা অতৈ লমদগী পৈশা যাম্না পীদুনা অখঙ-অহৈশিং কৌথোক্নুনা অহেনবা মহৈ তমহৌনবা হোৎনৈ।

ঙসি মালেম পৃথিবীনা সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়খ্রবা মতুংদা অনীশুবা সুপর পৱারনি হায়দুনা শীংথানরিবা চাইনানা ইকোনোমিগী লমদা অসুক থুনা চাউখৎখ্রিবসি অমেরিকান ষ্টাইল তম্বদগীনি হায়। গ্লোবেলাইজেসনগী ৱাখল্লোনসি থবক ওইনা পাঙথোরকপদা ৱাখল্লোন অসিবু হৌদোবর্কখিবা অমেরিকা অমসুং নোংচুপকী লৈবাকশিংদগী চাইনানা হেন্না কান্নবা ফংখি। চাইনা কম্যুনিষ্টকী লৈঙাকলোন লৈবা লৈবাক অমা ওইজরবসু ইকোনোমিগী মতাংদদি কম্যুনিষ্টকী ৱাখল্লোন্দু ইন্দে। কম্যুনিষ্টকী লৈঙাক লৈবা লৈবাক অয়াম্বদা ইকোনোমিগী মতাংসি ফেল ওই। কম্যুনিষ্টকী ৱাখল্লোন্দা থাজবা লৈবাকশিংগী অচৌবা অশোয়বা অমদি লৈবাক অমা চাউখৎপদা মকওইবা ফেক্টর অমা ওইরিবা ইকোনোমিগী মাইকৈদা ফেল ওইবসিনি। ইকোনোমিগী মতাংদদি কম্যুনিষ্ট লৈবাকশিংনা কেঁপিটেলিষ্ট লৈবাকনি হায়না তাথিনা য়েংলিবা অমেরিকাদগী তমগদবা য়াম্না লৈরি। অষ্ট্রেলিয়ানা ঙসি চাউখৎপা, ইনাক খুনবা লৈবাক অমা অসুক থুনা ওইবা ঙমখ্রিবসি চাইনাগুম্না অমেবিকান ষ্টাইল তম্বদগীনি হায়।

চাইনাগী ইকোনোমি গ্রোথ রেট ঙসিদি চাউখৎলে হায়রিবা নোংচুপকী লৈবাকশিং ফাওবনা অকিবা পোক্লরে। গ্রোথ রেটসি চহীদা চাম্মদা ১০ গী ময়াদা চাউখৎপা ঙম্বা হায়বসি নোংচুপকী লৈবাকশিংনা ঙক্না য়েংনরিবনি। ক্বালিটিসু লৈবা, হোংসু হোংবা চাইনাগী পোৎ-চৈশিংনা ঙসিগী মালেম পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা কোইচাই চাইবমখৈ লৈদুনা মালেম পুম্নমকসি চাইনিজ পোৎ-চৈশিংনা থুমহৎখদ্রা হায়দুনা মীপাইবা পোক্লরবনি। মসি চাইনানা অমেরিকাগী

অফবা কম্পনি কয়া মখোয়গী লৈবাক্তা চঙহনখিবা অদুগা মখোয়দগী তমহৌবা ৱাখল লৌশিং কয়াদু শিজিন্নদুনা মখা তানা থবক অমুক তৌরকপনা মালেমগী মীথোই মীহেনবা হায়বদু ওইবা ঙমখিবনি। চাউখৎনবা হোৎনবদা হান্না চাউখৎখ্রবা কাঙবুশিংগী মতৌ তম্বা হায়বসি য়াম্নমক তঙাই ফদবা অমনি।

ইথিনিসিটিগী ৱাফম্লোমদা লাক্লগা অমুক খন্নবা য়ারিবা অরূবা ৱাফম অমদি গ্লোবেলাইজেসনগী মমিংদা অপিকপা ফুরুপশিংগী কৈথেলদু মালেমগী অচৌবা কৈথেলশিংগা হিদান্নদুনা হাংদোক্লুবগা তোংজবগী মহুৎ মাঙজবনা হেনগদ্রা হায়বসিনি। গ্লোবেলাইজেসনগী মমিংদা অচৌবা ফুরুপশিংগী পোপ কলচরশিংনা অপিকপা ফুরুপশিংগী কলচর, মনাৎপূ য়োৎশিনখিগদ্রা হায়বসিনি। ফুরুপ মচাশিংগী ৱা ঙাক্তা নত্তবীদা মীওইবা হায়বসি মখোয়দগী হেন্না চাউখৎলি, অচৌবা ফুরুপনি হাযবশিংগী মতৌ তম্বগী চৎনবী লৈ। মতৌ তম্বা হায়বসি মীওইবগী মহৌশানি। অপিকপা ফুরুপ মচাশিংনা ফীজেৎ-চাকচেৎ, চাকচা-যূথক ফাওবা অচৌবা ফুরুপশিংগী মতৌ তম্বগী হৈনবী লৈ। ফীভম অসিনা ফুরুপ মচাশিংনা কনামত্তা হায়নরুবা তৌদনা মশাগী মনাৎ, শক্তম, কলচব তপ্না-তপ্না মাঙশিল্লকই। অমরোমদা গ্লোবেলাইজেসনগী মিংদা হাংদোক্লিবা কৈথেল অদুদসু মখোয়দগী বিসোর্ছ লৌথোকখিবা নত্তনা মখোয়না ফ্রি মার্কেট অদুদা অচৌবা পার্টনব ওইনা শরুক য়াবা ঙমদনা অতোপ্পশিংগী পোৎ যোনফম, কৈথেল ওইদুনা লৈহৌবগী অকিবদু চাওনা লৈ।

ষ্টেট অসিগী চিংগী লমদা ঙাকশেনবা য়াওহৌদনা অচৌবা ধর্ম্ম অমদা হাংদোক্লবদগী ঙসিদি চিংমীশিংগী নাৎ, শক্তম, কলচব পুম্নমক মাঙখ্রে হাযবা য়ারে। অচৌবা ধর্ম্ম অমগী ফীজেৎ-চাকচা লৌরুবদু চিংমীশিংনা চাউখৎলে হায়না খল্লগসু চহী লিশিং কয়া চঙনা শাগৎলকখিবা মখোযগী মমল যাম্লবা মখোয়গী কলচব অদুদি পুম্নাঙ মাঙখ্রবনি। কলচর মাঙখ্রবা ফুরুপ অমা হায়বসি অশিনা ফুরুপ অমগা মান্নরবনি। ঙসিগী মালেম পৃথিবী অসিদা মশাগী মনাৎ, শক্তম কন্নবা অচৌ-অচৌবা খোঙজং কয়া চঙশিন্নরি। ঐখোয়না চাউখৎলে হায়দুনা মখোয়গী মতৌ তম্নবা হোৎনরিবা অমেরিকাদা হান্না লৈরম্বা নেটিব অমেরিকানশিংগী শক্তম কন্নবা জঙ্গল কয়া রিজার্ব তৌদুনা থম্মরি। অচৌ-অচৌবা ইনষ্টিট্যুট কয়ানা অচৌ অচৌবা প্রোজেক্ট তৌদুনা মাঙখ্রগদবা ফুরুপ, লোন অমদি কলচর কন্দুনা থম্নবগী থবক চঙশিন্নরি। মালেমগী য়ুনিভর্সিটি কয়াদা মাঙশিল্লরুবা লোন অমদি কলচব থিজিন্নবা ষ্টদি সেন্টর কয়া হাংদোকলি।

ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা হৌজিক-হৌজিক চঙশিন্নবা কন্না হোৎনরিবা *'লুক ইষ্ট পোলিসি'* হায়বসি গ্লোবেলাইজেসনগী শরূক অমনি। লুক ইষ্ট পোলিসি অসিনা মপূং মরৈ ফারকপা মতমদদি অৱাং-নোংপোক ভারত অসি খা-নোংপোক এসিয়াগা ইন্দিয়াগা শম্নফম অচৌবা লন্থী অমা ওইরক্লগনি। হৌজিক লৈরিবা চাউখৎপগী থাক অসিদা অৱাং-নোংপোক্কী ফূরুপ মচাশিংনা মেনলেন্দ ইন্দিয়াগা খা-নোংপোক এসিয়াগা লল্লোন-ইতিক তৌনবদা অচৌবা পার্টনর ওইনা শরূক যাবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। লমদম অসিনা লুক ইষ্ট পোলিসিদা ফংহৌগদবসি লল্লোন-ইতিক্কী চথোক-চৎশিন তৌবদা কেলহৌবা উফূল খরদনি। অমরোমদা ঐখোয়গী চীংনুং-মানুং পূম্নমক গ্লোবেলাইজেসনগী মিংদা মপানগী নুংশিৎ-নুংশা পূম্নমক হায়জিল্লরক্লগনি। ফীভম অসিদা লমদম অশোমগী মীয়াম্না মাংজৌননা চেকশিন থৌরাং লৌখৎহৌদ্রগদি চাউখৎপগী মমিংদা লমদম অশোমগী ফূরুপ মচাশিংগী মনাৎ, শক্তম অমদি কলচর পূম্নমক তপ্না-তপ্না গ্লোবেলাইজেসন্দা লুপশিনখ্রগনি।

লমদম অসিগী চকপা ফূরুপশিংগী মনুংদা অন্দ্রো, ফয়েং অমদি খুরখুলনচিংবনা ঙসি ফাওবা মখোয়গী মনাৎ, শক্তম অমদি কলচর ঙাক্কুনা থম্বা ঙম্লিবসি মখোয়গী লাইনীং-লাইশোলগী থৌরমশিংদা মপানগী ঈশিং-নুংশিৎ চঙহন্দনা থম্বা ঙম্বা অসিননি। মখোয়গী অরুবা লাইনীং-লাইশোলগী থৌরম কয়া পাঙথোকপা মতমদা মখোয়গী খুলদুদা মীতোপ লেকপা ফাওবা য়াদে। অথিংবা অসি মতমগী মতুং ইন্না কোমথোরকপা তারবদি মপানগী নুংশিৎ তপ্না-তপ্না য়ৌরক্কনি। অদুদগী মশা খঙদনা মখোয়গী কলচরদা অহোঙবা কয়া তপ্না-তপ্না লাক্কনি। অদুবু হায়না হায়না জগোয় ঈশৈদদি মপানগী ঈশিং-নুংশিৎ হায়জিল্লকপা কয়া উরে। মতম্না হোঙলকপগী মতুং ইন্না লাইরিক লাইশু তম্বা, থবক-ইনখাংগী মতাংদা চৎথোক-চৎশিন তৌদবা যাদবা কয়া লাকপদা হান্নদগী চৎনদুনা লাকপা অরিবা চৎনবী কয়া অসি ঙাক্কুনা থম্না হায়বসি অরুবা ৱাফম অমা ওইশিল্লকই। অমরোমদা নোংচুপকী মহৈ তম্লুবা নহারোলশিংনা অরিবা চৎনবীশিং অসিদা মখোয়না থৱায় য়াওরক্তে। ঐখোয়গী ইথিনিসিটি কন্দুনা থম্নবা ঐখোয়গী নহারোলশিংবু মপানগী নুংশিৎ থেংনহন্দনা থম্বা হায়বসিসু অচৌবা পাপ অমনি।

গ্লোবেলাইজেসন অমসুং ইথিনিসিটি হায়বা ৱাখল্লোন অনীসি অমগা-অমগা ওপোজিট ওইনবা ৱাহৈশিংনি। গ্লোবেলাইজেসন হায়বসি অচৌবা, চাউখৎপা

ফূরুপশিংদনা বরনি। মসিনা ফূরুপ অদুগী ঙমখৈ পাক চাওথোকহনগদৌরিবনি। অমরোমদা গ্লোবেলাইজেসন হায়বসি ফূরুপ মচাশিংদনা অচৌবা হীংচাবা অমা থেংনবনি। ইথিনিসিটি হায়বসি অচৌবা ফূরুপশিংদনা মরুপ-মপাং, বারি-সম্বন্ধ চাওথোকপনি। ফূরুপ মচাশিংদনা ইথিনিসিটি হায়বসি মশাগী নাৎ-শক্তম কঞ্জনবা মন্ত্রনি। মালেমগী চেষ্টরিবা ঈচেলসিদা গ্লোবেলাইজেনলোমদা নকশিনগদ্রা নৎত্রগনা ইথিনিসিটিরোমদা নকশিনগদ্রা হায়বদুদি মী-মীদুনা থাজরিবা ৱাখল্লোন্দুদা লৈরে।



# পেন্টিং অমসুং টেক্নোলোজি

*No, painting is not made to decorate apartments.. It's an offensive and defensive weapon against the enemy--Pablo Picasso*

ৱারেংজরিবা ঐগী লন্নাইগী ওইবা থবক থৌরম্মশিংগী বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টব দরকার ওইরকপা মতম্দা লাই য়েকপগী দুকান অমদা চৎলগা লাই য়েকপা অমদা তেক-হেক য়েকত্লল্লি। মসিদা লন্নাই ওইবা ঐগী ৱাখল্লোন অমা লৈজে। লাই য়েকপশিংদা বেন্নব, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টব য়েকহনবশিনা খুৎহৈবা শিল্পী, লাই য়েকপা অদুবু হিংহনবতা নত্তুনা লাই য়েকপা (পেন্টিং) হায়বা কলা মখল অসিবু হিংহন্দুনা থম্বা ঙমগনি।

অমবোমদা হৌজিক্কালদা কন্না চৎনরক্লিবা অমনা বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টরগী দরকার ওইবকপা মতমদা কনাসু লাই য়েকপগী মনাক্তা চৎনদ্রে। মদুগী মহুৎ ফ্লেক্স প্রিন্টিংগী খুদোংচাবা লৈবা কম্প্যুটরগী দুকান অমদা চৎলগা দরকার ওইবা বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টর যেকপগী থবক পূম্নমক তৌনরে। লাই যেকপগী দুকান্দা চৎলগা বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টব যেকপগী থবক তৌবা হাযবসি মতম খরগী মতুংদদি অরিবা, মতম অমগী ৱাবী ওইনা লৌনবক্লগনি। লাই য়েকপা অমনা বেন্নব, ফেষ্টুন

অমদি পোষ্টর অমা য়েক্লবা হোৎনবদা নুমিৎ নিনি, হুম্নি চঙনরম্বদু হৌজিক্তি কম্প্যুটরদা ফ্লেক্সকী খুদোংচাবা লৈবা দুকান অমদা পূং অমা/ অনীগী মনুংদা ইরাই লায়না লোয়শিনবা য়ারে।

মতম খরগী মমাংদা মী অমগী শক্তম শিন্দোক্নুনা য়েকপা লাইয়েক, পোট্রেট য়েকপগী থবকসি ইনাক কৈরাক খুনবশিংনা তোয়না তৌনবা, লাই য়েকপশিংদসু শেল য়াম্না ফংবা কলা মখল অমা ওইরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি অফ-অফবা ফিল্ম অমদি ষ্টিল কেমেরাশিং থোক্লকপগা লোয়ননা কম্প্যুটবগী অফ-অফবা সোফট ৱেয়রশিং থোবকখিবদগী পামজবা মীওই খরখক নত্তনা পোট্রেট য়েকপগী থবকসি তৌনদ্রে। ফোটোসোফট হাযবিবা সোফট ৱেয়ব অসিনা কম্প্যুটর ওপরেটর অমনা হৈবু হৈজববদি ষ্টিল কেমেরাদা নম্লকপা ফোটো অমা পেন্টিংগী ইফেক্ট অদুসু য়াওহনবা য়াবে।

শেল য়াম্না ফংবা সিনেমা হোলগী পোষ্টর ফাওবা কনাসু লাই যেকপশিংদা চত্তুনা যেক্লদ্রে। ইন্দিযাগী মমিং চৎলবা লাই য়েকপা এম এফ হুসেন মাগী লাই য়েকপগী কেরিয়ব তৌবকপা মতমদদি মুম্বাইগী সিনেমা হোলশিংগী পোষ্টর য়েক্লম্মী। লমদম অসিদসু আর কে সি এস না যেকপা সিনেমাগী পোষ্টবশিংসি লমদমসিগী ভাবোর্কশিংনা যাম্ন পাম্না যেংনবম্মী। সিনেমা হোলগী মপশিংনা আব কে সি এস তা মখোয মখোযগী সিনেমা হোলগী পোষ্টবশিং যেকপিনবা চৎনবম্মী। ফ্লেক্স প্রিন্টিংগী টেক্নোলোজিসি থোবকপদগী লাই য়েকপগী থবর্কাস লাই য়েকপশিংদগী মুনবীখ্রে। মসিদগী হেন্দোক্নুনা মণিপুবগী মেছিন্দা নম্বদগীদি গুবাহাতি, কোলকতা, দিল্লীদা নম্বনা বিজল্ট হেন্না ফজৈ হায়দনা মপান্দা চত্তুনা নম্বসু যাওনবে। শেল অচঙমলগী মতাংদসু লাই যেকপশিংগা ফ্লেক্সকী প্রিন্টিং অসিগা থোইনা খেন্নবা লৈবক্তবা অসিনা মী অয়াম্বনা হেন্না লায়বা, থুনসু লোয়বা ফ্লেক্স প্রিন্টিং লোমদা লোয়না হোৎচিন্নখ্রে। চহী খরগী মতুংদদি তুংগী মীরোলশিংনা লাই য়েকপদা চৎলগা বেন্নব, পোষ্টব অমদি ফেষ্টুন য়েকপা হাযবসি ফুঙ্গা ৱারী ওইনা লৌনরক্লগনি।

টেক্নোলোজিনা অতিযা যৌনা চাউখৎলকপদগী লাই য়েকপা ৫/৬ না নুমিৎ নিনি-হুম্নি চঙনা শুগদবা থবক্তু অহৈবা কম্প্যুটর ওপবেটব অমনা পূং ২/৩ গী মনুংদা তৌবা ঙম্লে। ফীভম অসি লার্কখিবদগী লৈকাই-লৈকাই, লম-লমদা লাই য়েকপগী দুকান কয়া লৈবম্বশিংদু তপ্পা-তপ্পা মৃৎশিল্লক্লি। হান্না লাই য়েকপগী শিনফম অসি তৌবম্বা খৃৎহৈবা, শিল্পী কয়া শিনফম অসিদা হিংবা ঙম্লক্তদুনা অতোপ্পা শিনফমশিংদা

ওস্থোক্লখিবসু য়াওনরে। থৱায় য়াওবা মমা-মপা খরনা মচাশিংবু দ্রোয়িং য়েকপা হৈনবা অঙাং খরা প্রাইভেট ট্যুসন তৌহনবনা লাই য়েকপশিং শিনফম অসিদা হিংবা ঙম্লক্লোইদৌরি।

মতাং অসিদা ফাইন আর্টকী লমদা মনুং য়ৌনা চঙশিনখ্রবা কলাকারশিংনা হায়রিবনা-বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টরনচিংবা য়েকপা হাযবসি লাই য়েকপা অমগী অশেংবা কলাগী মশক নত্তে। মসিদি পৈশা তান্নবা, কম্মর্সিয়েল আর্টনি। অশেংবা কলাকার অমগী মগুণ খঙগে হায়রগদি ৱাখল অমসুং থম্মোয়গী অৱাংবা ৱাখল্লোন, ফীদম ফোঙদোকপা ঙম্বা ফাইন আর্টকী পোথোক কয়া পূথোকপা ঙম্লবা কান্দতা খঙবা ঙমগনি। মথক্কী ৱাফম অসিদা অচুম্বা কয়া য়াওরি। নোংচুপকী লৈবাকশিংদা অয়েকপা লাই কয়া লুপা মিলিযন কয়াগী মমল পীদুনা য়োনরি, লৈনরি। মসিদা লাই য়েকপা থক্তা নত্তনা লাই য়েকপগী কারবারদা য়াওরিবা মীওই কযা অচৌবা ইনাক খুনবা মীশক ওইবা ঙম্মরি। ফীভম অসিদা লাই য়েকপশিংনা সমাজগী অৱাংবা ফিদা অমদা কাখৎপা ঙম্মী।

মতম অমা পেন্টিংনা শক্তম অমবু বেকোর্দ তৌশিনবগী অমত্তা ঙাইরবা পান্থে ওইবিঙৈ মতমদা ষ্টিল ফোটোগ্রাফি অমসুং ফিল্ম থোরকখিবদা পেন্টিংদা অচৌবা চৈফ্ অমা ফংখি। অদুবু লাই যেকপশিংনা ফোটোগ্রাফি অমদি ফিল্মনা পীরক্লিবা চৈফ্ অদু থেংনবা ঙম্নবা পেন্টিংদা *ইমপ্রেসনিষ্ট মুভমেন্ট*, *কুবিজম* অমদি *এবষ্ট্রেক* আর্টনচিংবা পূথোরকখি। মসিনা পেন্টিংগী পূৱারীদা অচৌবা মুভমেন্ট কয়া পূথোরকপা ঙমহনখি। অসুম্না পেন্টিংনা মশাগী মরম্নাই ওইবা মেদিয়ম অমা শাগৎপা ঙমখি।

মথক্কী ৱাফম অসিদগী খন্নবা য়ারিবদি টেক্নোলোজি চাউখৎলকপদগী হান্না লাই যেকপশিংনা তৌজবম্বা গ্রাসরুট লেবেলগী থবক পুম্নমক মুনবীখ্রবনিনা লাই যেকপশিং কবি তৌদুনা হিংগদগে হাযবসিনি। অতোপ্পা শিনফম অমা হোঙখিবা নৎত্রগা অৱাংবা ৱাখল্লোন, ফীদম ফোঙদোকপা ঙম্বা মোর্দন আর্ট য়েকপা নত্তনা অতোপ্পা লম্বী লৈতে। লূরিবদি লাই য়েকপা কয়ানা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন, ফীদম ফোঙদোকপা ঙম্বা লাই য়েকপা হাযবসিসু লাই য়েকপা খুদিংমত্তা পীথোরকপা মগুণ অমদি নত্তে। অসিগুম্বা মগুণ হায়বসিসু মরাযবক ফবা খরথক্কী ৱানি। মীওই খরনা অৱাংবা ফিদানা কাখৎপা ঙমখ্রবসু অয়াম্বা মীওইশিংদি গ্রাসরুট লেবেলগী থবকশিং তৌদুনা লেনবা তাবনি। মথক্কী ফীভম অসিদদি মতম খরগী মতুংদদি গাড়ীগী নেমপ্লেটতা নম্বর য়েকপীনবা লাই য়েকপা মীশিং ফাওবা থিবা ফংলক্লোইদৌবি। লাই য়েকপগী ইকং থোক্কদৌরি।

টেক্নোলোজিনা চাউখৎলকপদগী লাই য়েকপগী থবক পূম্নমক মূল্লকপগী ফীভমসিদদি লাই য়েকপশিং তুরি থাদোক্তুনা কম্প্যুটরগী মাউস পায়দুনা লাই য়েকপগী ফীভমদা তারকই। ফীভম অসি লান্না লৌরুবসু য়াদ্রি। মরমদি মতমগী অহোঙবনি। মতমগী অহোঙবসিদা ঐখোয়সু যাউহৌদ্রবদি মতম খরগী মতুংদদি মতমসিগা চান্নদবা মীশক ওইহৌগনি। অখন্নবা লাই য়েকপা মতমদা তুরি, মচু (কলর) অমদি কেনভাস শিজিন্নদুনা লাই য়েকপা নত্তনা অতৈ ড্রোয়িং, বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টরবদি কম্প্যুটরদা ফোটো সোফটতা চঙলগা য়েক্লরক্লে। হান্না লাই য়েকপশিং খক্তনা তৌবম্বা বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টর য়েকপগী থবক্তু কম্প্যুটব নিংথিনা হৈরগদি লাই য়েকপা হৈত্রেগসু থবক অসি তৌবা অদুম ঙম্নরে। কম্প্যুটর মশাদা তোঙান-তোঙানবা মখল-মখাগী ময়েকশিং অমদি দিজাইন কয়া য়াওজবনা কম্প্যুটর ওপরেটর অমনা লাই য়েকপা অমগী মগুণ য়াওদ্রগসু বেন্নর, ফেষ্টুন অমদি পোষ্টর ইরাই লায়না য়েকপা ঙম্নবে। ফীভম অসিদদি লাই য়েকপশিংসু লাই য়েকপগী মহৈ তম্বগী মথক্তা কম্প্যুটরগী মহৈসু তম্বা তাবকই। তৌবগীদি চাউখৎলবা লমশিংদদি কম্প্যুটবগী মহৈ হৈবা হায়বসি অহেনবা মহৈ ওইনা লৌনদ্রবনি। মসিদি মীপূম খুদিংনা যামদ্রবদা জেনরেল লাইনগী মহৈ খবা হৈতবা যাদবগুম কম্প্যুটবগী মহৈসু শোযদনা হৈতবা য়াদ্রবনি। মরম অদুনা কম্প্যুটব সবজেক্টসি মখাগী ক্লাসশিংদগী হাপ্তুনা তম্নরক্লি।

লাই য়েকপগী শিনফমদা টেক্নোলোজিনা অকনবা চৈথেং পীরগসু টেক্নোলোজিনা অয়েকপা লাইশিং মীযাম পাক শন্না খঙহনবদা অমদি য়োম্থোক-য়োনশিনগী কাববারদদি চাওনা মতেং পাংলি। অযেকপা লাইশিং পৈশা চঙনা অচৌ-অচৌবা সহরশিংদা পূদুনা আর্ট গেল্লরিশিংদা এক্সিবিসন তৌদুনা মীযামদা খঙহনবা অমদি লৈবা-যোনবগী থবক তৌনবম্নদু হৌজিক্তি ইরাই লাযনা ৱেবসাইট অমা হাংদোক্লগা, অযেকপা লাইশিংগী ফোটো, ৱাবম অমদি মমল নিংথিনা হাপ্লগা অপলোদ তৌখ্রগা যূমদা ফম্না-ফম্না পৃথিবীগী কৈথেলদা ঐখোয়গী অয়েকপা লাইশিং যোনবা য়ারে। মতম অমা ষ্টেট অসিগী কলাকাব লাই য়েকপা অমনা মশাগী অযেকপা লাইশিং অচৌবা সহর দিল্লী, কোলকতা, মুম্বাইদা পূবগা এক্সিবিসন তৌনবা তোৎনবদা ওন্থোক্লা রানবম্নদু হৌজিক্তি ইন্টরনেটতা ইরাই লাযনা উৎপা, লৈবা-য়োনবা য়াবে। মসিনা টেক্নোলোজিনা আর্টতা পীরকপা খুদোংচাবা কয়াদুনি।

আর্টকী পূৱাবীদা অতৈ আর্ট ফোর্মশিংদগী লাই য়েকপশিংনা হেন্না মীৎযেং শান্না

উবা ঙম্বা অমদি অনৌবা মুভমেন্ট কয়া হৌদোকপা ঙম্বগীদমক শীংথানরিবনি। কলা অমসুং সাহিত্যগী অনৌবা মুভমেন্ট অয়াম্বা অহানবদা পেন্টিংদগী হৌদোকখিবনা অয়াম্বনি। মতম অমা ফোটোগ্রাফি, ফিল্ম থোবকখিবা মতমদা লাই য়েকপশিংনা মতমগী অহোঙবশিংনা পীরকখিবা চৈথেংশিংদু থেংনবা ঙম্মবা *ইমপ্রেসনিষ্ট*, *ক্যুবিজম*, *এবষ্ট্রেক্ট্রী* লাইযেক পৃথোকখিবগুম হৌজিক মতমগী টেক্নোলোজিনা লাই য়েকপশিংদা পীরকপা চৈথেংশিং অসি থেংনবা ঙম্মবা অনৌবা লাইয়েক, মুভমেন্ট কয়া হৌদোকপা ঙমগদৌবিব্রা? হৌজিক্কী লৈরিবা ফীভমসিদদি অহৈবা কম্প্যুটর প্রোগ্রামর অমনা লাই যেকপা অমগী মহুৎ শিনবা য়াবক্কদৌরি। লাক্কদৌরিবা চহীশিংসিদা আর্টকা টেক্নোলোজিগা হিদান্নবগী ফীভম অমা উরক্কদৌবি। মসিগীদমক কলাকারশিং (আর্টিষ্ট) নসু থেংননবা শেম-শাবা তাবনি। মসিদা টেক্নোলোজিনা আর্টপু হুমদুনা পৃখিব্রা নৎত্রগনা আর্টনা মশা মতোমতা লেপ্পুনা হিংবা ঙম্বা হায়বদুদি য়েংখিবা তাবি।

-◆-



# লাইরিক অসিগী মরমদা

অইবনা খুন্নাই অসিগী অমদি মহাক্কী অকোইবদা হোঙলক্লিবা কয়াগী মরমদা তোঙান তোঙানবা হীরম কুন্দা মশাগী ৱাখল অমসুং পুক্নিংগী ৱাফম কয়া ফোংদোক্লুনা ইরি। চম্না ইদুনা অপাবশিংগা ৱাখল মীৎয়েং ফাওদোকমিন্নদুনা ৱাখল খন্ননবা পোরম অমা কাংথোকপসি অইবগী অপাম্বনি।

নেসনেলিজম (মরৈবাক নুংশিজবগী ইহুল) হায়বসি অইবগী পামজবা হীরমশিংগী মনুংদা অমনি। মরম অদুনা অইবনা লাইরিক অসিদা নেসনেলিজমগা মরী লৈনবা ৱারেং তরুক লাইরিক অসিগী অহানবা শরুক্তা য়াওরি।

রাজনীতি হায়বসিসু অইবনা অনীশুবা ওইনা খ্বাইদগী পামজবা মরুওইবা হীরম অমনি। মরম অদুনা অইবনা ৱারেংগী লাইরিক অসিদা রাজনীতিগা খুন্নাইগা অমদি ঐখোয়গী পুন্সিগা মরী লৈনবা ৱারেং মরি ইদুনা হাপ্লি।

এজুকেসন হায়বসিসু অইবনা লুম্না লৌজরিবা হীরম অমনি। মরম অসিনা অইবনা এজুকেসনগা মরী লৈনবা ৱারেং অনী ইদুনা হাপ্লি। লোয়ননা খুন্নাই অসিনা হোংলক্লিবা মশক কয়াসিদা মীৎয়েং থমদুনা অইবনা ৱারেং নিপাল অমগা ইদুনা লাইরিক অসিদা য়াওরি।

ৱারেং লাইরিক অসি পাবীবা মতমদা খুন্নাই অসিগী অহোঙবা মশক কয়াবু শঙ শঙ উহনবা ঙম্বতা নত্তনা ৱাফমশিং অসিদা অইবগী ৱাখল মীৎয়েং শোয়দনা উবা ফংবীগনি।



ISBN 139788192-5

₹120